# অথম্বা মণিপুরী শৈরেং

• •

মণিপুর বহারোল সাহিত্য সভা



# অথৌবা মণিপুরী শৈরেং

সম্পাদকশিং
গুরুমায়ুম ইবোচাওবা সিংহ
ইবোহল সিংহ কাংজম



মণিপুর মহারোল সাহিত্য সভা
উরিপোক, ইম্ফাল

# বারোল খরা

মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফালনা হন্দক নৌনা পুথোকচরিবা মণিপুরী শৈরেংগী লাইরিক "অথুবা মণিপুরী শৈরেং" হায়বসি মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগতা শৈরেংগী লময়ানবা চাউবা-কমলগী মতমদগীনা হৌজিক্কী নহারোল কবিশিংগী মতমগী শৈরেং ফাওবগী চাউরাকলা খোঙচৎ অমা তাকুবা হোৎনজরি। মণিপুরগী কবি পুন্নমকী ওইবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লবদি মণিপুরী শৈরেংগী মশক তাকপদা ফনা নীংথিনা মপুং ফাগনবনি। অদুবু অদুগুম্বা মপুং ফারবা লাইরিক অদুমা পুথোক্লবা হোৎনবদা শেল-থুমগী অচৌবা সমস্যা অমা মায়োক্লবা তাবনা চাউরাকপা মশক অমতং তাকপা ওন্নবগী মীৎয়েংদা কবি তরাতরেত্তমক খনগৎলগা লাইরিক মচা অসিমা পুথোক্লবা হোৎনজবনি। খনগৎলিবা কবিশিং অমসুং শৈরেংশিং অসিতনা মণিপুরী শৈরেংগী মশক চপ চানা তাক্লে হায়বা ওাকী রাফমদ্রি নত্তে। খনগৎফম থোকপা, খনগৎপদা মতিক চাবা কবি কয়াসু রাৎলমখিবা য়াই। অদুবু শেল-থুমগী অরাবা অমা মায়োক্লবা থারকপনিনা সম্পাদনগী মীৎয়েং খরদা তঙাই ফদনা খনগত্তবা য়াদবা ওাক্তা খনগত্তুনা মণিপুরী শৈরেংগী চাউরাকপা খোঙচৎ অদুতা তাকিবা হোৎনজবনি।

লাইরিক অসিমা পুথোক্লবা হোৎনজবদা হরাউ-হরাউ মত্তে পীবিরক্লিবা কবিশিং, ঐখোয়গী সম্পাদকশিং অমদি নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিশিং সোসাইটিগী মীওইশিংবু ঐনা মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী মায়কৈদগী লাইরিক অসি পুথোকপগী মুঙাইবগা লোয়ননা তৌবিমল থগবা উচ্চরি।

শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
প্রেসিদেন্ট,
মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং ১৭।১২।৭৫ ইং

# হীরম লামায়

ছীরম লামায়

# বাংহৌদোক

মণিপুরী কবিতাগী খোঙচত্তি ভুথুপ নাইনা থেক্না-খোয়না ঈপোম চাউনা চেন্থবা তুরেলগী ঈচেল নত্তে, তপ্না-ঈংনা পাক-শন্না শিংপা নামিবনি। লমদম অসিগী শৈরেংশিংগী খোঙচত্তা রাখলগী মপুং-মরৈ ফাবা ঈহৌশিং মশাং য়ামদে। অরিবা যুগতা রারীনা মপুং ওইবা অমসুং ময়ায়থংবা যুগতা ভক্তিনা যুক্কম ওইবা শৈরেংশিংতমক লৈরম্মী। অনৌবা যুগতা শৈরেংগী মথল-মথেল্লগী চায়েং কয়া চঙলকখি। অহুবু চাংযেংশিং অসিনা পুরকখিবা শৈরেংগী ঈহৌদি মপুং ওইনা অনীথক্কনি হায়বা য়াই— রোমান্টিক শৈরেংশিংগী ঈহৌ অসুমং মতমগী অনৌবা শৈরেংশিংগী ঈহৌ। চাউরাক্না খৃষ্টগী কুনশুবা শতাব্দীগী অহানবা তংখায়বু রোমান্টিক শৈরেংশিংগী অমসুং অকোনবা তংখায়গী হৌজিক্কী শরুক অসিবু অনৌবা শৈরেংশিংগী মতম্নি হায়না লৌবা য়াই। অকোনবা শরুক অসিগী অহানবা চহী তরামুক্তি অনৌবা রাখল-ঈহৌগী থৌরাং ওইবা লাংদাইগী মতম্নি।

কুনশুবা শতাব্দী চঙলকপগা লোয়ননা মণিপুরদা নোংচুপকী মহৈ-মশিং চঙবা হৌরকখি। মসিগী মমাঙ চহী ১৫০ হেন্না লৈবাক অসিগী সাহিত-কলা-সংস্কৃতিগী থৌরমশিংবু বাঙলা লোল অমসুং সাহিত্যনা মপুং ফানা খুত্থম চনবগুম লৈরম্মি। মণিপুরী লোল অমসুং শৈশকসু অমাংবা মত্রগা হন্থবা থাকী ওইনা লৈরম্মি। অঙ্রেজী শিক্ষা লাক্লবা মতুংদতা কুলশী পাঠ্যক্রমদা মাতৃভাবা মণিপুরী শরুমথে চঙবা হৌরকখি। থোইদোক্না মতম অসিদা মণিপুরকী মপান্দা মহৈ মশিং তমহুনা ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী অতৈ সাহিত্যশিংগী চাওখৎপা নীংথিনা শকথঙনকরবা মৈত্রবাক মচাশিংদা মরৈবাকী লিরবা সাহিত্য

অমসুং সংস্কৃতিগী লনগৈগীদমক চাউথোকচবগী অমদি মরৈবাক, মজাতি, মনাং অমসুং মমালোলবু মুংশিবগী রাখল নৌহৌনা পোক্লকখি; লোয়নবা, কাব্যগী লোল অমা ওইবগী মপাঙ্গল মণিপুরী লোলদা লৈতে হায়বা মতম অদুগী থাজনবীবু অর্থ য়াওদবা রাফম্রি হায়বা উৎনীংবগী অমদি মৈতৈলোলবু বাঙ্গলা লোলগী খুদুমদগী নীংতমহন্নীংবগী রাখল চেংনা পোক্লকখি। অদুবু অনৌবা মীৎয়েংগী সাহিত্য সেবীশিং অসিনা অকনবা লালহৌ অমগী পাশ্বে শীজিন্নদুনা মখোয়গী পন্থুং ফংনবা খক হোৎনখিদে। নিংথৌরেল কয়াদগী মরা চেংনা লৈরক্লবা বৈষ্ণব ধর্মগী য়ুম্ফম খুগাযবগী রাখল কৈদৌনুংদা পোকখিদে। বিষ্ণুগী অবতাবনি হায়না লৌনবা লৈবাক্কী মপী-মপা ওইবা নিংথৌ অমগী মথাদা লৈবনা অঙ্গেৎজীশিংনা লৈবাক ভাক্লববা মতম ফাওবদা লৈবাক অসিগী মী অমগা মী অমগগী মরক্তা অচৌ-পিশক অমসুং অনেম-অরাংগী অচৌবা খেন্নবা লৈতবা মহৌশাগী ইচম-চম্বা, ইতিং তিংবা পুন্সী-মবেল অদুদা থোইদোকপা অহোংবা লাকখিদে। রামায়ণ-মহাভারত, শ্রীমদ্ভাগবত গীতা, গোপাল—সহস্রনাম, চৈতন্যচরিত্রামৃত, বিদগ্ধমাধব, নিভৃতচিন্তামণিনচিংবা লাইরিকশিং অমসুং জয়দেব, বিদ্যাপতি, চণ্ডীদাস, কৃষ্ণদাস, নবোত্তমদাসনচিংবগী থোৎ-নৌরবা মুংশি-ঈশৈশিংন। মতম অদুগী লৈত-লাযবগী শাথীবা অরাবা শকখণ্ডনদবা মোংহান্ত্রবা মণিপুরী সমাজ অদু অথুম ঈপোম লাংহল্লি। অমবোমদা, কালিদাসকী সৌন্দর্যবাদ, ববীন্দ্রগী রহস্যবাদ অমসুং অন্তর্রাষ্ট্রীয়তাবাদ, বঙ্কিমগী রাষ্ট্রীয়তা, শবতকী মানবতা, মাইকেলগী অভিনবতা, অঙ্গেৎজী কবিশিংগী রোমান্টিসিজম অসিনচিংবা সাহিত্যগী মচং ওইবা রাখল-পারিং কয়ামরুম মতম অসিগী মণিপুরী সাহিত্য-প্রেমীশিংগী রাখল খন্দোই অনীমক্তা চঙলকখি। লৈবাক অসিগী হান্না লৈজরম্বা অরিবা পুরা-মতমগী মপুং ফারবা শৈরেংগী শক্তমশিং অদুগাদ লোল অমসুং ময়েক্কী খুদোং চ দবশিংনা মরম ওইদুনা মরী তৎনরবগুম থোকখি।

ধর্ম্ম, সমাজ, রাজনীতি, অথনীতি অমসুং সাহিত্যগী ফিভমশিং অসিদা লৈবাক অসিগী প্রকৃতিগী মপাল নাইরবা ফজবশিংনা অমুক তেংবাংশিল্লুনা মণিপুরী সাহিত্য-জগৎকী অহানবা য়াওলদা রোমান্টিক ওইবা শৈরেংশিং পোকহনখি। বিষয় অমসুং ৱাকোওদোক্তা সংস্কৃত, বাঙ্গলা অমসুং অঙ্গ্রেজী সাহিত্যশিংগী মমি ময়েক লানা তারবসু মণিপুরী রোমান্টিক শৈরেংশিংগী মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা শক্তম থর লৈজে। মতম অম্বগী কবি-পরম্পরাদা চৎনরম্বা মপুং ওইবা বিষয়শিং— প্রকৃতিগী নীংথিবা শৈথাবা, মরৈবাকী গুণ শকশোনবা, হৌথিবা মুঙাইবগীদমক মুংনাংবা. 'মুংশিবা' অমসুং 'ফজবা' ঊৱাৎপা, অসিনচিংবা কয়া— নীঙাইদনা লৌখৎলবসু মপান্থোংগী বিষয়শিং অসিদা মণিপুরী রোমান্টিক কাবশিংনা য়েংবা মীৎয়েংদি তোপতোপই। মখোয়গী শৈরেংশিংদা থোৎ-নৌনা নীংথিবী প্রকৃতি মতম পুম্নমক্তা চানবীহৈবী নত্রগা পাউতাক পীনহৈবী মাতৃদেবীগী শক্তমতমক লৌই; অয়াম্বা শরক্তা আলম্বনতমক ওই, উদ্দীপন ওইবগী চাং য়াম্না হৈ; সমাজ অমসুং পুন্সীগা লোন্দিন্নহনতা লৈ, নাইতোম তাবা মঙলানগী পুন্সী থোইনা শেমগত্তে। মরৈবাক নীংবগী শৈরেংশিংদসু মীখাপোনবগী চৈনা ফংলবা খোঙ্গেল য়াওদে। লনাইগী পুন্সীদা হৌখিবা মুঙাইবশিংগীদমক মুংনাংবা তোয়না ফোঙদোকপগী মহুত্তা সমাজগী পুন্সীদা পোক্কফম লমদমগী ইতিহাসকী লৈরোন চনগ্রবা নীংথিবশিংবু থোইদোক্না খোয়জঙনা পুথোকই। কল্পনাগী চুমথাং-মচু কয়ানা নীংথিহল্লবা মুংশিবা অমসুং ফজবগী শক্লোল কয়ানা কাব্যগী য়ুম্ফম ওইরবসু ধর্ম্মগী অকনবা শাফু লৈরিবা সমাজগী নৈতিক আচারগী চেৎলবা রারক মথাদা নীংতম্বা মুংশিবা নত্রগা ময়াই কাবা ফজবগী মফম লৈরমদে। পুম্নমক অসি সত্যম্, শিবম্, সুন্দরম্গী অপুনবা খোঙফম্নি। ফিদমগী মায়ওন্দা আদর্শবাদকী খোঙজঙনি। আদর্শবাদনা অমুক সুধারবাদ পুরকই— সমাজ অমসুং পুন্সীগী অশোনবা,

অশোয়বা, অঁরাংপাশিংবু শেমগৎ-মেনখৎনবগী সর্জনাত্মক ওইবা খোঙাউ অমা থোকহল্লকই। ফত্তবা পূম্নমকপু হুন্দোক্লগা অফবা খুদিং লৌশিনবগী সমন্বয়বাদী ওইবা মীৎয়েং অমত্তু ঈয়োয়নরকই। মসিনা হেক্কা পাকথোকহল্লবা মীৎয়েং-ফিরেপ অমদা লোকমঙ্গলগী সাধনা ওইবা মানবতাবাদকী ঈহুল অমা পুশিল্লকই। পুন্সীগী মপুম ওইবা মীৎয়েংনি; ব্যক্তি-চেতনাগা সমাজ-চেতনাগা মশা অমত্তা ওইমিন্নখিবনি। সমাজদগী চেন্থোকপা নত্তে, সমাজদা চঙশিনবনি। তাইবং-পুন্সীগী হেন্না মপাং ফাওনবগী অপাম্বনি। শৈরেং খরদা নিরাশাগী চৈরাক মথাদা পামৈ করিসু লৈজদ্রবা তেঙবা মীওইবা পুন্সীগীদমক ফোংদোকপা অরাবগী খোঞ্জেল য়াওরবসু কর্মবাদী অমসুং আশাবাদী ওইবা মুংগী ফিরেপ অমা শাগেয়ে। করিগুম্বা শৈরেংশিংদা, অমুক, প্রকৃতিগী পোৎশক খুদিংদা পাকশন্না লৈরিবা, প্রকৃতিগী তুংনফমসু ওইরিব। তাইবং মপুগা থুম্নবা জ্ঞান ফাওথোকপা অমসুং তাইবং মপুদা মশাবু মপাংফানা কথোকনা উম্নবগী লম্বীদা চঙশিল্লকপাগী মুংগী খোঞ্জেল পীবা রহস্যবাদকী মখি তাই।

ঙাফোঙদোক্কী শরুক্তা মণিপুরী রোমান্টিক কবিশিংনা কাব্যগীদমক চন্না খোবথুম্নবা থোং-নৌবা লোলগী শক্তম অমা পুশিল্লকখি। অয়াম্বা শৈরেংশিংদা চেকশিন্না খনগৎলবা মরেক অমসুং ঙাহৈশিংনা স্বর, ছন্দ, তাল, লঙ্গী ঈপোল্লক্তা সঙ্গীত মাধুর্য ঈচেমহল্লি। ঙাহৈগী অমসুং অর্থগী চৎনবী লৈতেং কয়া থোইদোক্না শেম-শারবা মাইদবা মহৌশাগুম শাগেয়ে। প্রকৃতিনা তাইবং মীগী শক্তম লৌই। কবিশিংগা লনাই পুন্সীগী মীকুপ্তা শাগৎপা পুক্নিংগী ওইবা রাখল-মূর্তিশিংসু, অয়াম্বা শরুক্তা, লেঙলি-পাল্লিবা জীবংগুম থরাম্লনে।

রোমান্টিক ওইবা মণিপুরী শৈরেংগী খুমাবা নোঙ্গাপ্রবা কবিশিংগী মরুংদা লমাবম কমল, খাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, হুরাইবম

নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী মিং থোইদোক্না পনবা য়াই। মৌলিকক হিংলিখা রোমান্টিক কবিশিংগী মনুংদা অশাংবম মীনকেতন, রাজকুমার শীতলজিৎ, শঞ্জেনবম নদীয়া, খুমন্থেম গৌরকিশোর, রাজকুমার সুরজিৎ, শীজগুরুময়ুম নীলবীর, এলাংবম রজনীকান্ত, শঞ্জেনবম বেদজিৎ, খুমন্থেম ইবোহলনচিংবগী মিং পনবা য়াই।

পৃথিবীগী অনীশুকা লান্নাওনা মণিপুরদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। লান মমাঙগী মণিপুরী সমাজ অমসুং পুন্সীগী মোংগাদবা শক্তম লাল মতুংদা অঙকপা কংনা খোঙলৈ য়াওনা হোংলকখি। সমাজদা মীওইশিংগী মমল, মী অমগা মী অমগা লৈনবা মরী নোংম-নোংমগী মশক কায়থরকখি, হেন্না-তেন্না চয়েংনরকখি। পুন্সীগী খোঙচৎ য়াম্না থুরিল্লকখি। পুন্সীদা মেছীনগী শাজৎ চঙশিল্লকখি। লাল মতুংদা অমদি হেক মতুং তারকপদা হকথেংনখিবা হিংবগী চৈনাশিং অদুনা হায়রবগী সমাজগী মীওইশিংবু হেন্না মশাতগী য়েংবা, ওইজ তানবা, নমথাক হৈবা, লমচৎ কান্বা অসিনচিংবা কয়া ময়েক শেংনা ওইহল্লকখি। নাইতোম ওইবা রাখলনা শাফু কল্লকপগী মতিক অপুনবগী লুওাইবা মাঙশিল্লকখি। নোংচুপকী সভ্যতা মতৌ তম্বগী অপাম্বা অমা কন্না চঙশিল্লকখি। অর্থনীতিগী মায়কৈদসু হিংবগী সমস্যা নোংম-নোংমগী লুশিল্লকখি। মেছীনগী অঙকপা মপাঙগল্লনা লায়রবশিংগী থুংশূমল মুনবা হৌরকখি। ঈনাক থুনবা-লায়রবগী থেন্নবা, শেল থুমগী অরাবা হেন্না-হেন্না ময়েক লাখৎলকখি। অমরোমদা গনতান্ত্রিক শাসন লাকখৈদগী রাজনীতিগী চৈনেনবসু মথং-মথং হেনগৎলকখি। নীংতম্বগী মিংদা চৎনরিবা অরানবা শাজৎ, করিগুম্বা পাম্বৈ অমনা শাসনগী শক্তি পায়শিন্নবা শান্নবা কন্নু-শরৌ, খুভম চেন্নবা সরকারগী ওইন্ন-তানবা থৌশীল, অসিনচিংবা কয়াদা মীচম প্রজাশিংদা রাজনীতিগী পেন্দবা, চমন্নবা কয়া পোকহনখি। ধর্মগী শাফু, মুংগী আধ্যাত্মিক পুন্সী রিজ্ঞানগী চৈথেংদা নোংম-নোংমগী

মমি শাম্লকখি। নৈতিক বিচার, ধার্ম্মিক আচারনচিংবগী মওং-মমল মথং-মথং কাযথবকখি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা সিম্বোলিজম, ইমেজিজম, দাদাইজম, সুর-রিএলিজম, একজিষ্টেন্সিয়েলিজম্নচিংবা নোংচুপকী মহাদেশশিংদা অকনবা শাফুগা লোযননা লাকখিবা মতমগী দর্শন অমসুং সাহিত্যগী ওইবা ঈহৌশিং? ঈরায়-ঈনিল মণিপুর তম্পাক্কী সাহিত্যদসু যৌবকখি। লোয়ননা, মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যবু মতমগী ওইবা থাক অমদা পুখত্নুনা ভারত পূম্বদা শকখঙহন্বীংবগী অচেংপা অপাম্বা অমা মণিপুরী সাহিত্য-সেবীশিংগী থম্মোইদা চঙলকখি।

অসিগম্নবা ফিভমশিং অসি মথং-মথং লাকপা হৌরক্লবদা লাল মমাঙগী মণিপুরী শৈরেংশিংদা অকনবা শাফু ওইরম্বা রোমান্টিসিজমগী শক্তি চোইজাইনবা হৌরকখি। অমরোমদা, নন-রোমান্টিক ওইবা অনৌবা শক্তিশিং পুনশিনবা হৌবকখি। সাহিত্যগী ঈহৌ অনী অসিগা লোয়নরকপা শক্তমশিং পূম্না ঈহৌ অনী অসিগী লাংদাই ওইবা কবিশিংগী শৈরেংশিংদা উবা ফংই। লাংদাই ওইবা কবিশিংগী মহুংদা রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ, এলাংবম নীলকান্ত, কাঙজম পদ্মকুমার, খিয়াম ইবোহলনচিংবগী মিং পনবা য়াই।

মতমগী অনৌবা নন-রোমান্টিক ওইবা মণিপুরী শৈরেংশিংদা মাঙলমচৎকী রোমান্টিক কবিশিংনা কাবাগী মতিক চাদবনি নত্রগা লৌখৎহৈদবনি হাযনা তোঙান্না থনম্নবা বিষয়, রাখল অমসুং রাফোঙদোকপু মথংশীৎনা লৌখৎলি : মাযকৈ মম্নিদা থেংনরিবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী নীংবা কায়নীংঙাই ওইববা য়াক্লবা য়াথার্থশিংবু বুদ্ধিগী ওইবা থাক অমদা লৌশিন্দুনা নীংতম্না ফোঙদোকই। অনৌবা সমাজ অমসুং পুন্সী-মরেলনা পুরকপা অচুম্বা, কান্নবা অমসুং ফজবগী অনৌবা ফিরেপকা হান্নগী ফিবেপকা অনী থেঙ্গাযনবগী সুরনা মতমগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা বিষযনি। অতৈ বিষয়শিংগী মহুংদা অনৌবা

শৈরেং মখল অসিনা হান্নগী কবি-পরম্পরাদা হুন্দোক্লম্লবা 'কবিশু লৈতবনি' হায়না লৌনরক্লবা পোৎশক অমসুং জীব, মুংগী নীংথিবা অপূনবা শক্তম মাওশিল্লক্লবা অমদি সমাজদগী নাইতোম তাশিল্লক্লবা মীওই, ফোংদোক্লক্লবা পা-পীগী থূপ্লবা মরী, পোৎশক্কী শক্তম লৌরবা প্রকৃতি, য়ানীংদ্রবা ধর্ম্ম, ঈশ্বর অমদি পরলোক্কী ৱাখল, মাওথরক্লবা নৈতিকতা অমসুং আধ্যাত্মিকতা, অতোনবা অশোনবশিংবু নৈহৎপা অচৌবা শেঞ্জাও পায়বা মীওইশিংগী হঙোইনীংঙাই ওইবা মশক, মপাঙ্গল শোল্লবা পাৎস্থ লৈজদ্রবা লৈত-লায়রবশিংগী মুংশিনীংঙাই ওইবা শক্তম, লৈঙাক মপুশিংগী ওইজ-তানবা অশেগ্না ৱাখল অমসুং অমোৎপা লমচৎ, চৈনা ফংলবা নাইতোম তারবা পুন্সীদা নীংতম্না হুঙাইবা, মুংশিবা অমদি শিবগী মহাউ তংজনীংবা নীংবা থুংদ্রবা চয়েৎনরবা অপাম্বশিং, পূম্নমক শূপচিল্লগা মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সীবু, মতমগী ইতিহাসপু কোনশিল্লি। ৱাখলগী থাক্ত। মতমগী অনৌবা শৈরেংশিংনা মীৎয়েং পাকচাউনা থম্মী। নীংতম্বা ৱাখলগী নীংতম্বা শক্তমশিংদা লোক-কল্যাণগী ঈহুল অমা য়াওই। মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সীদা ওইরিবা অথীবা শকওঙশিংদা পেন্দবা অমসুং নীংবা কায়বনা পূম্নমকপু মন্ধ ফংনা থুগায়বগী অকনবা অপাম্বা অমা উৎলবস্থ মসিগা লোয়ননা অনৌবা মমল অমসুং অর্থগী পূম্নৌ নৌবা শকওং অমা অমুক নৌহৌনা শাগৎপগী ঈঙ্গিৎ অমসু পীরি। অনৌবা ফিভমশিংগা থম্মোইগী অনৌবা মরী অমা শাগৎনবগীদমক য়াওফম-লৈফমগা চূনবা অচুম্বা তানবগী খোঙজঙদা চাংয়েংতবু মরু ওইনা লৌবা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং অমা পুশিল্লকই। মীৎয়েং অসিনা কাব্য-চেতনাবু হোংনাইবা য়থার্থশিংগা চুম্নহন্নবগীদমক ৱাখল পারিং অমসুং ৱাকোওদোকা মরী লৈনবা অনৌ অনৌবা চাংয়েং কয়া পুশিল্লকই। রোমান্টিক শৈরেংনা তৌবগুম পূক্নীং ঈহুলবু মফম-মতম-মীওই থুদিংদা পাক শনহন্নবা হোৎনবগী মঙ্গল্তা অথম্নবা কেন্দ্রবিন্দু অমদা

লাক্কশিন্দুনা ফোঙদোকই। অদুনা, নন-রোমান্টিক ওইবা শৈরেংশিংদা মরোমদোম ওইবামী ওইগী অথৗবা লনাই মীকুপ্পা ফাওখিবা পুক্নীং-ঈহুল নত্তগা অচুম্বগী মমল য়াম্না ৱাংনা লৈ। মসিনা পুক্নীং ঈহুলশিংগী মফমদা পুকচেল শেংবগী অকনবা দাবী অমা পুরকই অমসুং দাবী অসিদা মতমগা মণিপুরী শৈরেংশিং খরমখৈদি নীংবা থুংলে। মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সীগী য়থার্থশিংগী মফমদা পুকচেল শেংবগী মপুংচন্না সমাজগী শংশংবা মচাক্ক অমা ওইরিবা মশামক্কী অশেংবা মশক থিবগী অমদি ঙাকশেনবগী মায়কৈদা মণিপুরী নন-রোমান্টিক কবিশিং থরায় য়াওনা চঙশিল্লি। মশাগী মশক থিগৎপা অসিমক, মওং অমদা, অনৌবা যুগকী ঈহুলগী গুণ অমনি। মী অমগা মী অমগগী মরক্তা য়থার্থ ওইনা লৈরিবা হেন্না-হেন্না চয়েৎনরক্লিবা মরী অসিগী য়ুম্ফমদা থিগৎচবগী ফিরেপ অসিনা মাঙলমচত্তা ফোংখিদ্রিবা মীওইবগী ফিভম অমসুং মুংগা মরী কয়ামকুম ময়েক লানা পুথোরকই। পুক্নীং ঈহুলশিংবু, অমুক, মোডর্নিটীদা থাজবা মতমগী নন-রোমান্টিক কবিশিংনা যুগকী খোঙথাংগা মায়ওন তিন্নবা বুদ্ধিগী ওইবা থাক অমদা লৌশিল্লি। মখোয়গী মীৎয়েংদা, কবিগুম্বা ইহুল অমবু শকুয়ঙবা হায়বসিমক বুদ্ধিগী ওইবা থৌরাং অমনি— থম্মোইদগী বুক্কিবু মপুংফানা থাইদোকপা ওইথোক্কবনি।

রাফোঙদোক্কী মায়কৈদা মতমগী অনৌবা শৈরেংশিংনা বিষয়গা চুনবা অনৌবা শিল্পশিং পুশিল্লকই। অনৌবা মীৎয়েং অমদি রাখল পরিংগী মতিক পুবা গুম্বা রাফোঙগী অনৌবা পাম্বৈশিং নীংতম্বা পুন্নমকা লোয়ননা অথিংবা লৈতনা শীঙি মৈ। বিষয়গী মওং অমসুং থাক মতুংইন্না অচম্বা, করেম্নবা, অয়াকপা নত্রগা অচোপ্পা লোল পুকচেল শেংনা শীঙি মৈ। অশেংবা ফিভমগা হকথেন্নরবা রাহৈ মীয়ামগী ওইবা লোলগী শক্তমদা অশুকপা লৈতনা পুশিল্লি। রাফোঙদোক্কী অনৌবা চাংয়েং কয়া হুনবা লৈতনা তৌই; অনৌবা নীংতম্বা ছন্দ, অনৌবা উপমা, অনৌবা ইমেজরি

অমত্তুং অনৌবা মিথোল কুমামকম পুশিল্লকই। মায়েকোওগী পাট্রেশিং অসি অপাক্পা মওংদা নীংতম্না শীজিন্নুনা রাখল-মূর্তিসিংবু অয়েকপা লাইগুম শকপাম্লম্লবা হোৎনৈ। গদ্যগা পাংথক ওইবা ছন্দগী লক্তক-লক্লক তৌবা থোঙজন্না লোলগী মুংগী ওইবা ঈচেল অমা পুরক্লবা হোৎনৈ। পানগী অফোংবা ঈচেলগী মহুত্তা অথিংবা অমত্তুং অপানবদা মুংগী ঈচেল অমা লৈহন্নবা অসি আধুনিক কলাগী থোক্লদোকপা গুণনি।

নন-রোমান্টিক ওইবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংশিং ইবা কবিশিংগী মনুংদা লাইশ্রম সমরেন্দ্র, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন, রাজকুমার মধুবীর, থাংজম ইবোপিশক, য়ুম্লেম্বম ইবোমচা, নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র, জি রণজিৎ, আই এস কাঙজমনচিংবগী মিং থোইদোক্না পনবা য়াই।

লাইরিক অসিদা অনৌবা য়ুগকী মণিপুরী শৈরেং-ঈহৌশিংগী চাউরাকপা অপুনবা শক্তম অমা তাকপা ঙম্বা অথন্নবা শৈরেং খর থোমজিন্নবা হোৎনরি। মণিপুরী শৈরেং-ঈহৌশিংগী মপুং ওইবা ঈচেন্দা মশাগা তোপতোপ্পা শক্তম লৈরবা অমদি মশাগী শৈরেং-লাইরিক পুথোক্কুনা মণিপুরী পদ্য-জগত্তা খর চেৎশিল্লা শক্তাক্লবা কবিশিংতবু লাইরিক অসিদা খনগৎলি। খনগৎলবা কবিশিংগী মথং-মনাও লেপ্পগী মত দা নীংথেং অনী থোক্কি। লৈখিদ্রবা কবিশিংগীদি মথোয়গী শৈরেংশিংনা মণিপুরী কাব্য-জগত্তা পীবা শাফুগী অহেন-হেন্দ চাংনা মীওয়ৎ লৈ, থৌজিন্দুনা হেনলিবা কবিশিংগীদি পোকপা মতমগী অহান-অফোম্না। নীংথেং থৈ শৈরেংশিংগী ইবগী মতমশিং অসি অইবা মশাশিংদগী ফংবনি। শৈরেংশিংগী 'ফোওবা' হায়বনা ছাপা নমত্তুনা অহানদা লোঙলক থত্রবনি। বানানগী মতাংদা মণিপুর সরকারনা লেপ্পবা বানান-কাঙ্গলোন্দা শক্তম ওইত্তুনা অমতা ওইবা শক্তম অমা থম্লবা হোৎনদ্রি। শৈরেংশিংগী মখলগী মশাগী বানান্দা হোংদোক-হোংজিন খর তৌজবাদি লৈকে অইবশিংনা ঙাকথোকপীগনি নীংজৈ।

খনগৎলবা শৈরেংশিং অসিবু লাইরিক অসিদা ফোঙবা য়াবীরকপগীদমক অইবশিংগী মফমদা তৌবীমল খণ্ডবা উচ্চরি। লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌবীখিবা শ্রী পি, কোকঙাং সিংহ, শৈরেংশিং খনগৎপা, খোমজিনবা অমসুং ছাপা নমহনা পুথোক্লবা হোৎনবদা সম্পাদক অমা ওইনা অচৌবা শরুক য়াবীখিবা শ্রী ইবোহল সিংহ কাঙজম অমদি স ম্পাদনগী থবক শিন্নবিরকপা মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফালগী মফমদসু তৌবীমল খণ্ডবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,
১৮ ডিসেম্বর, ১৯৭১ ইং

ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ

# ডাক্তর লমাবম কমল সিংহ

## (পোকপা-১৮৯৯, লোঙ্গাবা-১৯৩৫ ইং)

মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচত্তা অনৌবা যুগকী য়াওল পুরকখিবা অথোইবা লময়ানবা কবি ডাঃ কমল লাংথবানগী কুঞ্জ খুনদা পোকই। খুঙংগী ইচম-চম্বা ঈখুং অমদা পোক্লবসু লাইরিক থীবনা শিনফম ওইবা পস্থৌ যাত্রা সিংহদগী মহেগী থৌঙ্গৈনশিল তত্তনা ফংখি। মেট্রিক পরীক্ষা ১৯২২ ইংদা শিলং গোভর্ণমেন্ট হাই স্কুলদগী পাস তৌখি। বেরীহরাইট মেডিকেল স্কুল, ডিব্রুগড়দগী ১৯২৭ ইংদা এল, এম, পি পাস তৌখি। পরীক্ষা খুদিংদা মকোক মথং তাবগীদমক ছাত্রবৃত্তি ফংহুনতা লৈখিবা ছাত্রনি। অঙাং ওইবিডেদগী হৌনা রাখল খনগনবা মীতানি। পীথোবকপা কবিত্ব শক্তি চেল্লি। রামায়ণ, মহাভাবতনচিংবা অরিবা সাহিত্য অমসুং মতম অহুগী বঙ্কিম যুগকী অনৌবা সাহিত্যগা মমূৎ তানা শকখঙনৈ। ১৯৪৮ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা "কবিরত্ন" মিংথোলনা ঈকাইখুম্মখি। ফোঙলবা লাইরিকশিং:— শৈবেং—লৈপরেং (১৯২৯), উপন্যাস—মাধবী (১৯৩০)।

মবৈবাক মৈত্রবাকপু থোইদোক্না নুংশিজবা কমল প্রকৃতিগী কবিনি। প্রকৃতিগী মপুংফারবা শেংলবা থৌজাল হৈবা শক্তমু ইচম-চম্না তক-তরুনা উৎচবা পাম্বা প্রকৃতিগী নীংথিজবদা মপুক্লীং লুপচবা পীথোরকপা রোমান্টিক কবিনি। কমলগী প্রকৃতি তাইবং মীগুম থরায়নৈ, অরা-মুংঙাই খোঙফম্নবা মপুন্সী অমা শাগোম্লৈ। কমলনা সমাজগী অমসুং পুন্সীগী রাহং কযাগী পাউখুম ফংনবা প্রকৃতিগী মফমদা মতম পুম্নমক্না চংলৈ। অহুবু কমল পুন্সীবু চেৎনা থাজবা আশাবাদী কবিনি, আদর্শবাদীনি। বঙ্গ সাহিত্যগী প্রভাব খর তারবসু ঈপোম নাইনা থোৎনা-মেঙনা নীংথিবা লোলগী শক্তম মণিপুরী সাহিত্যদা ডাঃ কমলগী অখন্নবা খুদোংলনি।

১

# চন্দ্রনদী

থাপ্না উরিবা চীং অসি ওন্থোক্না ফজৈদা।
নৌনা পূক্লীং হূনা নীংথিদা,
ঈংনা নীক নীক লাউইদা
শংবানবা অতিয়ামকপুস্থ নম্নাৎলিদা।

মসি শংবানবা অতিযাগা শম্নগ্রবরনে?
অমুক্তং য়েংঙুববদা,
মীৎফম হোংবা য়াদেদা;
অহুবু অওইবমক মসি মাগী মচুরনে?

নত্তে, মখোঙদা চঙলবদি উবা ফংগনি
শোঙলবা শা-কৈনা থল্লবা
নারকনি তিংথং-তুম্থৌ হৌবা;
তিংথৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম থরত্তনি।

অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি!
তোর্ব্বানস্থ নারক ওইখ্রে,
মনুংস্থ নাপীনা থনখ্রে,
তৌইগুম্বস্থং ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি লৈম্নুংদদি।

মতম অমদা মহাক্কী অকনবা ঈচেম্না,
তোবর্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল কুক্তোক্লম্মী।
হৌজিক্তি ফল্গু গঙ্গাগুম্না,
লাইজ ঈচেল থাদোক্তুনা,

পূক্নীংগী অণুঙ্গা মফমদা, মঙ্গুং মঙ্গুংদা,
অরাবগী ঈচেল্ চেল্লি লোঙ্গা লোঙ্গা ।

অতুগুম্বা ঈচেন্দো কনানসু উবা ফংদেদো !
কাঞ্চীপুরগী অরাবা পাউবু পুখিদুনা,
অহিং মুংথিল নাইদনা,
চেস্থরি অমম্বা সমুদ্র তম্না ।

লোক্তাক্লোমদা তম্নম্বী লাইজ ঈচেল চেল্লিঙৈদদি,
মপাল নাইদবা অমম্বা সমুদ্র তমথ্রে হৌজিক্তি ।

কনানো শকহেনবা, মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা
ঈরুজগে থৌরাংলিবা, থৌরাংবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা ?
ইরৈবাক্তসু তুরেল লৈ, ঈচেল কংথ্রে থল্লিবদু,
তৌদুনা যেংসি অমুক্তা, য়েংসি থোরকপা লাইজদু ;
লুরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংদুদা
ঈঙনি পূক্নীং হকচাং, কয়া মুংঙাইগবা পূক্নীংদা ।

লৈ-সু থাসি তোর্ব্বান্দা, য়ৈসি হিদেন্দা চেক্কী থাক,
ওমজবনি ঈরুজবা অশোন অনা পূন্নমক !
পোকফম লমদম থাদোক্তুনা, হাপ্তুনা থৱায় থুবাঙা,
লন তানবা চৎনৈ খুদোং থীববা মফমদা ।
ইরৈপাক্কী মঙ্গুংদসু মিংচৎ মমল যাম্নবা
ফুমদুনা লৈরি লৈম্নুংদা, তাল্লুসি শকহেনবা !

ডাঃ লমাবম কমল সিংহ ।

২

# কাঞ্চীপুরগী লৈমচৌবা মখাক

( থায়নগী কোন্নুংনা তোংখিবা অমস্তুং হৌজিক্কী অনৌবা কোন্নুং শেমজিন্নৈগী মরক্কী অবস্থা ।)

চীংনা কোয়না ফিরুক খুম্লিবা,
হাওনা কোয়না পনঙ্গাক্লিবা,
ঋতু তরুক্তুম্ লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথ্বীগী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োন্দা ;
থমচেৎকুম থম্বালগী মন্নুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মন্নুংদা,
ঙাম্হৌইরি থায়নগী কাঞ্চীপুর ।
লৈময়োলসিগী নীংথিজবা মিংচত্তি,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ঈরৈনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা পুথোকখিত্তনা
লুপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা ।।
নুংশিরবা লৈগী লৈনম্না,
নুংশিৎকী মকোয়দা তিনবগুম ;
চীংনুংদা খোংবা তাম্নাগী খোঞ্জেল্না,
পাক্লবা অতিয়াদা মাঙখিবগুম ;

---

* The rame 'কাঞ্চীপুর' was recently introduced but it sounds so sweet that I wish it to have been from the ancient.
[Dr. Kamal]

মনম মুৎশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নীংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লক্লে নোংম-নোংমগী।
অমদি কাঞ্চীপুর লাইরেম্বীগী,
ময়াইবক থীবা মরমদগী,
মবুংতোম্নু মায় লৈথোকপিগ্রে ;
পাউতম্বীন'স্নু লৈরক্করে।
অমদি অরা-পোখানবা য়াবা,
মচাম্নু য়াওদ্রে তৌবিমল খওবা ;
ঈরাক্লরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
"হা ওইজরে নুং অনীগী মরক্তা"।
মচা ফাগ্রবী শজী অমোম্না,
মৈচাক খাও'গুম চেনচোংছুনা,
উনাথক্তা তা'গুম অহিং লীক্লানা,
অরাবা পি শিন্থরি ওন্না থোইনা।
শঙ্গুদগী চিখহৌরবী তেনরাগুম,
মীচিক-মীরাওখোল তাখিত্রবা,
উমং-উখোঙ-রাখোঙ নাক্তা ফমছুনা,
অরাবা ঈশৈ শকচরি মথল্লতা।
থৈবোং, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিংঘারৈনচিংবা লৈপাল,
মশাগা মশাগা লোনশিনছুনা,
অরাবা ফোওদোক্লি তুমিন-তুমিন্না।
উরীরৈ, কুন্দারৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উরীগী কাওলুপ্না মরী চৎপা,

থাদোক্কনা তুংনক্কম হৈপাল লৈপাল,
ওন্থোইরি, তৈত্তনা উকুল রাইকুল ।
লমথুমু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনা পূংবা উশা খুদিংদা তোংতুনা,
তৌবিমল থওবা চেক্লাগী কাওক্লুপ্পা ।
হৌজিক ফাওবা কালিদমনগী,
পিক্রবা ঈশিং ঈচেল অক্তনা,
চীংগী চীংখোঙদো ঙাথেংতুনা,
চামথোক্লি খুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী ।
কাঞ্চীগী হৈকোল-লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরূপ খিবিক্লা,
নীংথিজবা মহৈ মরোং লৈ-শু কত্তুনা,
পূক্নীং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু ।
মতা কাঞ্চীগীদমক রাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পুথ্রী অসে
লৈতেংখরে অমোংপা ফিজেৎনা
লু-হেন্দরে মহৌশাগুম্না ।
অত্তম ওইনমক চাক্তাররি,
ঙাক্লুথঙ্গোংনচিংবা চেক্লানা,
নুমিদাংরাই য়ৌরে হায়তুনা,
পূক্নীংগী অরেপ্পা কায়দনা ।

ডাঃ লমাবম কমল সিংহ ।

ঔঁ

# নির্জনতা

হুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্তুনা
সনা অহিংবা মশেক্না,
উতোল ৱাতোল লৈতেংহনা,
পোখারক্লে অঙানবা নোংচুপ্পা।

পোম্বী চেক্লা অয়াম্বা,
পাইরক্লে মহুম তম্না
য়ুমশা, ষণ শগোম্নচিংবা,
মমায় লৈনগ্রে পুক্লক তম্না।

ব্রহ্মচারী অমসু কনাগুম্বা,
থাদোক্তুনা তাইবং মীগী অপাম্বা,
'পূক্লীং তপ্পা লাই নীংগে' হায়না
চঙগ্রে অচিকপা লমদম তম্না।

উখোঙ অমদা ফমহনা,
য়েংলক্লে মীৎ কুপ্তুন',
অচিকপা লমদমগী ফজবা;
থল্লক্লে পূক্লীংদা মঙাল মঙাল।

হৈনম লৈনম্না চুরবা,
মলয়া হুর্থশিংনা ঈংলবা,
শিংলক্লে তপ্পা তম্না,
য়াচঙবগী অমম্বা মরক্তা।

উনা ম্নানা লৈ-ও খিবিক
হাইহুম্লক্লে তপ্পা তপ্পা
হুংশিবা খোঞ্জেল অমথক ;
পোক্লক্লে উমং'হুদা ।

খোঞ্জেন্দুগা তিন্নহনা,
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারক্লে শেংফাত্তনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোংদা ।

"তাও ব্রহ্মচারী ঙসিদি
ফোংদোক্লগে ম্না পুক্নীংগী
'অচিকপা' কৌই ইমিংদি,
মবেম্মনি লমদমসিগী ।

ঐাদ সহর অচৌ অচৌবা,
লৈবক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীযাম তিনবা,
হন্না যেংদে থাপ্পা চেম্থোকই ।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
ম্নারী অকন-অথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাজনীংদে তাজনীংদে ।

ঈংলবা উমং ময়ায়দা,
চিক্লবা চীংয়া-তময়াদা,

শোঙলবা নারক শীংলক্তা,
লৈফম্নি লাইবকথীবীগী।

হৈ-রা হৌবা হৈকোন্দা,
লৈ-শুনা লৈতেংবা লৈকোন্দা
অচৌবা চীংদোন্দা,
শান্নফম্নি পাঙ্গল শোনবীগী।"

'মথন্নতা হৌরক্লগা,
কংজখিবা মথন্নতা
উরী-রারী-লৈশুগী পুন্সীনা
পুন্সী-লৈ-পরেংনি ঐহাকী

সমাজগী ইতিহাস,
মপূংফাদে মপূংফাদে।
থল্লক্তা শানবা রারী,
মবীক চূমদে মবীক চূমদে।

তেংথাহুনা কপ্লতনা
থম্মোই শোক্তে থম্মোই শোক্তে
তুমিন্না লৈবতনা,
রাদবা নত্তে রাদবা নত্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা,
ফোঙদোক্তবা অন্নাবা খঙবিদে কনানা
মবোল থোক্তবা কনাগুম্ববু,
'উকংনি' হল্লি মীওইবনা।

খজিক্কং শোকপদ্দা তিংখংনা,
কপ্লিবী তেংথা নাওইহনা,
ঙুপীসিগী ৱারী ৱাখোঙদি,
শরু-শোম্নখ্রে মী থুদিংনা।

নৌনা মপুরোইবা খাইনরবী
ইকাইথীবনা কপখিদ্রবী,
লকান্নুংদদি ৱামৈ চারুবী,
শরু-শোম্নবগে কনানা ?

মশক থীরবী লায়ররবী,
মরোল থোক্করবী লৌশিং থেল্লবী
মথরায় থাগ্রবী নীংবা থুংদনা,
শরু-শোম্নবগে কনানা ?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহী খুদিংগী
পুণ্যগী ৱারীদি নুপা'সিগী
নিম্নখ্রে লৈরক খুল্লক্কা
শরু-শোম্নখ্রে মচী-মচীদা।

অত্তুগা মপি তরং-তরং চেন্দুনা
'তীর্থ দর্শন ফংত্রে' হায়না
ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা
কপ্লিবা নুপাসিগী ৱারীদি,—

মীপূমতিংনা হংলুহনস্থ
'খঙই' হায়রমদে কনানস্থ,

চেনা থুদিং হাইদোক্তুনস্থ
য়াওরমদে ইতিহাসতা।

মীকুপ পুংজা থুদিংগী
পাক-চাউর' তাইবংসিদা
অরা-অনা কয়া অস্থম তৌনা
মাঙথ্রবনো থঙহৌদনা।

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুন্সীহুদগী হেন্না রাবা,
হৈদোকখ্রেনে পুন্সী কয়া
মী উদবা লমহাঙদা।

ইতিহাসতা শীংথানরিবা
অকল অথৌশিংহুদগী
থোইনা হেন্না কনথৌরবা,
কেমখ্রে থঙহৌ উহৌদনা!

জাতিগী ইতিহাস হায়বসে
মীৎনা উহৌবা, নাকোংনা তাহৌবা
মরীক চুন্না ইবতনি রারী খরা।
ফোঙদোক্তবা পুক্সীংগী রাদি
করম্না থঙগনি মহাক্না?

কাব্য হায়নরিবা অসিস্থ
উহৌবা, তাগৌবা, কল্পনানা ফংবা

হীরম খরদং লৈতেং হাপ্তুনা
ইজবতনি পূক্লীং হুনা ।”

“বিজ্ঞান্না মমীৎ তাঙলবা
ইতিহাসনা মনা পঙলবা
হীবমশিংদু অহুগুম্বা
তাদবা উদবা লৈতে এহাক্না ।

হে ব্রহ্মচারী নৌনা লাকইবা !
পোৎকী মমলবু অচুম্বা,
খংহৌবা, উহৌবা, তাহৌবতনা
লেপ্পববনে চাং তম্নহুনা ?

অহুম্না চৎনরবদি সমাজদা,
করে—চেক্কী সিঙ্গি মথক্তা
গামলা মথক্তা লৈতেংলিবী,
লৈবাংসে ভাৰ্বিনা কৌবী,—

মথক্তনি শক ফজবদা
মথক্তনি মনম মুংশিবদা ;
অচিকপদা শাৎপী কেতকীসি
অরেম্বনি মাগী পুন্সী !”

“ইথক্তা অতিয়াগী মকোয়দা
নোংথাঙ কয়া কুপথ্রবা !
নোংমৈ শীংজং কয়া তাথ্রবা !
নোংশা কৈ কয়ানা কোয়থ্রবা ।

ঐগী চিক্লবা তম্পাক্তা কৃন্দুনা,
লাইনীংবা'সাধু কয়ানা
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজল্লনা,
সিদ্ধি ফংগ্রবা নীংবা থুংনা !

মুংশিহৈত্রবা মীগাংপা কয়ানা,
মীগী মকোক পু'শল্লকুনা,
লোংলরিবা ঐগী ইরুমদা
তুজুংইদকো শল্লুবদা !"

"ঈচিক হুল্লক্রবা অহিংদা
মীনা তুম্নহিপ্লগ্রবদা
ঈংলবা থাবলগী অঙৌবা ফিজংনা
কয়া কৃপগ্রবা ঐগী ইথক্তা।

ঐনা ন্নারী অমতম্ন লৌথোক্তে।
কনাদম্ন পূক্লীং ফোঙদোক্তে।
মী খঙহন্দনা মরুমদা লেপ্তুনা
হিরম পুম্নমক য়েংই মুম্না মুম্না !

ঐবু শেম্বিরম্নদা বিধাতানা,
পীবিরমদ্রবোই কাউক্লনা,
পাম্বেদি পূক্লীং কোঙদোক্রবা !
পূক্লীং পীবিরম্ন। খল্লনবা।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা
নীংনৈ শান্তি লাইরেম্বীনি

অহুগা কনাগুম্বা অমনস্থু
খন্নে অরাবা লাইরেম্বীনি।”

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই,—
“মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌসন্নু
অরাবা লাইরেম্বীস্থু হায়সন্নু
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তূম্বগুম
তূমজগে নঙগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচন্থনা হিংজবা য়াইবী থরায়।

লীক্লাগুম্না থম্নাথক্তা পকপা
পুন্সী তয়াং তশোইবা
থম্না খেঞ্জোংনা ভামথবা মতমদা
তিঞ্জগে নঙগী পুক্নীং পুখ্রীদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবস্থু
লাওতক্লরকই পুক্নীং য়াম্না,
পাইনীংলকই ইশা পান্দুনা,
তেংথানীংলকই লোল থোক্তুনা।

হৌখিবা শরুক্তা ইপুন্সীগী
পারুরে ইতিহাস সমাজগী
লেমহৌবা পুন্সীগী শরুকসি,
পাজংগে নঙগী জীবন ইতিহাস।”

ডাঃ লমাবম কমল সিংহ।

# বিশ্বপ্রেম

হে পাখংশা ! বিজ্ঞান হৈরবা,
করিগীনো মন্ত্রবু থাজত্রিবা ?
পাল্লবদা মুংশিগী মক্ষনা,
মীং তাঙগনি পাঙনা পাঙনা ;
না পঙগনি তা-না তা-না ;
পঙগনি লৌশিং থৌ-না থৌ-না ।
লৈনম হুহুনস্থ মলয়ানা,
"মুংশি" "মুংশি" হায়নবগুম্না,
পূক্নীং হুহুনস্থ মুংশিবা মীনা
মথনগনি "মুংশি" "মুংশি" হায়না ।
তিংখং পাল্লবস্থ কেতকীনা,
মনম মুংশিবগুম অহোয়না,
নিঙাই চাউর-চাউরগা মুংশিবনা,
"মুংশি" মথনগনি থোইনা হেন্না ।
চৈ থাংলবস্থ মুংশিবা মীনা,
হীদাক অথাবা চাবগুম্না,
হেন্না তেকথৎকনি নশাস্থ,
হেন্না মুংঙাইগনি পূক্নীংস্থ ।
নাউথী শারে মমুংশিনি ;
শুগৎলে নোক্লক্লে নীংগনি ।
শনরীক পরেং মুংশিবগী,
হুক্তোক্তুনা মুংশিবগী গুকশমদগী,
য়েক্রুবদা শিবিবা ওল্লবা,
প্রেমিক কৌই নুপাস্থ অশেংবা ।

ডাঃ লমাবম কমল সিংহ ।

# খ্রাইরাকপম চাঁউবা সিংহ

### ( পোকপা-১৮৯৫, লৌক্লাবা-১৯৫০ ইং )

উরিপোক শোর্বোল থিঙেলদা পোকই। নট ঈশৈ তৌবা পঙ্খৈ মুক্তাসিংহ ১৯০০ ইংদা লৈখিদে। মমা ইবেম্মা থাবললৈমানা কল্লা হোৎনখুনা মহৈ তমহনখি। পরীক্ষা খুদিংদা বৃত্তি ফংবা ছাত্রনি। ১৯১৮ ইংদা শিলংদগী এণ্ট্রেন্স পরীক্ষা পাস তৌখুনা কলিকতাগী আশুতোষ কোলেজদা আই. এ তমথখি। অদুবু রার ফিবল্লনা কল্লা নাবদগী ফার্ষ্ট ইয়ার তন্নগা তোকপা তাখি। বেঙ্গলী স্কুল অমসুং জোনষ্টোন স্কুলগী শরুকাইবা ওঝা অমা ওইনা রারেং-শৈরেং লাইরিক কয়া ইখুনা মণিপুরী পাঠ্যক্রম ফগৎহল্লবা কল্লা হোৎনখি। সাহিত্যগী সংস্থান 'মিত্র সমিতি' লিংখৎখি। 'মিংনাইদবী' অমসুং 'জ্যোতি' গী সম্পাদক ওইখি। অতৈ চেফোঙশিংগীসু চাং নাইনা ইখি। শয়ন-ঈশৈ, খূবাক-ঈশৈনচিংবা কয়াসু মৈতৈলোলদা লেংথুনা শরুকহনখি। ১৯৪৮ ইংদা 'সাহিত্য রত্ন' উপাধি ফংখি। ফোঙলবা মরুওইবা লাইরিকশিং:— রারেং—ছাত্রমচা (১৯২৩), কান্নবা রা (১৯২৪), ফিদম (১৯২৫), রাখল (১৯২৬, রাখলগী ঈচেন (১৯৩০); শৈরেং—থায়নগী লৈরাং (১৯৩৩); উপন্যাস—লবঙ্গলতা ১৯৪০।

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওলদা অহানবা ওইনা রাখলনা মপুং ওইবা শৈরেং ইখিবা রোমান্টিক কবিনি। আধ্যাত্মিক সত্যগী মশক ওইবা শান্তিময় প্রকৃতিবু মীওইবগী লমজিংবী ওইনা উৎলি। লেপ্পাইদবা মীওইবা পুন্সীগীদমক অৱাবনা থুম্মৎলি; হৌগ্রবা মতমগী রারী-শীংবুল ফাকত্তুনা পুন্সীগী পাউখুম কয়া থি। পূন্নমক্তা আদর্শনা পান্দম ওই। বঙ্গপ্রভাব ময়েক শেংনা তারবসু অচম্বা রাহৈ-রাতানা অৱিবা মৈতৈ শৈশকী য়ুম্ফমদা শাগৎপা অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ-বিধান কবি চাউবাগী থোইদোকপা খুদোলনি।

৫

# মীওইবা

নোংদম্বা বিথিনা                    কপ্পবা শীঙ্কুনা
তাইবং মীবু থারক্লে।

পুন্সীগী ঈপাক্তা                    'ৱাবগী ঈরৈদা
ঐখোয়না ঈৱাক্লরে।

অপাম্ব'গী লাংদা                    তত্তনা থুবদা
থোক্লফমস্তু খঙদরে।

'ৱাবনা চাক্কুনা                    কপ্পুনা শিবনা
হিংবগী মহৈ ওইরে।

কনানা ঐগীনো                    ঐগীনা কনানো
শিবগা মম্বা ঙাক্কনি।

বসন্ত চংখরে                    ওলাংথা চঙলক্লে।
মতম্না পনবা নৈত্রি।

লমস্তু কৌশীংনি                    পাঙ্গনস্তু মাংঙবনি
পুন্সীনা থম্নাগী ঈশিংনি।

অসিবু হায়দুনা                    অৱা তেংথাদুনা
করিগী লাওতক্লগনি ?

অৱাবা হায়দুনা                    অতৎপা নৈতনা
শোল্লগা ৱাবা হেল্লিদো।

মপুগী শিন্সঙনি                    থবক্কী মফম্নি
থবক্তা মায়রোং ৱাও।

পুন্সীগী লানফমদা                    পাম্বোমবু তিংবদা
শোয়দনা ৱাবা কোক্কনি।

অতনবা নঙদি হিংহনা লৈবদি
নঙগী ঐগী লুমবনি।
পীবদি হৈতবা লৌবদা শিংলবা
অতনবগী মশিল্লি।
তনবা তোক্কুনা থবক্তা চঙহনা
মপুনা নীংবা থুংগনি।
মাঙগীসু রাফদে তুংদসু তম্ফদে।
হৌজিক্কা ফরবা মতম্লি।
নথৌত্থ পাঙহনা নপুক্নীং হল্লাউনা
মহৈহু মপুদা শিল্লনি।
অচৌবা মীশিংনা অশিংবা কনানা
মুত্রবা পজেংবু থেংলি।
লম্বীহু য়েংহনা ফীরাম্বু থেত্তুনা
ঐথোয়সু থুভম ফংগনি।
কালগী তোর্ব্বান্দা খোঙ্গুম্বা তাবদা
ঐখোয়সু শিদবা ফংগনি।
খোঙ্গুম্বু লীহনা অতোপ্পা কনানা
মিংচৎকী থোঙজীন্দা লাকনি।
বিধিনা ফংদবা মপোক্তি তাঙলবা
হৌজিক্তি নঙনা ফংজরে।
মঙনি হায়হনা নীংবা কায়হনা
করিগী তেংথা—নবগে?
কপ্লিবা অসুপ রাবসু অসুপ
শোয়দনা হেনগদবনি।
নশাগী ওক্কুনা মীঙোন্দা পীহনা
নশাগী কান্নবা থাগনি।
বীণাসু পোংসনু ফীরানসু থেৎসনু
ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোক্তি।

খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ।

৬

# লোক্তাক মপান্দা

১

ওসিদি পুন্সীগী, অনৌবা ঈচেন্দা
অনৌবা ঈথক্লা হৌরক্লে।
রাখলগী ঈপাক্তা, অরাংবা ঈরৈনা
পুক্নীংবু থুম্মৎনা কারক্লে।
মৈতৈগী ঈপাক্তা, মাঙদা ঙানবঁন্থু
ইমীৎনা উজবা ফংজরে।
মৈতৈগী ঈপাক্কি মাঙদা ঙাল্লিবা,
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

২

ঈয়ায়দা শাৎলিবা ফজবা লৈরাংনা
উবদা মীৎফম্বু হোংদবা,
মরক্তা তারিবা, নীংথিবা চেক্লানা
নুংশিবা কোলোয় শক্লিবা,
খুনাই পোম্বীগী, রাজ্রবা পুকৈনি
অয়াম্বা চিঙ্গাক্লা থল্লবা।
মৈতৈগী ঈপাক্কি ; মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৩

নামিবা নুংশিৎনা, ঈথক্তা হুম্বদা
ঈথক্লা জগোই শারিবা।

হিথক্তা তোংহুনা, খুনগী ঈমাশিং
ঈনগী জগোই লৈরিবা।
ঈথকা চাননা, মুংশিবা কোলোয়না
নৌগী তাম্বাবু পীরিবা
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৪

থাঙ্গগী খুঙ্গাওনা, করাংগী হৈকোন্দা
নীংথিবা হৈরাঙনা ঙাল্লিবা
হৈকক্কী যেল্লীনা লৈরাংগা লোয়ননা
খুনগী 'কোযবদা শাৎলিবা।
অয়াম্বা চেক্লানা ফৈরাগী থক্তুদা
মুংশিবা কোলোয় শক্লিবা।
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৫

কুইনা নীংলবা পুক্লীংগী অপাম্বা
ঙসিদি খুংজবা তারেদো।
হিথক্তা তোংহুনা ঈপাক্তা তৌবগুম
নৌগী জগোইবু শাজগে।
নীংজবা থুংহুনা মীৎলুগী নাপোমদা
তরঙগী লাইজবু শিন্নগে।
মৈতৈগী ঈপাক্কি মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক-তাক হায়বসে।

৬

ঈয়ায়দা থুংবেদা, মপুগী নীংথিবা
গুণবু উজবা ফংহনা,
ঈথকা লোয়ননা, লৈরিবা পুরীংনা
মপুগী গুণবু খঙহনা,
ৱাংলবা খোঞ্জেল্না, মপুগী গুণবু
শক্তুনা পুরীং পেল্লসি।
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ভাল্লিবা
ঐখোযগী লোক-তাক হাযবসে।

খাইবাকপম চাউবা সিংহ।

৭

## চীংগী লৈরাং অমদা

লৈবাং নঙবু কনানো ?
লোইবী চীংগী নাপোমদা
পামেল ক্যামলৈ মথক্তা,
লৈকা ফল্লা নোকইবা !
শীঙেল নমান্নবসু উদা,
লৈরাং শামান্নবসু য়াওদা,
লৈরাং কনাবু য়েংহনা
ফৈরাথক্তা ভাল্লিবা ?

( মেলৈ লৈস্না মুংজুম্পাল,
কদাম্বদি লৈমুংশি,
লৈরাং লৈচন খণ্ডনা,
মাওঙদবা পাম্মুইদো !)

থায়নগী লৈরাং অমনবা
মল-ল মল-ল লৈমুংশি,
লৈরাংবিনবা লৈতবনা,
লৈম নিংথৌ য়ৌত্রেদো !

লৈরাং নঙবু উবদা,
নঙগী রাসু নীংশিংদা,
ঐগী রাসু থল্লুদা,
রাখলগী ঈথক হৌরিবা ;

নঙগা মরূপ ওইবদা
ঐগী রাখল মরূপনা
মালংবগী তাম্থা চানবা
লৈনা জগোই শারিবা ;

শীঙেল নঙবু উবদা
লাইবকথীবা কবিনা
চাংজৌ নাইদ্রবা ঈপাক্তা
রাখলগী ঈরৈদা লুপ্লিবা ;

লৈরাং নঙবু কনানো ?
তোংন-তোয়রবা তাইবংবু
লমলাঙবা পামন্থনা
অচিকপদা লোৎলিবা ।

চীন্নাইদবী মরূপলোয়
পামেল কৈরাথক্তুদা
পক্তুনা পুমছুনা মাঙখিবা,
ঐদি খনবা ঙমজরোই।

ছুংশিরবা মরূপলোয়
ঐনা পোমশাৎনবদি
উবিবস্থু পামজদে,
থাগৎপস্থু মিহৌদে।

নখোয় তাইবংমীগুম্না
মপান্দা অফ শাজরোই
নীংবগা তৌবগা মান্নগে
পুকচেল শেংবা তমজগে।

(কাগনি হায়বস্থু কল্লক্কে,
তাগনি হায়বস্থু রারুদে,
পুন্সীগী পূংজা থুদিংদা
মপুগী য়াথং ঙাক্কনি।)

মপুগী খুভম অচিকপা
অপাম্বা নঙগুম্বা কনানা
ল্যাক্তুনা য়েংগে য়েংসন্থু
লৈরাং পুক্লীং পেনগনি।

থাইরাকপম চাউবা সিংহ।

৮

# লমগী চেক্লা অমদা

য়াঙ্গোই খূকপ থৌদুনা          মুংথিল কোরৌহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমখরে।
লাঙ্গোল য়োৎলম ফাংলম্বা          য়োৎলৈ নোংথাঙ শারম্বা
ঙম্না মশিন থাখরে।
লাইজ ঈশৌ লাংবদা          মলয়া মুংশিংনা য়ৈবদা
পূক্লীং হুকচাং ঈংনরে।
অঙানবস্থু লোইদ্রিঙৈ          অমম্বস্থু লাকদ্রিঙৈ
কংগুরেন কোঞ্জন মতমসে।
নাইতোম তাবা চেক্লানা          গুরু ফাজোং খেত্নুনা
লৈনা জগোই শারম্মী।
পম্থৌ শুমাঙ ময়ায়দা          বৃন্দাগী খুভম মনাক্তা
কোলোয় মপাউ তারম্মী।
চীন্নাইদবী মরূপও          ভাইহাক্তস্থু ভাইখোও
লম্নাইদবা মালংনি।
কনাগী য়াথং ইন্দুনা          কনাগী খুত্থং লীদুনা
নপাম লমদম য়ৌগনি।
ঐনা হায়জবা তাদনা          নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মীৎয়েং কারন লাম্থোকখি।
ঈমুং শোরানা তৈবদা          ঈমুং ফমজাউ মথক্তা
খোয়েন য়াতাগে লাক্লখি।

তাইবং মালংস্থ লাল্লবা খোয়েন তুখুন্সু হুন্দ্রিবা
অস্থৈঙগী কানসিদা,
থাবল্লা ঈপোম হৌরবা শংবাল্লবা মালংদা
লাইগী জগোই শাবীনা,
চেক্লাবু তরাম তৌহুনা মুংশি খুহ্লং কৌহুনা
চেক্লা কায়দোংফম পীনখি।
নাইতোম তাবা চেক্লানা ফৈবাথক্না তোংহুনা
কোলোয় মপাউ তাক্লকই।
ঙসাইদৌনা নীংথিজৈ ঙসাইদৌনা মফজৈ,
পঙনা পাল্লি তাইবংও!
মপুগী লৈপাক'মুংসিদা হীরম থৌদোক খূদিংদা
কনানা লমজিংবিবগে?
হযেংস্থ শোয়দনা মরাকে, ঙসিদৌনা পাইরকে;
মপুগী মগুণ তল্লগে।

খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ।

৯

# তোম্ম লাইক্লিংলেম্বী

## (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপদা)

মাঙদা শংবান্নববা, লোক্তাকী ঈশিংদা,
ঈথক্না জগোই শারিবা।
বসন্তনা ওইবনে, হৈরাও লৈরাং অপুম্বা,
অনৌবা য়েন্নীং হুনখ্রে।

(অযাম্বা খঙনদবা চেক্লাস্থ
খুনগী পোম্বীগা চাল্লোক্লা
ঈথকী ফৌরোয় যেংহনা
জগোই খোঙলৈ চানবা—খোংজরি।
অস্থঙৈগী কানসিদা, লাইজ-নিংথৌ লোক্তাক্লা,
সনা মচু লময়ৌবী, হুমিৎকী অরোইবা মশেক্লা
নৌনা লৈতেংবগুম নীংথিখি।
থরো থাংজিংগী মপাম্না
কোঙ্গোন থিনবগুম ফজখি।
লোক্তাক ঈপাক তোর্ব্বান্দা
অশংবা ভিংথৌ মথক্তা
নুবা তোম্থ কৌবীনা ঈথকী জগোই যেংহনা
মীৎস্না থম্বাল অনীদা
তবঙগী লাইজ শিন্থখি।
থানিন থাজ মাল্লবা, মাযথোং থম্বাল নীংথিবা
অরাবগী লৈচিন্না কূপ্লিবা।
থম্মোইগী থূপ্লবা লকান্নং'হুদা
পুঙমদ্রবা অরাবগী ঈচেম্না
মায়থোংদা চেনবগুম উরিবা।
হৈরাঙ লৈবাং পুম্বনা, কপ্পবা শিম্থোং শীল্লিবা।
পোম্বী চেক্লাগী কোলোযনা, অরা তেংথারোল ওইরিবা।
(তৌইগুম্বস্থং) মাগী নীংজবগী লন ওইরিবা
মশাবা থাংজহনবদি
মাগী রাবস্থ খঙবিদ্রে।
লাইনা নম্লবী নুবাগী

অশাবা মীৎকী লাইজবু
অনৌবা পুন্সীগী, অমম্বা মপৈনা
মায়কৈ তরা কূপলিবা, অমুক হন্না উগঞ্জা ?
য়াখল্লা লাম্বা ফংঞ্জিবা, নুয়াগী য়াবগী মশক্তি ;
উদবা কনানা থঙ্গনি ?
নোংদম থীবা বিবাতা।
লৈরাং শিঙ্গারৈনা তৌবগুম
নুরাবু কেল্লবা শাবরা ?
ঈথক্কী জগোই ফজবা, অমুক হন্না উররোই।
মাওগী লীলাগী ফম্বাক্তা
অনৌবা শকফম উররোই।
শাবী ইবুংঙো মুংশিবা
ওসিদি অরোইবা বিদায় পীবিরো।
লৈরম্মবদি নহাকস্থ, শাইনবগী পূংফম অসিদা
পি মরীক থরদং পীহনা,
থম্মোইদস্থ চেংপা ওমগনি।
হৈবাও লেরাং পাম্বীদা লাইজ নৌনা চাইবগুম
নাংশিংবগী ময়োন চেংগনি।
ফরে ফবে পাম্মুবা, ঐগী থম্মোইদা চাক্লিবা,
অরাপ্পদি উরিরোই।
নুপী ওইবী ঐখোয়গী, অথুপ্পা থম্মোইগী মুংহুদা
প্রেমগী ধারা চেল্লিবা নুপাদা ফাওবা হৌনদে।
মহু করিগুম্বা ফাওরবদি
ঐগী য়াবদা য়াবিয়ু।
মোইরাং তুরেল য়াঙ্গংবী

নুঙ্গানা কপ্পদা নোক্করি।
ভুরেল্লা মীনুংশি খঙববা?
নুবাগী ৱাবদা থৌশাদে, নুমিং চীংযা থাংখবে।
মহুগা পালোইনহুনা, নুঙাইবা নুমিৎ তাখবে।
চংথ্রবা নুমিৎ ও যথবে।
লাক্লিব্রবা নুমিত্তি নুবাগী সাক্ষী ওইববোই।
থম্মোইগী বীণা মবীদা
নুংশিবা কোলোয শক্লবোই।
ভৌইগুম্বসু, ঐহ কি, থম্মোই লাইযুমথক্কা
পূম্নমক যেক্কুনা থনজগে।
ঐগী অমকপা নীংশিংবা মশেক্কা
নঙ্গা অঙ্গীবা থম্মোইগী লম্দা
কৌহুনা লাক্লবা মতংদা,
নহাকসু ঐগুম্না, মতম চাবে খন্নুনা
থম্মোইনুংদা, নুংশি কোলোয শক্কুনা
অবোইবা বিদায পীশিন্নু।

খাইবাকপম চাউবা সিংহ।

১০

# লোইকাবা

নোংমগী কোরৌ তুমিত্রা, তুমিদাংবাই,
—তুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা,
তময়ানা কোরী চেনবদা,
অমতা পোকপী থাদোইনা, মনাই সেন্নু য়েংঙনা
চাঙ্গোই মপাউ তাক্লকই । —
চান্নথোইরবী ইতারোয় ?
তুমিংকীস্থ তাননবা মতম লৈ ;
হৈরাঙ লৈরাং 'পুম্বস্থ, লৈরাং লৈথোক লোয়রগা
মালংবনা তাকুনা মালেম 'থক্তা কেন্নরি ।
তৌইগুম্বস্থং ইতা-ও !
নুরা লাইবক থীরবী, নতা এগী মফমদা
নোংদম থীরবা বিধিনা
অরাবগী ডমথৈ পীরমদ্রে।
ইপাম লমদম মুংশিবা কেগে মোইরাং থাহনা,
শেম্বি লোইদা থারকপা
লোইদাম থাখুম য়ান্নক্লে ।
ইপাম লমদম হায়বসি, অঙকপা মায়ানি ।
শাংদোকহৈবা য়োংহিলংনা
থোঙজেং পালোইনহনা
চংখোক্লগ', থোইনা চেংনা পুল্লিবা ।
কেগে মোইরাংদা তৌবগুম,

শেম্বি লৈরাং মুংশিবা, কবো হৈয়াও অথুম্বা,
নুরাগী পুক্নীংনা খোয়দাদে।
বসন্তনা লাকপদা, পোম্বী চেক্লা খিবিক্লা
ফৈরা'থক্তা তোংহুনা, মুংশি কোলোয় শকপম্ব
নুরা ঐগী খোয়দাদে।
লোইবী চীঙ্খাং থক্তুদা
তাম্না কৌবী চেক্লানা, তরেৎ শুবা খোম্থাংনা
মপুগী কোলোয় শকপদো
নুরা ঐনা খোযদাদে
মন্থ অপুম্বা থমহুনা
ঐবু পোকপী পলেম— ঐবু পোকপদগী থীরবী
লাইবক চাউরবী হৈমানা,
নাউগাইনরবা শম্বীগুম অরা তেংথানম্নিবা।
পাবুং পন্থো যুবরাজ
মোহরাং নিংথৌ পুরিকলাই
রারৈচেনবী মমোমগী মা পুক্নীং হীংজিনবা!
শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা
অমুদোন নোংয়াই শাজৌবা
কল্লকপনা কোয়, যেক্লবনা যাম
খম্নু পোঞ্জেন লাযববী, ইত্থ নিংথৌ ইবুংঙো—।
(অম্বুম্ন) রাকচীং থাগী মাকমৈদা
কোকিল নহা খোম্নৌবা, পঞ্চম স্বরদি য়ৌওমদা,
মতেক ওইবা খোঞ্জেল্লা 'কু কু' হায়না খোংবগুম,
রাবনা ফুল্লবা স্বরনা,
মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা,

চীঙ্গোই পাউমেন্নহুনা,
অমতা পোকপী থাদোইদো
গোমুখীগী নাপোমদগী গঙ্গা ধারানা শিন্থবগুম,
মীৎয়া থম্বাল অনীদা তম্নং লাইজ শিন্থরি।
হৈরাঙ পাম্বী মীংথিবা, লৈরাং পাম্বী মুংশিবা,
পামজবা কনাদা হৈয়াঙ লৈরাং পীহুনা,
মশাগী অরাম্বা কোক্লবগুম,
(অমদি) অশোক কৌবা উমংদা
সীতা হায়বী সতীনা
বিভীষনগী তালোয়, মনাই সরমাগী নাক্তুদা,
মাঙগী রাবী শাহ্নবা অরা পোকথোক্লবগুম
ভাম্নু থঙ্গোংনা য়াচঙবদা থোংবগুম
অরা-তেংথানরক্লি।
ফনেক থোয়গা শেৎলিঙৈ
কুম্নংনা নাদা চিল্লিঙৈদগী তিন্নরক্লবী মতারোয়,
মনাই সেন্নু অচানবী,
মবেম্মা স্না মাঙদা, চীঙ্গোই মপাউ হঙ্গংচৈ।—
বরিষাগী কান্দা ঈচেন পুংমন্ত্রবা ভুরেনবু,
লাইজ ঈখাই পীবগুম,
মনাইগী রাকৎ তাবদা,
নাপোম থুম্নবা রাখনগী ঈরৈ অকনবা
খবনা লাইজ শিন্থনা, খরনা অরাতেংথানা
ঈচেন মথেং তানরি।—
নুরা মোম্নু ইবেম্মা, অমতা পোকপী সনাহল!
পম্বোগী য়াথং ইল্লিঙৈ, সতীগী ব্রত ভাক্লিঙৈ;

করিগী অরাবা শীংথানরিবা ?
নশাবী অমুদোন নোংয়াইগী
চরৈ খাংজেৎ ফিহৌবা,
কবোগী লংলা তজাবী, পায়র খুদাপ হুল্লক্কৈদোম,
স্নাগী নমখাং ফিরোনবা, লোইরবরা ইবেম্মা— ।
মতাগী কোলোয় তাহুনা, নৌদা নৌবী স্নাহুল
লৈরাং মানবী তথোৎপী,
পলেমগী অমৃত থাদ্রিবা নারা স্বর ঙমজনা
মতেক ওইবা রাহৈনা চীঙ্গোই পাউখুমজরকই । —
লৌরাং শূবা কনানা, অনৌবা খোংলম য়ানবদা
কক্ক কক্ক শাংবগুম
খল্লু খল্লুরে গায়রগা,
থম্মোইগী লকা 'নুংহুদা, অরাবতা মহেল্লি — ।
অহুগী ঈনুংশোরা তৈরগা
কেগে মোইরাং কোন্নুংদা, চীখু বদি যুবরাজ,
তরা লুকোই হারগা, স্না ফমজাউ থক্ক।
তোংজৈ থবুম ফান্দুনা, অরা পোম্বানরিডৈ,
তালোয় অচানবীনা স্না খৌগন তৌরিডৈ,
নাইজহনবা কৌহুনা স্না য়াথং তাক্ককই । —
ইমোম লাংলেন সনাহুল, অমতা পোকপী থাদোই
উদবা কোরৌ কুইরক্কে।
ঙসি খোম্লেন মঙলানচান্দা
চীংদা কাহুনা শীংজনবা, পাত্তা কুমহুনা লোংখোনবা
উরশীদা ইচাদো।
শেম্বি মরমদা করি রাবা তারবা ?

সত্যগী রাশক ঙাক্লবা ; অঙোম ময়ুমদা পীবনি ।
থক্না অমা শাক্লবা, ফুন্দা অমা পোমলবা
তাঙনা শাৎলবা ইমোম্নি ।
ইচাগী মনীং তৌসন্নু ।
হৈস্নু হায়না রারকপা, শিংস্নু হায়না পাউজাকপা
ওক্লে ঙসি ওক্লে ।
তাও অচানবা তাও !
হযেংগী সোরা তৈত্রিদৈ, কাকী লানবাউ শীল্লিদৈ
চরোয় তেংনা খোংত্রিদৈ, নাইজহনবা খোঙশাল্লু
ইমোম লাংলেনহনবু শেম্বিদগী কৌথংলু ।
তয়ুম কনা লৈবগে ?
অঙোম ময়ুমদা চৎলো লাউ !
সত্যগী রাশক কায়নীংদে, তাউজীং লমন থম্মরোই ।
( নোংবান্না লাক্লবা কান্দুদা )
হা নোংবান কোংয়.স্বা !
হৈস্নু শিংস্নু হায়হনা, শেম্বি লোইদা থাক্লবা,
ইমোম লাংলেন স্নাহল,
হয়েং কবো লোইকারক্ল ন ।
ঙৌবা নয়ুম য়োজকৌ ।
হৈন-শিংনবা র.রকপনি
ইমোম লাংলেন মাঙফদে ।
থেমত্তনা নৌছনা য়োরকউ — ।
( অসোমদা ) তুম্নুরাকপা মরানয়ায়,
চাক্লবা হুমিৎকী থাম্বী মৈশানা য়ৈবদা
খৌগংলবা শারিনা লাইজ লীক্লা জাইবগুম,

খোরাংনা ঙাইরবা থাদোই,
মপু নাইজহনবগী কোলোয় মপাউ তাবদা
কুমগী ঈনৌ ফংবদা,
শারি নোঙ্গৌবীনা পেনবঙুম,
পায়মন্নংদা খঞ্জখি ।—
ইবুধৌ থাংজীং লাইনিংথৌ
মনাইগী লাইনীং উবিদ্, কুবিরগে নীংলবোই।
খুবাং চাংজৌ তরানা, ইচু কাইদা লীশীংনা
চরণগী থাদা নোঙ্জরি ।
( মপা তুম্বুরাকপদা চঙ্ছুন )
পম্বৌ শক্লবা ইপা-ও ।
অযোনবা পুম্বা কনবিযু, শানব 'পুম্বা ঙাকপিযু।
নমোম তোল্লবী ঐহাক্না
ভক্তিগী লৈবাং নত্তনা
কচ্চনীংঙাই লৈজদে ।
লোইদাম য়ামথ্রবা, কোরৌ শীংবুম কুইথ্রবা
পম্বৌগী শাইগংদা খুঙুনা ।
ইপাম লমদমবু কাউনবা
( নমোম্না ) করিনা লমন শিংসিবা ।
( মতা শন্দ্রিক চংনিং-খোম্বীদা )
হুংশিরবী ইতারোয় ।
তরা থোক্না ঙাওনবা, চামা থোক্না খংনবা
খোযদা লিম্থানন্নুসি ।
নাচেঙ চান্থনা লৈরবী, তোল্লবী নতা ঐহাক্না
প্রেমগী পূদোল নত্তনা, পীরম্নীংঙাই লৈজদে— ।

অস্থমা পুকমেন পাওমেন্নহুনা,
মনাই সেন্থনা মাঙদা থা, নাইজহনবনা ভুংদা চং
শীজনা লোইরোই কারক্লি।
শেম্বি মরম ভুংওইনৈ,
কেগে মায়গৈ পাংলক্লে।
সতী' য়াথং কিবনা চৈশুনা রাপন ফাখরে।
মাঙগী রাবু নীংশিংহুনা, মীংস্না থম্বাল অনীদা
তরঙ লাইজ শিন্থখি।
শীজনা লোইরোই কারক্লি, কুম্বি তেরা মাঙওইনৈ।
( অসোমদা ) অঙৌপাম্বা মপারি,
মনাই শৌরা মাঙদা থা,
দোলাই লেংজাউ ফৈনা তোং, 'ঙৌবা পেনা থক্কা থান,
কুম্বি তেরা থাদম্না শীজবু ওকপা লাকচরি।
কুম্বি তেরা থা'হুদা, দোলাই লেংজাউ থান্থনা,
মজা ইবেম্মবু ভাইজরি।
শেম্বি পম্থক অশাংবা, ভুংঙাইবনা তেল্লবা,
শীজনা লোইরোই কারক্লি।
পেঙৌ থানবা উবদা খোঙকাপ ভুংদা হন্দুনা
মনাই সেন্থদা হায়রকই। —
মাঙলে মাঙলে ঐহাক্তি,
কৈ কিহুনা চেল্লগা, শওম ওক্কবা তারবোই।
কবো নিংথৌ মরানয়ায়, হল্লসিরা ইতারোয়।
মাঙদা থাল্লিবা পে 'সি কনাগী পেনো খঙবরা ?
অঙোম ফম্নাইবা কনানো।
অচৌবা পেবু থান্দুনা,

নিঙোলগী মুঙাইবা লম্বীদা,
তিংখংগী পৌরোন শীগবা,
য়োংপীগী শৌবু থাকবা ?
পন্থৌনা ঐবু কৌবদি, চান্দুনা কৌবা নত্রেদো
থাম্বী মৈরি 'থক্তা য়োংকী কাচাই থাঙ্গৎত্ন
মমোম্বু শীনথ্রবৈাই ।
অঙোম ময়ুমদা য়ৌরোই
নোংথান মনাক্তা চংলোই হায়বগী
পন্থৌগী য়াথং হুন্দবনি, কবো লোইদা চংপনি
পাত্তা কুমদ্ ঙাফাবা চীংদা ক৷দ্ শীংজনবা
কনাগী মশুং লা৷গীনো ?
ইবুধৌ থাংজীং লাইনিংথৌ ।
ননাইবু কপ্পবতা পোকহল্লে,
অসুম রানি খঙলবদি,
পলেম 'খোম্নাং অমৃত থক্লিঙৈদা
শিজহৌবনা ফগনি ।
মাঙগী তুংগী সাক্ষী ওইবা
কোয়ৌহনবা ইবুধৌ ।
পাণ্ডবকী তালোয় সতীবু অরা৷বদা কনবিবা,
নাকোংনদি তায়·
লাইবকথীবা ননাইগী সত্যগী রাশক ঙাকপদা
ভেংবাংবিয়ু লাইনিংথৌ—!
লমজাউখোম্না চাক্লবা মৈরিহুংদা,
পাঙ্গল শোল্লবী শজিনা,
মায়কৈ থুংনা চেল্লগা, পাম্বৈ লৈতবা উজুনা

মচা মথাদা কোম্মুনা শিননবা ঙাইবগুম
পাম্বে উত্রবী সতীনা, মপুগী খুয়া তমহুনা
খুবাং চাংজৌ তন্নানা হে খুরুমজৈ।
সতীগী মীৎয়া থম্বান্দা
প্রেমগী থারা উত্নুনা
উরী-ন্নারী অপুন্বা তয়ও লাইজ শিম্থখি।
লাপ্লপ চেল্লিবা তুরেন্না
সতীনা ন্নাবা ফংবসি, উজরোইবু হায়হুনা
ঈচেন য়াঙনা চেম্থখি
( নত্রগা ) লাইজ নিংথৌ ঈপাক্তা
সতীগী ন্নাবা ন্নাকৎপা,
ঈচেন য়াঙনা চেম্থরি।
অসুম্না ঙাইহাক পুজোই ফমহুনা
অরা তেংথানরগা পায়মম্নুংদা শল্লকই।—
থাংজীংগী কৃপা য়েংলগে।
লিন্স্ শিনবা, চৈগুম্ব তেক্তনবা
ইতৈ হায়না কৌহুনা
পম্থোগী তাউজিং লমন খুম্মগে—।
অমুক পনবা তৌদনা, তেন্নাখাবু তমহুনা
শীজনা জোইরোই চঙলকই।
নোংবান নাক্তা চঙহুনা কোলোন্ন মপাউ হায়রকই।—
ইতৈ নোংবান কোংয়াম্বা!
কেগে য়ৌবা ভম্মোইদৌরে, ইতৈগা উনবা ফংবদি।
ইবুধৌ থাংজীংগী কৃপানি—।
অসিনচিংবা হায়হুনা, ঙাইহাক পুজোই পোথারগা,

কবোরাই হৌরে হায়হনা সনা ফুশিন্নখরে।
থাদোইবু মিহৌরুগীনে,
যুবরাজগী য়াথং কিবনে
লাইজ ঈশিং থিহনা, তাউজিং হৈরাং পুথোক্কুনা
শীজগী সেবা থৌগনখি।
"শিরে পলেম শিরে ;
তাউজিংনদি ফররোই, লাইজনদি কায়রোই।
য়াঙ্গোই 'মতং ফংব্রবদি, কবোরাই ফবা ওন্নরোই।
মতাংনদি চাব্রবনা য়াঙ্গোই ফংবদি ম্নাররোই·
হা থাংজীং লাইনিংথৌ।
পলেমগী চেংলৌ উদনা
থাংওথক্তা শিয়ু তমথরবোই।
বিধিব্রহ্মা নোংদম্বনা, কলম মচীন থৈখিহনা,
নুংঙাইবমথৈ কক্কুনা অন্নাবতা ইথ্রবোই।
কেগে য়োরোই ম্নারখী,
ইবুধৌ থাংজীংগী থৌজান্না ইতৈনোংবান উনরে
হৌজিক য়াঙ্গোই 'মতং ফংদহনা
কবোরাইনা শিবা তারেদ্রো।"
"করি ম্নানো সনাহল !
অচৌবনা চৎপদি য়াঙ্গোই লোয়নবা হৌনৈনা।
ঐম্ন শগোল পুরক্লি।"
ওন্থোকপনি বিধাতা, মীগী চেঙনা লৈরিউ,
হিংনবা পাম্বৈ মরাকই।
"ইপুগা সেন্নগা হাল্লম্মো ;
পলেম পন্থৌদা তাকপিরু

য়াঙ্গোই ফংলবদি ফরনি ; ঐহাকসিদি রাজত্ব।"
অসি রাবু হায়রকনা মনাই অনী থাগুরে।
"ঐহাক য়াঙ্গোই তোংজগে ;
ইতৈনা নাক্তা ঙাকপিয়ু।
ঙাইহাক থরা থোক্তগে, চেকশিলবু শেন্নবিয়ু।"
শীঙ্গ য়াঙ্গোই তোংখৎলে।
"তপ্পা থৌবিয়ু সনাহল!"
থর থৌ অমুক হন, থর থৌ থক হন।
লমহুম থৌ লম্মী হন, তরা থৌ তরেৎ হন।
অমতা পোকপী থাদোই
য়াঙ্গোই থুরূপ থোক্লনা মীৎফম রাংম লানখরে।
"হা সনা ইবেম্মা, অঙোম লৈরক্তা চত্তবিয়ু।"
"হা নোংবান কোংয়াম্বা।
য়ৈন কাঙদ্রুম মফোম্হোক,
পুন শংবাই নাতৎপা।
কুম্বীগী তেরা 'খাত্নদা, ইতৈ ইতৈ কৌরম্বা
পম্মোগী তাউজিং লমন খুম্বনি।"
তয়ান মানবী চীনবাল্দগী
ঙাঙথোরকপা কোলোয়দি, কোকিলশিংবু ঙমজৈদ্রা।
"য়াঙ্গোই খাম্বা ঙমদ্রবোই।
সনা ইবেম্মা ঙাইখো, ঙাইখো ; "
মুংশিংকী মমাঙথানা নোংবান্না কোংয়াম্বা তানখৎলি।
"হা নোংবান কোংয়াম্বা!
খুমন ময়ুম য়ৌরগে, নোংয়ায় মনাক চৎলগে!
ইপাগী লমন খুম্নবা, ইতৈ ইতৈ হায়রুনা

তালোয় শীংদা চল্লমলে।
ভসিগী কোরো হুমিত্তগী
নতৈমা হায়না মিঙৌরো।"
"হুংশিদা! শগোল থাম্বা ভমত্রবোই।
সনা ইবেম্মা, অঙোম লৈরকা থৌজিল্লো, থৌজিল্লো।"
য়াঙ্গোই শাজৈ থাহুনা কাক্তাগী লম্পাক য়ৌরক্লে।
"কাক্তা হুংশিৎ নামিবা
নুরাবু মৌগী শীংদা চলহল্লি।"
হুংশিৎকী মমাঙথাহুনা
খুমন মরানয়ায় য়ৌখরে।
নোংয়ায়গী লায়র থাংপোক্তা চঙহুনা,
পূকমেন পাওমেম্লরিবৈ,
য়াঙ্গোই শবূক্তা শাবন পুনশিন-বিহুনা
শূকনা থিনগে তৌবদা
মনম্মা খম্নুনা খামজনখি।
'য়ানবগী শগোল' হায়হুনা
থোঙ্গাল তান্না হোইদোকখি।
অঙৌ পাম্বা নোংবানসু ভুংথ মাংথ মথুংগৈ।
লমহাওদা য়াঙ্গোই 'হু উবদা
কৈরাকপগী য়াঙ্গোই চাবোক্লে
হায়দ্, চঙদ্, য়েংবদা, মাগী শগোল ওইরম্লে।
মজা ইবেম্মগী শন্নক শিন্দুনা
মহাক্না চৈগুনা ফুদোক্লে।
অঙোম ময়ুমদা হুনখিবদা
তোরো কৌবী মচন্না

মশাম পুম্বা লুখমদা পুন
তঙ্গাবি নমথাং খুদাং খোং
খরায় থোঙ্গান্দা থোক্তুনা
জগোই তাঙ্গা চানা কোলোয় লাউনা শক্লশী ।—
ইনম্মা শীজ লেঙকএ, অঙোম শাগৈ চাউরনি ।
( মবুংনা শাউরঙনহনা, মচনবু ফুগে তৌরবদা )
ঐখোয়গী য়াম্বুং ঈকাইরে ।
( মঙ্গা ইবেম্মনা তোংলকপা, য়াঙ্গোই শাবল পোবা উহনা )
ইনম্মা শীজ পোরক্লে, অঙোম শাগৈ চাউরনি ।
অঙোম ময়ুম য়োৌরক্লে খঙহনা,
যুবরাজ শঙ্গায় চত্তুনা, অমতা পোকপী থাদোইবু
লেঙকপরা হংজখি ।
"নঙবু ঙক্লু থাগ্রগা, ইমোম মফম খঙদ্রবদি,
ইচাদি মাঙবা য়ারোই, ইমোম থুনা পুরকউ ।"
নোংয়ায় ময়ুম চত্তুনা মঙ্গা ইবেম্মা লেঙকপরা,
চীঙ্গোই মপাউ হংলুবদা,
মঙ্গা ইবেম্মগী থৌয়িনশিল্লা,
হূরানবা কনানো হায়হনা
নোংয়ায়না নোংবান তাল্লক্লে ।
প্রাণদদি কল্লু হায়হনা ; অঙোম ময়ুমদা হনখিদো
অমতা পোকপী থাদোইদো
পূকমেন পাওমেন্নরগা
যুবরাজ শঙ্গায় য়েৌজখি ।
হে থরায় মঙামক, মিগা থানা তরুকমক,
................... থরায় ঐনা য়ানীংদে ।
...................মিরেন ঐনা খোয়দাদে
...................থরায়বু ঐনা য়ানীংদে ।

খাইরাকপম চাউবা সিংহ

# হিজম অঙাংহল সিংহ

( পোকপা ১৮৯২, লোম্বাবা-১৯৪৩ ইং )

মণিপুরী সাহিত্য জগত্তা অহানবা মহাকাব্য খূদোল তমখিবা হিজম অঙাংহল সিংহ শামুরৌদা পোকই। ১৯০৬ ইংদা পম্মৌ ডুম্ব সিংহ অমস্থং পলেম চাউবীতোনগা লোয়ননা লাক্‌নুনা য়াইস্কুল হিক্কহনবা লৈকাইদা লৈখি। ঈমুংগী অরা-অনাগী চৈথেংনা হাই স্কুলগী অরোইবা পরীক্ষা য়োবা ফাওবা মহৈ তম্বা ঙমখিদে। চৈরাপ কোর্টতা দরখাস্ত ইবগী শিনফমদা চঙখি। পীথোরকপা কবিত্ব শক্তিনা তোমথিল ওইরবা কাব্য, নাটক, উপন্যাস, নিবন্ধনচিংবা কয়া ইখি। ১৯২৭ ইংদগী হৌনা 'নিমাই সন্ন্যাস,' 'থাবল চোংবী,' 'ইবেম্মা' নচিংবা নাটকশিং উত্তুনা মতম অছুগী থিয়েটর মুভমেণ্টকা য়াম্না নকুবা মরী লৈনখি। মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন, চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মণিপুরী সেবা সমিতিনচিংবা সংস্থানশিং লিংখৎপদা অচৌবা শরুক য়াখি। লোম্বাথ্রবা তুংদা ১৯৪৮ ইংদা 'কবিরত্ন' মিংথোল ফংখি। ফোঙলবা লাইরিকশিংঃ— নাটক—ইবেম্মা (১৯৩৬); উপন্যাস—য়াইথিং কোন্নু (১৯৩৮), জহেরা (১৯৪০); নিবন্ধ—থম্বাল (১৯৪৭); খণ্ডকাব্য-শীঙেল ইন্দু (১৯৩৬' ; মহাকাব্য—খম্বা থোইবী শৈরেং (ইবা ঃ ১৯৩৯-৪০); শৈরেং—শৈরেং খর (১৯৪৯)।

চীম্থাং য়ৈনা লৈরম্বা মৈতৈগী অরিবা পেনা শৈফম্বু খোর্জেনা শক্তম লাক্‌নুনা সাহিত্যগী লেঙদ্রবা খুঙম য়াহনখিবা কবি অঙাংহল মমালোল, মজাতি অমদি মরৈপাক্কদা পুক্নীং লুপচবা অশৈবনি। মৈদিঙ্গোলগী শীংনাইদ্রবা অরিবা ফজবা কয়াবু পুক্নীং হুনা শৈশকচবগী থৌরাংদা মপান-লমগী মিরেল তাদ্রবা মৈত্রবাক্কী মশাগী ওইবা লোলগী রাফোঙদোক শীজিন্নহুনা পেনাগা ঈংলবা শৈহেক্কা রারী লীবগী মওঙদা রম্যকল্পনাগী মেঙলবা সৃজনশক্তিগা ঈরোয়ননা ইচম-চম্না ইতিং-তিংনা পুন্নমক খোয়খুম্নুনা হায়দোকই ; মসিনি অশৈবসিগী ফজবা, থোইদোকপা।

১১

## থাজবা

(ইবা— মার্চ, ১৯৩৫ ইং)

ইরৈপাক মচাবু নুংশিজৈ ইরৈকাই মচাবু থাজজৈ।
হৌমিন্নরকপা মরূপ্পুসু ইশামক্তি হায়না থাজজৈ॥
শাংমিন্নরকপা লৈরাংগীসু শীঙেল লৈনমসু কাউজদে।
ইচেম-ইনেম-ইমা-ইবোক্কী হৈরাঙ খোম্লাং লমন কাউজদে।
ইয়াম্বা-ইপা-ইতোনশিংগী ময়াথং কোক্তুগী থাজদে।
মীগী মচা 'তৈত্থুবুদি ইপূক 'সিনা থাজবা ঙমজদে।
তিন্নরুদবা মহাকপুদি ঐগীনি করম্না থাজনি।
জাং তিন্নবা নহাকপুদি য়েক্রুবা শীংদা করম থাগনি॥
তিন্নদবা লাইগী মখুত্তা থরায় হিংহনা লৈজনীংদে।
অতোপ্পা মীগী মখূ-বাক্তা থাজবা পোৎয়োম শিন্ননীংদে॥

হিজম অঙাংহল সিংহ।

১২

## রাখল

পামেল থক্তা য়াইরেকপা চেক্লা চাদি অয়াম্বা,
কৈসু লৈত' কয়াগী পোম্বী রাথোক ওইরিবা।
চীন্দা-পাউদা-নহুনা কত্রি' অহিং লেল্লিবা,
ঈনুং অসি মঙায়দো কুইরোইদবা মতম্নি।

শোয়া নাতে লাকপদা কোরৌহনবা মঙান্দা,
লোইনা ঙন্না পাইখিনি পোম্বী মাইকৈ তরাদা।
অফ-ফত্ত খন্নখো অহিং 'সি হুণ্ডাইনবা,
মীচঙ-চুংবু শাহ্নুনা হয়েংগীসু ফনবা।
পোম্বী লেন্ন' হোৎনখো চেক্লা 'চৌবা খুত্তগী,
উহৈ চীন্দা উমজখো ঈন্নুং কোরৌ অনীগী॥

হিজম অঙাংহল সিংহ।

১৩

## লৈরাং করিনো

চীংদায় পখুল-লী,
মেন্দো নিংথৌ
নুংগায় থক্তা ওংবা লৈ।
মরিংগী হাওদি হাও-পাখং,
য়োৎলেন খুত্তা পায়,
পৃথি লৈকং তৌ,
মালেম খিক-চেনচাই,
নাউয়োক-লৈ।
লৈরাং মউতাবু হায়রগা,
কোরী শাজৈ মানবা লৈ।

* ইমালোনগী পেনা শৈরেং

# অশাংবম মীনকেতন সিংহ

( পোকপা-১৯০৬ ইং )

ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাইদা জীবনসিংহ অমসুং ইবেমহল দেবীনা পোকচবনি। য়াইস্কুলগী য়োকচবা মথৌ ঈশৈগী শক্নাইবা ওঝাদগী অঙাং ওইনা ঈশৈগী বিত্থা ফংখি। ঈশৈ, শৈরেংনচিংবা ইবা অঙাং ওইনা হৌখি; 'মৈতৈ চনু' নচিংবা পত্রিকাদসু ফোঙখি। লাইরিক্কী বিত্থাদসু বৃত্তি ফংতুনতা লৈখিবা ছাত্রনি। মুৱারীচাঁদ কোলেজ, শ্রীহট্টকী ১৯৩০ ইংগী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। কোলেজ অমসুং বিশ্ববিত্থালয থাক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী প্রাধ্যাপক ওইবনা পুন্সীগী মপুং ওইবা শিনফম্নি। ভারতকী লম কয়া কোয়রুরবা অমদি সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা নকুবা মরী লৈনবা লময়ানবা পাণ্ডিত সাহিত্যকার অমনি। ১৯৭০ ইংদা 'সাহিত্যরত্ন' মিংথোল ফংখি। ফোঙলবা লাইরিক খর ঃ— শৈরেং — বসন্ত শৈরেং ১৯৪৭) ; নাটক—সীতা বনবাস (১৯৩৬), তোন্নু লাইজিং লেম্বী (১৯০৯); ব্যাকরণ—মৈতৈ লোঞ্জল (১৯৫১), আলোচনা—মৈতৈ উপন্যাস ( ৯৫০); নিবন্ধ—ঙাঙ্গোয় পবেং (১৯৮৯, মৈতৈ লাইরোন (১৯৫০), রামায়নগী ৱারী খর (১৯৫১, ভারত চনু (লারোন ৪) ১৯৫২', ভারত লোলশিঙ্গী মরক্তা মণিপুরীগী মফম (১৯৫৪); রূপান্তর-মাইকেলগী মেঘনাদ বধ কাব্য (৭ শুবা শরূক) ১৯৬৩), রবীন্দ্রগী গীতাঞ্জলি (১৯৬৪, সেক্সপীয়রগী দি রেপ অব লিউক্রেসি (১৯৬৫)।

মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াওলগী খুমাবা শব্দশিল্পী কবি মীনকেতন ছন্দগী চীংলেয়বা খোঙথাংদা শব্দগী মুংখোল য়াইচগা ময়েক চঙনা শৈরাংই। অয়াম্বা শৈরেংশিংবু স্বর-ছন্দগী ঈরায-ঈপোম্না কাউওমদবা শক্তম অমদা থরায়নহল্লি; মশাগী পণ্ডিত ওইবা শক্তম্না লুম্নকপা তাংকম খুদিংদদি হেন্না বিচারাত্মক ওইহল্লি। লোলয়াল য়াওদবা মৈতৈলোলগী অশেংবা ৱাহৈশিংতনা চাংয়েং কয়া তৌত্থনা পুক্নীং হুনা শাগৎপা শৈরেংশিং অশৈবসিগী থোইদোকপা খুথানি।

১৫

# নোঙ্গুম্নকখোদা

(ইঙা ১২-১ ১৯৪৯, কোঙবা-১৯৪৯)

যাম্বা অশৈবা—চৈজিং খুমাবা,
নোঙ্গুম্নীংঙাই ওইদবরা
নোঙ্গুম্নকখোদা !
“হাদা সনা-পুঙভযোল
পলেম নুংশি-কোলোযন্নু”
তেংথানীংঙাই ওইদববা
তেংথান্নখোদা !
“লৈ বুক-লমথাং শংবানরায
লোইবী চূম্বং থঞ্জরায
মাল-ফৌবোয়-ঈপোম্নাং
ফবা-শরা থোঞ্জনু,
হাদা সনা-পুঙভযোল
কোলোয় নুংশি মণিন্নু”
শৈরাংনীংঙাই ওইদবরা
শৈরাংনখোদা !
“পাযমা-নুংগী থৌজাম্না
থোম্নাং-লাইজ ঈহৌনা
ইম্ফাল নম্বুল শিন্থনু,
পারি-মোম্নু-ওকচনু,
হাদা সনা পুঙভযোল

পলেম লোইবী-খ্বাঙ্গোয়ন্নু”
চৈজিংনীংঙাই ওইদবরা
চৈজিংলখোদা !

পারি-মোম্নু-চাঙ্গন্নু
পলেম ইমা পূকক্ষন্নু
কোলোয় ন্নুংশি-চীথৈন্নু
অশৈ নঙবু কাউবরা !
য়াকায়নীংঙাই ওইদবরা
য়াকায়রখোদা ।

নয়োয় নঙগী ন্নুংবঙরায়
ননাউ নঙগী লোন্দৈরায়
চৈজিং নঙবু কৌজেয়ে !
শৈহন্নাংঙাই ওইদবরা
শৈহল্লখোদা !

চেক্লা কায়দোং-কায়নরায়
মালঙ-নোংলম-লম্মুকরায়
পালোইনীংঙাই ওইদবরা
পালোইরখোদা ।

রাংলৈ পূঙ্গোয় অমদং
মিয়' চৈজিং লোয়নরায
পলেম' ন্নুংশি-মিঙ্গৌরোল
“হাদা সনা-পূঙওয়োল
পলেম-লায়েক-তরেৎন্নু”
থৌগল্লীংঙাই ওইদবরা
থৌগল্লখোদা !

নয়োম নদাউ থিবিরা
পন্সেম খোয়াং-ময়নরায়
খোয়াং-লমন শিংনীংঙাই
য়াংদৌ লম্বী চিংনরায়
নিংশা নীংহল ফমদেংনা
য়াম্ব' খোঙ্গুল মাজৈয়ে !
লমজিংনীংঙাই ওইদবরা
লমজিংলখোদা !
"হাদা' সনা-পুঙওয়োল
য়েহেলৌ-অঙাল পাম্হোইম্নু"
মিঙ্গৌনীংঙাই ওইদবরা
মিঙ্গৌরখোদা !
য়াম্বা চৈজিংবা—শৈরাং থুমাবা !
মালংনীংঙাই ওইদবরা
নোঙ্গুমকখোদা !

অশাংবম মীনকেতন সিংহ

১৬

# অশৈবা অমা

( ইখা-১৯৬৭, মোঙবা-জানু, ১৯৬৮ )

অশৈবা অমা

পুদে মাদি লুপী তোংগা হকচাং,
কোমবি ঐগা পুসীগী লমশাং।

লোযিল্লি হায়সি
নত্তে ঐদি নিংথৌস্নু,
নিংথৌ সনা লীকথাঙস্নু

মরূপ্পি, হায়সি
কোলোয়নদে কদৌস্নুং,
পাওমেন্নদে করিস্নুং;

নত্তে কৌবা খল্লসি
থাঙমদে মিকুপ 'মা,
তংনঙমদে শৈক্ক 'মা,

অহুনিদা অদানি
খঙদে করি অমতা,
হংনরুদে নোংমতা;
খঙভি মাগী হায়ববু অশৈবনি সিমতং—
শকই ঈশৈ পোখাদে, লেপ্তে মিকুপ অমতং।

ঈশৈদ শকই,
মাদি ঈশৈদ শকই—
হরাউবগী শৈরোল, কয়া কয়ানি,
শৈথাংনা অমুক, কয়া কয়ানি ;
মুঙাইবগী শৈশক, কয়া কয়ানি,
শৈহেক্লা অমুক, কয়া কয়ানি ·
অরাবগী শৈওং, কযা কয়ানি,
শৈদানা অমুক, কয়া কয়ানি ।

মুংশি মাগী শৈশক, ফজৈ মাগী শৈহেক—
তাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্লা তাবদা ।
খঙবদা বাগ রাগিণী মপা লৈতে কনা'মা,
ত'লগী লয়গী মরমদা লৈতে কনা মপা'মা ।

নত্তে নত্তে লাল্লেনে,
রাপু অমা শোয়বেনে—
র'গ মাগী শায়োল্লি, লাংঙোল্লিদো রাগিণী,
তাল মাগী খোঙবুনি, লয় মাগী খোঙলৈনি ।

তমেংলবা ঈমুংগী চেক্লাখোন্দি লোরবা
ঈচেম্বা লাইজগী লাইজখোন্দি মিরবা,
নোংজা কোইবা কনাগী বাঁশীখোন্দি মেঙঙবা,

য়ৌবা নত্তে কদৌমুং,
ফংবা নত্তে করিমুং—
অত্থুক তমজবদনি— অফানবনি অফানবা ।
মুংশি মাগী শৈশক, যজৈ মাগী শৈহেক—
তাবলা মুল্লি, মুল্লি হেক্লা তাবদা ।

জগোই হৈতে হায়নৈ ঐবু,
শাবা লৈতে নোংমত্রবু—
অরানবনি অরানবা,
অরানবনি অরানবা—

পেনা লুদি থাদা থোং
চৈঞ্জিং য়েংনা খিংনা চিং
ওয়না তন্না খোম্থাং হাপ
অশৈ মাগী শৈশক তা
চোংজুই জগোই হেক্রা পা।

শারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সীন্নুং—
পলেম ফৈন্না তাজীল লাং
খোম্নাং খোমজীন চরৈ তাং
ওয়না খোমজীন নৈনা নৈ
য়েংনা ফিদোন চিংনা চিং
শারক্লে জগোই কয়া নাউরা ওইবা মঙলান্নুং।

শীঙেল্লিবু হায়সিরা,
লৈরাংনিবু কৌশিরা।
নুংশি চেংলৌ মাঙদা থা ইশানৌগী পাম্মুবা,
শারক্লে জগোই কয়া থংলেল ওইবা পুন্সীন্নুং—
করি নোংদা নোক্লা নোক
করি নোংদা কপ্লা কপ
শারক্লে জগোই খোঙফম কয়া পুন্সীন্নুং।

মুংশি পূইন্ধ চেংলৌশিং—থরাম্নবা হংগী লাই,
শানৌ মুংশি মখূদোল-থম্মোই শিবা হংগী লাই,
শমু মাঙদা থানা থা
শারক্লে জগোই কয়া পম্মৌ ওইবা পুন্সীমুং—
করি নোংদা মোমোন নোক
করি নোংদা পিরাং চেল
শারক্লে জগোই কয়া পুন্সীমুং।

লেপ্তে মিকুপ 'মতা—
শকই ঈশৈ মহাক্লা
চোংডি জগোই ঐহাক্লা।
কায়দে স্থর মাগী 'মুক্তা,
শোয়দে খোঙথাং ঐগী 'মতা;
হোদে তান্সু মাগী খিত্তা,
নৌদে খুখেক ঐগী 'মতা।
শৈইন শাবা জগোইনি, করি করম হায়সিবা!
জগোই ইম্না শকপনি, কবি করম খন্সিবা!
শকই ঈশৈ মহাক্লা—ঈশৈদ পঙশক্তা শকই;
চোংডি জগোই ঐহাক্লা—জগোইদ পঙশাদা মশাই!
মীৎশুক্লদে কদৌনুং,
খাজিক্লদে করিন্নুং—

শারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সীমুং।
শীঙেল লৈরাং শাগৈনা লৈরাং লৈশাং তম্না তম
লৈরাং লৈকেম্নজবা উরবনি কয়া ঐ;
তাউজিং হৈরাঙ পুম্বনা হৈরাং হৈমুন তম্না তম
হৈরাঙ হৈকেম্নজবা খঙঙবনি কয়া ঐ;

তুম্মা পাইবা চেক্লাশিং য়াংদৌ শমজি তন্না খাই
পোম্বী থাশেৎনজবগু মথশ্মোইদি কায়না কায়
তেংথা নাওইনজবা তারবনি কয়া ঐ ;
খল্লুদেদো নোংমতা য়ানি নোংমা ইশল্লক
মীৎলু তরঙ ঈরা হৌ লুরেল ইকোক তন্না লুক
কণ্ডাওনবা জগোইদা লুপখ্বিবনা ইথরায় ;
অশৈ মাঙী শৈশক্পা শুমশিবনা ইথশ্মোই

লৌরক্লে শৈরোই ঙসিদি অশৈবা —

য়াচঙগে য়েংঙু, কোরৌ অঙানবা,
য়েংনরে কায়দোং শাগল্তফাংবা,
খোংচক্লে হারি খম্বিন শৈরাংবা,
য়াচঙগো নঙস্সু পারি নহাবা
কৌরক্লে নঙবু পলেম নমানা,
যুগ থুদিং পলেম চামা শায়োনবী,
কংলৈ থোঙজীন য়েনা নাওরোই খোম্লাংবী ।
ভুমথুল্লুরো হৌজিক্তি পারি নঙবু নহাবা,
পলেম ফৈরা তাঙীল লাং ;
শারে ওক্লে জগোই ঐগা ফনা য়াম,
শক্লে ঐখু ঈশৈ নঙী ফনা শাং,
পোথারুরো পোথারো, পারিনিদা নহাবা,
পলেম ফৈরা তাঙীল লাং ।
কৌরক্লে নঙবু পলেম নমানা,
যুগ থুদিং পলেম চামা শায়োনবী,
কংলৈ থোঙজীন য়েনা নাওরোই খোম্লাংবী ;
য়াচঙগোদা য়াচঙগো পারি নঙবু নহাবা ।

করিনো জগোই অমুক শাখিগদবা !
ঝাউরে খুখেক শম্ম খুং
কাউরে খোঙথাং শম্ম খোঙ,
নুংবঙনরে উনবী থম্মোই,
পিরাংনরে শম্ম মীৎ,
করিনো জগোই অমুক শাখিগদবা !

পন্দে মাদি অশৈবা—
শকথৈ শৈরোই পরিং অহুম হান্নগী মতম।
ঐদি কদায়, কদায় ঐদি—
চোংঙি জগোই ঐস্থ অহুম হান্নগী মতম
হায়সিবা করম !
চোংদ্রে অমুক শৈইন ঐদি হান্নগী মতম
থন্সিবা করম !

লৈখোক লোয়বা লৈরাংনা তরোই তরোই লৈকা য়াল
য়াচঙ ঈরা ঈথুজিন মতুনিদা পোন্না পোন
মালঙ তান্থা পুসি কদায় পুঙমদা
পুরন্নুসি কদায় অমুক ঙমজদা
ঈঞ্জবগুম তরোই তরোই তরোইবা মহকচাং
লৈশক্লিস্থ তরোই তরোই,
লৈচুনিস্থ তরোই তরোই,
লৈথোক্লিস্থ তরোই তরোই—
হৌজিক ঐগীদি
তরোইবা জগোই, তরোইবা জগোই ;
পিরোয়নবা তরোইবা জগোই ;
নুংবঙনবা তরোইবা জগোই।

কদায় মাদি অশৈবা !
শকথৈ পন্দে শৈরোই অত্থুম হান্নগী মতম—
অশৈবনি মহাক্তি,
ঈশৈদনি মাগীদি—
নৌরে ঐগী জগোইনা কাযদে করি মাগী কা।
শারে জগোই ঐহাক্না মাদি অত্থুম শকপানি,
লেপ্পে জগোই ঐগীনা মাদি অত্থুম খোংবনি।
শৈরোই পেনা থাদা থোং ফেল্লপ্লিদা লৈদা চিং
শৈরোই চৈজিং কাইদ চিং শৈরোই শরিক মিনা খীং
শক্লি শৈরোই হিক্লাহিক থম্মোইনিদা খোল্লা খোন—
থবিনা তল্লা মমি শাম থবানা মকা তল্লা লাম
ওক্লি থরান শাগৈনা পরেং পরেং মৈরানিদা চম।
চঙঙে থৌগল কৌজেং হাবৌ খিবিক্লা পেনা লাং,
য়াচঙঙে, নঙস্থু য়াচঙঙো, শান্নরে পারি ফনা শাং
গোথাকরো নহাবা পলেম ফৈরা তাজীল্লিদা লাং—
লুপ্লি মদোম ঈশৈদা
মুল্লি মদোন শৈরোইদা।
অশৈবনি মহাক্তি,
ঈশৈদনি মাগীদি—।
শকই ঈশৈ পোথাদে, লেপ্তে মীকুপ অমতং।

অশাংবম মীনকেতন সিংহ।

# রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## (পোকপা-১৯২৫ ইং)

থাংমৈবন্দ খোয়াথোংগী পোলেম লৈকাইদা পোকই। ইবেমতোম্বী শীজ অমসুং গোকুলচাঁদস্না অনীনা পলেম পম্হৌনি। বেঙ্গলী স্কুলদা লাইরিক তম্লিভৈদগী হৌনা শৈরেং ইবগী হৈনবী লৈখি; শৈরেংগী রাখলদা শাওচংনবা মতাং কযা থোকখি। ভারতকী তীর্থ কয়া কোয়খি। পোন্দিচেরিগী অরবিন্দ আশ্রমদসু চহী অনীমখায়রোম সাধক ওইনা পুন্সী লেনখি। যুমদা হল্লকুগা গুরুকুল স্কুল, বেঙ্গলী হাই স্কুলনচিংবগী ওঝা ওইখি। মরক অসিদা গৌহাটী বিশ্ববিদ্যালয়গী আর্টস গ্রেজুয়েট ওইখি। মথংদা মতম খরা ধনমঞ্জুরী কোলেজদা লৈবল্লগা হৌজিক শিলচরগী কাছার কোলেজদা মণিপুরী সাহিত্যগী প্রাধ্যাপক ওইরি। পিক্লিভৈদগী হৌনা সাহিত্য য়াম্না পামজরকপা সমাজ সুধারগী মায়কৈদসু থরায় য়াওজবা সাহিত্য-সেবীনি। পত্রিকা অমসুং পাঠ্যপুস্তক-শিংদা নীংথিবা রারেং-শৈরেং কযা ইহুনা ফোঙই। হৌজিক্সক আসাম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি অমসুং 'পিথাদোই' চেফোঙগী সম্পাদক ওইবি। ফোঙলবা লাইরিক খরা ঃ- শৈরেং—শাৎনিংবী (১৯৪৭); ঈশৈ—মধুর যজ্ঞ (মাথুব) (১৯৫৫); ছন্দশাস্ত্র—ছন্দবীণা (১৯৬৯)।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগতা সমাজনা পান্দম ওইবা শৈরেংগী অহানবা ঈহুল-ঈঙ্গিৎ পীখিবা রোমান্টিক কবিনি। বসন্তরাণী ঈরাৎচবা অমদি ছন্দ খোযদাজবনা অযাম্বা শৈরেংশিংদা থোৎ-নৌবা রাহৈ-রাতানা 'ফজবা' 'নুংশিবা'গী মেঙলবা শক্তমশিংবু ছন্দগী মোংহাদবা খোঙথাংদা ফোঙদোকই। অমবোমদা মতমগী সমাজগী হোংলক্লিবা ফিভমশিং মুংদা ময়েক শেংনা ফাওবা হৌবকখিবনা অনৌবা ঈহুল অসিদা ছন্দ নাইবা অনৌবা রাফোঙ শক্তম অমদা আদর্শগীদমক য়থার্থগী মীৎযেং পুশিল্লকখিবা অবি-অনৌ শৈফমগী লাংদাই ওইবা কবিনি।

১৭

# বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো

( ইবা-১৯৬১, কোঙবা-১৯৬২ )

মাহোং কয়া কোকিল কয়া খোংখরে নোয়না নোয়না
অমরাবতীগী অশংবা চেক্লা শকথরে তোয়না তোয়না—
অমম্বা যুগতগী হৌহুনা নিল্লক্লি মপাউ লাইরৈবাকী
চাক্লবা তাইবং-মরুগী চিক্লবা লৈকোল মন্নুংসি।
উজ্জয়িনীগী লৈকোলদগী অহুত্তৈ শকথিবা খোঞ্জেলনা
লৈরি নিঙ্গুনা ঙসি ফাওবা পৃথী লৈমরোন ফাওনা।
নোংচুপ লৈকোল-উকৈন্দগী যুগকী খোম্থাং অনৌবা
য়োরক্লি নোংপোক কাচিনফাও মতমগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান্দা।
হিন্দু পাঙল অনীবু পুনশি মমাঙউৈদনা ভারত নিংথৌ অমনা
মাগী থম্মোইদৈ হৌরকপা কবিগী ছন্দ-মন্ত্রনা।
পোকপ্রে যীশু মহম্মদ বুদ্ধ—পোকপ্রে গান্ধী মহাত্মা কয়া
থোকপ্রে মঙাল কবিগী সুরদগী—পৌপ্রে পাঙ্গল মহাকী কলমদগী,
উহল্লে ফজবা—পীনরে মুংশিবা ফংলে থরায়—লৌরে থম্মোই,
শকপ্রে ঈশৈ যুগ কয়াদগী যুগ কয়া লাক্লা।

:   :   :   :   :   :   :   :   :

ইমাওদা উরি অঁহুমক্তদা—শকগী ফুরা, চাক্লবা পৃথী।
কদায় শান্তি—কদায় মঙাল—কঁদায় পাঙ্গল—কঁদায় থম্মোই ?
সভ্যতাগী কারখানাদা তকখায়প্রবরা উকুল-তানা ?
যুগকী খোঞ্জেল ওইরিবা কবি নহা খৌঁমৌবা !
করি শক্লি করি খোংলি উরুম্ম লাংলবা কুঞ্জদা—

ব্রজগী ষণশেনবা কহ্নাইগুম গোপী থম্মোই হুনীংবরা ?
ব্রজগী অঙাং মহাক্কি গোবর্দ্ধন খুত্তা হাপ্পুনা
গোপ গোপী কনখিদো শোরারেনগী মায়োক্তা ।
কৌরব শাগৈগী নাপল্লা নীক্লবদা ভারত লৈমরোন
প্রেমিকী বাঁশী থম্লগা পাঞ্চজন্যবু পায়খৎখি—
গোপীশিংনা কপচবা হন্নমক্তা য়েংদনা
কুরুক্ষেত্র লানফমদা সারথিবু ওৎখিদো
কবি নঙগী পুন্সীদি লোইরগদ্রা মন্ত্র পীবনা ?

: : : : : : : : :

নত্তে কবি থোরকউ মঙলৈবাক্কী মপান্দা,
লৈথোকন্নু তাউহুনা ঈশৈগী ঈপোমদা তোংহুনা ।
হৌগৎলু য়েংউ—য়েংথোকউ অকোয়বদা—
চাক্লিবা মৈসি আদা—ব্রায়গদৌরে নঙগী কুঞ্জ ,
য়েংউ—ঙাওরে যাত্রী, মতোমদগী ঈ থক্লে ।
চৎলু কবি—খোংবিরু অমুক্তা মাগী নাক্তা—
শকপিরু চঙহুনা মনাকোং ময়াদা—
'পোক্লম্নবদি লৈরাংগী মপোক্তা, হে খৌরাংলবা যাত্রী।
লৈহী মরীক অমতা ওইরবসু পীরমগদবনি নঙোন্দা'
বীণা চামগী খোম্থাংনা হায়রু কবি !
'হে থৌনাফবা হন্থগনু পুক্নীং—লানগী ফীরাল হাইগৎলু,
চৎলু যাত্রী নোংশা লীশীংগী থৌনানা
কিগনু যাত্রী নতোমদনি খল্লুনা,—
য়েরুবগী তেঞ্জেনা শোক্লবা নশাংহু ঈনা পুমচোৎ চোৎসনু,
হল্লগনু যাত্রী হল্লগনু ! লাকসনু প্রলয় ভীম ভবানী ,
মমসনু লম্বী থাশিগী অহিংগুম—কক্কুনা নশাগী শব্দ

চুখৎলু মৈ থৌনাফবা।'   তাও কবি! —
অতিয়া পুম্বা ইনিন নিনম্রে কনাগী মীকপ মীয়াউনা;
হোগায়রূনা থবাক 'মায়থীবা'   'ঈকায়ব 'না
থক্লি ঈ খুজোক খুজোক।

: : : : : : : : :

নীংশিংউ মীওইবগী ইতিহাস—হঙ্গা য়েংউ কুমজা থরগী রাংমদা
আমেরিকাগী কৈথেলদা কাফ্রীশিংবু য়োনখিবা হুইৎম্না পুল্লগা!
মীওইবগী ইতিহাস নত্তে। —ইতিহাস মীওইবগী
শাগী ইতিহাসতকী হস্বরবা তুক্কচরবা রারীনি।
'হাৎন-শুনবা য়েংথি-কল্লকপা ওৎপা-নৈবা মুংশিনদবা'
অসিনি মীওইবগী ইতিহাস। —লৌনম তৌহুনা নোক্লা নোক্লা
ঈ চুপ্পা ওম্বা মীওইবা—শাদগী গেম্না তোল্লবা।
উঃ য়েংউ—তুচুংবনি—আদা লেপ্লিবা মরোল থোক্কবশিং —
মক্লবা মায়থোংদা মখোয়গী—ইরি কুমজা কয়াগী অরাবা;
দরিদ্রনারায়ণবু কৌরহুনা চাক্লিবা কয়ানা লম্বীদা।
থরায় হকচাং খাইনরি নুঙ্গায় 'থক্তা ওন্দুনা।

: · : : : : : : :

মতম চায়রে কবি—বাঁশীগী স্বরনা নওগী
পীয়ু পাঙ্গল অশোনবগী, পীয়ু চাক চাক্লিবগী—
পীয়ু মীৎ মীত্তাওবগী পীয়ু লোল লোম্থোক্কবগী।
নমথেকউ নমথেকউ – নমখায়য়ু নমখায়য়ু—
অথিংবা-অথুবা অপিকপা-অপনবা।

: : : : : : : : :

নঙগী বাঁশীতনদি কবি—থোক্লরোই মহুগী স্থর—
পায়খৎলু পাঞ্চজন্য—পায়খৎলু লীরুং-তেন—
চোংথোক্লো কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা—থীল্লে তেঙ্গা খোংলো।
পঙ্কু বস্থ নশাদা করিস্থু, কৎলম্মু নথরায় অহুতা—
কল্পনাগী মূর্ত্তি—ওইহল্লো অহিংবা মূর্ত্তি।
পীয়ু সঞ্জীবনী থৌনা পীয়ু রাখল থম্মোই।
খোঙ্গৎলো পাঞ্চজন্য—মপুঙ ফাগনি বাঁশীগী স্থর,
ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই পাঞ্চজন্যগী খোঞ্জেলনা।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগী থম্মোই ·
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।
থম্মোইনা শকপা ঈশৈতনা—পীগনি থরায়গী অথনবা পাত্র,
থম্মোইনা ঈহৌরবতদা থোরক্কনি মপুঙফাবা স্থর।
য়েংউ হোগাযহুনা তাজমহলগী নুং—
লৈরমগনি শাহজহানগী পাক্লবা থম্মোই,
য়েংউ থুগাইহুনা নঙগী বাঁশী
লৈরমগনি মীওইবগী চাক্লবা থম্মোই।
ঈহৌহল্লো ঈহৌহল্লো বাঁশীগা থম্মোই -
পায়খৎলো কবি পাঞ্চজন্য।

রাজকুমার স্থরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

১৮

# অনৌবা কুমগী কুমদমখোন

(ইবা-১৪-৪-১৯৬৭, ফোংবা-মার্চ, ১৯৬৭)

হে রুদ্রবীণা !

নঙগী য়াকায়হৈবী রাগিণীনা খোয়রাঙলবা ছন্দগী ঈহৌদা

অনৌবা কুমগী কুমদমখোন

নিল্লরে মালেমগী খোঙজীন্দা অরি অনৌ লৈপুন খেন্দা

বজ্রমন্ত্রগী ময়াই চেনবা মৈগী তেঙ্গৈ লীশীংনা

মতমগী মপাউকোন্দগী পাইরক্লে ঙংনা ঙংনা

অনৌবা লানবাউ পুত্নুনা—

অনৌবা চহীগী লানত্তম-ফীরাল হাইরত্নুনা নোংদোন খেৎনা

থৌজিল্লক্লে লানগী দোলাই

নোংশা-তেঙ্গোল মায়োক তম্না

হেনৌ নানৌনরবী কেথাং মৌথাংনরবী বসন্ত মলয়া

থুপখরেদো মিপাইনা

উখা উরুম থিত্নুনা শজীবু মুংশা কিবনা—

তিংখং লৈরাং কুসুমৈ লৈরিমপাল পামেল্লে

পাৎকী লৈরাং কোম্বীরৈ পুল্লে নাম্রা য়াইপল্লে

মালহৈ হৈরী নোংগাংহৈ

অকনবগী খুত্তুং ইন মুংশা-মৈচাক তেমশীংনা

খোইমু চীথেং তুংওইনা অরা' খোঙনেৎনত্নুনা

খোঙদারক্লে লানফমদা।

হেদৌহেরাউনরবী হেলাংথাংবী শানৌশিং

হুংশি-হুংওয়বদা খোয়মুম্বা পাখংশিং
য়ুমগী পৌরোল লোন্থুনা হুংদাউনরি হুওাইনা
মায়কৈ অমরোমদনা
উকুমাংবা মালঙদা চাক্লবা হুংশা মরক্তা
মরুভূমিগী লমদমদা
মশাগী ঈবু থক্তুনা উটকী পরেং পরেংনা
যাত্রীশিংবু নমদা হাপ
জয়গী শরীক খীংলিদো।
অপোম্বা অশাংপা অকেনবা কেনদবা
কোরৌ শীংবুম পরেংনা
হুকচথরে লৈপুন-লৈরেং অনৌবগী ওকশমদা
অরিবগী হুংশি-খুদোল
পোক্লগনি অকনবা মপালৈত্রবা অথৌবা—
পুথ্রী জাগোর ঈরোম্নুং
ময়ুর মখোঙ মখাদা হিংচাবীগী কাগোক্তা
থুপ্পা থম্বা তক্ষায়াই লৌরুরনি শোয়দনা
তাইবং য়োংকে থৌরাংবা হিংচা-শাগৈ তক্লবু
মতুপ মতুপ কক্তুনা
ময়াই কল্লবা খুৎলাইনা।
অনৌবা চহীগী অয়ুক্তা হুল্লগনি মায়কৈ খুদিং
তক্ষা খুদোপ য়াইওইবা—
ফংলগনিদো ফংদ্রিবা,
চরাম্নরবী মালেমদা চেঙ্গৈ পুক্কৈমক্কনা
মখোঙ পাম্না চংলনি লৈরোইদো অরাংপা,
লাইরবা লুথ্রামচাগী ইংখোল-চাইগোয় মমুংদা

সনাগী ঈঙ্গি শীত্তুনা শঙ্গোমগী পুগ্রী ময়াম্নদা
সনাগী থব্বাল শাংলনি
ওইথোক্কবা অঙকপা উরগনি তাইবংদা
ওইথোক্কবা মঙলৈবাক :
হুগী বন মনুংদা অমৃত-ঈরেন চেন্নেনি—
হুংশি খঙদবা থম্মোইদা থৌজালগী কাক্ত শেমন্নুনা
হুংশি ঈন্নম ফাংলনি,
অরা অনং অপূম্বা চেনথ্রগনি হয়েংদি
অয়বু শকশি হুডাইনা অরি-অনৌ অনীগী
তাইবং মীত্রং মিংশেন্দা অওইবা শক্লোন উরনি
ওইদবনা কোল্লিবা,
অনীংবদি ময়াম্নি পুথোকপস্থ কোঙ্গায়নি—
মীত্রং ময়াম মরক্তা তম্বা খুদোপ য়াইওইবা
মহাক্তনি অরেপ্পা।
লৈপুন হুমিৎ অসিদা কনানো হায়রিবা—
'চৎথ্রগনি অরিবা
মাঙথ্রগনি কংহুনা,
নোংলৈ-হুংশিৎ লাকপদা হুমদোকথ্রনি অকংবা?'
হৈরাঙ হৈজীং ফাৱবা অরিবগী মনুংদা
মহী মচু মনমদি লৈরি পাম্মুনা থুপ্তুনা
হুংশি-খুদোল ওইনবা অনৌবগী মকাদা—
লৈতে লৈতে কায়নবা তাইবং মালঙপাল্লিদা
কায়নবগী কুয়োম্না
তিন্নববু কোনবনি।
কনানো হায়ন্নিবা 'খীংদোকখরো অরিবা

থীংজিল্লক্লো অনৌবা'—

'নোংও চুথরো হন্নুবা হন্নুবী তাউথরো

লাংজীং মতোন থুক্কৎলো ?'

অনৌবা কুমদমখোনসিদা থীংদোকশিল্লোই অরিবা

অনৌবগা তিন্নবা অমুক নৌমিন্নখিনি,

অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হন্নুবা হন্নুবী তাউখিরোই

অনৌবা অমৃত থক্কুনা পাখং লৈশাবী ওইখিনি

নৌনা লৈপুন্নখিনি।

অরিবনা নৌনা নৌনা লমথেক লমথায় হোংজনা

অনৌবা কয়াগা তিনখিনি,

অরি-অনৌ অনীদি কোঁন্নবা অন্তুম লৈখিনি

তোর্বান অনীনা তিন্ত্রিফাও

অনৌবা কুমদমখোনসিদা থীংদোকখিরোই অরিবা

থীংদোকখিরোই থীংদোকখিরোই,

অনৌবা কুমগী নোংলেন্দা হন্নুবা হন্নুবী তাউথখিরোই

তাউথখিরোই তাউথখিরোই।

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ।

# লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

## ( পোকপা-১৯২৫ ইং )

মণিপুরী কবিতাগী অনৌবা য়াওলদা অহানবা ওইনা করেম্নবা শৈরেং মখল পুশিল্লকখিবা কবি সমরেন্দ্র য়াইস্কুলগী হিক্লহনবা লৈকাইদা পোকই। ইবেমহল দেবী অমসুং তোমাল সিংহ অনীনা পলেম-পম্খৌনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী রাখল খনগনবা মীতা ওইনা হৌরকই ; সাহিত্য পাবা-ইবগী অপাম্বা শাগোম্লরকই। মতম-মতমগী ওইনা পত্রিকা কযামরুমদা শৈরেংশিং ইত্থনা ফোঙই / হৌজিক কলচরেল ফোরম্না ফোঙবা 'ঋতু' চেফোঙগী সম্পাদক ওইরি। ১৯৪৮ ইংদা সেন্ট পালস কোলেজদগী কলিকতা ইউনিভর্সিটীগী বী, এ পাস তৌখি। ১৯৭১ ইং ফাওবা সরকারী হাই স্কুল, হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওঝা ওইরম্মী। হৌজিক্লক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগতা ডি, আই (লিটরেসী) ওইরি। ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ- শৈরেং—রা অমতা হায়গে তেলঙ্গা (১৯৬২), মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে (১৯৭৪)।

কবি সমরেন্দ্র অনৌবা মতমগী চাংয়েং শৈরেংগী ঈহৌদা অকনবা শাফু অমনি। মতমগী শৈরেংগী অনৌবা মওঙ অমসুং খুৎইদা মতমগী ওইবা অনৌবা অচম্বা-চমদবা বিষয়শিং মুংগী অশেংবা ঈহুলগা লোযননা রাহৈগী শকপাম্লবা মূর্ত্তিদা ফোঙদোকপদা নীংথিনা মায়পাক্লবা পীথোরকপা সংস্কার লৈবা কবিনি। ওম্লতৈনবা থৌদোকশিং নম্রগা শক্তমশিং পুম্না থম্মিম্লহনা হোংলক্লিবা মতমগী পুন্সীগী অহোবা অমসুং অশোনবশিংবু মকা লাম্না পুথোক্কুনা রাখল পোকহন্না কল্লক পেম্না করেম্নে। অসুম্না ঙল্লিঙৈগী মতমদা রোমান্টিসিজমগী মমি তারম্বা কবি অসিগী শৈরেংগী খোঙচৎ মঙলান্দগী রাখল তম্লক্লি ; কল্পনাদগী শিল্লম তম্না চঙশিল্লক্লি।

## ১৮

# নৈ লাংবা

( ইবা-১৯৪৬, কোঙবা-১৯৪৬ ইং )

কৈদনো অত্থক খঞ্জানরিবা
নৈনম্মা লৈকাই শাংলবদা
খোইমু খোইরেন ইল্লবদা
অম্মুক কৈদনো ।
উদবরা শকহেনবী
য়াহৌ থেঙবী লৈরাংবী ।
ঙসি ঈগুং লৈকোনসে
য়েংওলাও, উদরনে শাৎলিসে—
চীংয়া ঙাম্মা ইঙেল্লে,
পাৎয়া থম্মা থম্বাল্লে,
থম্মা থমচেং থরো থারিক্লে ;
ও ! থানীংবগী থাজবম্নি, ঐগী করি ইতিক নৈ ;
সনারৈ কুন্দোলৈ পেস্কক্লে
লৈরেং পরেং চুম্নরৈ,
তখেল্লে চিগোংলৈ শুনা লৈ
লৈপুন পরৈ চেৎনরৈ,
নাচোম লৈচন লৈচা ঙাক
থিসিলাও, য়েংসিলাও, মন্সিলাও,
লৈহাউ লৈরেন হেক্সিলাও,
কাঞ্চী লৈকোল ! আঃ কাঞ্চী লৈকোল য়েংসিলাও,
লৈকোল অসি কুইদরি !

খোয়ৌ নহা খোইনীং অমা
খোংজরম্বী মখৌ পোঙনা
চেক্লা মদোম ভাম্নজখি
নীংভমখিদে মহাকথক— কুইদরি!

তাও চেক্লা অমসু,

হিক্লা তেংথা-নাওইগুম
ইনক নক্লা তায়ো লাও
শোক্লবা খোঞ্জেলসে;
নহাক লাক্লে উবদা
ভাইভমদ্রবা খোম্থাংনা
—লৈমা নিংথৌ হাক্তক্কী
থাযনপী লৈরাং লৈনুংশি
শিন্নরমগে মতাগুম—।

শাংলিবদাই,

যারল পাংকী তোমথিনলৈ
নুবা পুক্লীং তাজনা
মাইনু মানা থারম্বদাই
লাইগী মচা কোম্বীরৈ।
লম্ফেল নাবা হায়নবদাই।

অছুগা—

পাম্বুবী কাউরবরা অছুঙৈ
কেগে মোইরাং হরাওৈভ
চীংখুবগী মমোম্লোই
অমতা পোকপী থাদোইনা
শাবী মেলৈ-লাংবগা

লাংমিন্নবা লৈরাংদো
লৈরাং লৈঙ্কম কায়দরি
—শাৎলিদো !

অমনা,

নুরা ঙাংখবৈমনা
চিন্নরম্বা লৈরাংবু
চবৈ নমথাং মবক্তা
কুমজা কয়া নম্ববু
অমুদোন নোংযায় হাক্তকফাও
শীঙেল লৈপোপ কাযরমদে—লৈবিদো !
লৈবিদো নঙনা ঐনা থঙদনা
লমগী লৈরাং তাহ্নুনা
নারক্তা কয়া শাৎলিদো
কয়া অমা লোৎলিদো— !
মখন মথেন লৈকোন্নি
ঐনা থাবা ঙম্বরা ?
মপু মাগী পুক্লীংদি
থরান মৈরা লীশীংনি,
খোঙলৈ চাবী নুজাগী
থোকউ থোকউবা খুখেক্লি,
ফাইরেন থাগী লৈচিনগী
নীংলক নীংলকপা মওংনি,
পুক্লীং মাগী খুৎশেন্নি
লেপ্পা লোইবা লৈতরি
শারি শেন্নি খল্লি—

আঃ! খুৎশি মণ্ডলেন চুপ্পুনা
তুংগী ঙৈলাং পোম্মজরি
কুমগী নোঙ্গু ঙাইজরি
অনৌবা কয়া শাৎলক্লি
তোমশাৎ পোমশ্লাৎনরক্লি।
থিসিলাও, য়েংসিল্লাও, মক্সিলাও।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ।

২০

# ঈঙাগী নোং

(ইবা-১৯৬৯, কোঙবা-জুলাই, ১৯৬৯ খৃ.)

খাক্লা লাউনা শল্লকলে ঈঙাগী নোং চুরক্লে
আঃ অনৌবা নোংগী কুচু মানবা শ্যাম
শাক্লা খাক্লা লাউথরক্লে।
হে ভগবান হে ভগবান
হৈথরক্লে সহরগী টিনগী ডমগী য়ুমথক্তা
ঈঙাগী নোং
লৈরক খোঙবান থুমক্লে
লম্পাক লমজাও থল্লক্লে
হঙোই খোংলক্লে
হৈথরক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং

সহরগী লমজাওদা
মচী-মচীদা ঈ.চল নাইনা চেল্লক্লে
লম্বী ময়াগী য়ুমগী শাইজীন্দা
নোং থুম্লম্বা নুপা কাপ্লদরে
চোৎনা চোৎনা চেনখরে
মতু চোৎলবা যণ অমুবী অমতং
লেপ্তুনা লৈহে রি
লেপ্লা লৈতনা হৈথরি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈভাগী নোং
হৈথরক্লে নোং অমুক্কা হেন্না
লাযববগী পিল্লবা শেগায়রবা য়ুমগী য়ুমথক্তা
কদায়দনো লায়রবা হায়হনা।
থোঙ লোনখরে ধনঞ্জয়
মনীংথোঙ মমাঙথোঙ পৌরোন থাগ্রে ইঙন ঙম্না
মচা মথৈস্থ লোইনা তুমখরে
মৈফু মৈজাউ মখুৎনা হৌহনা
ফম্মিনৈ মাগী নুপী অতোম্বীগা
শীং-য়েন চহীগী পৈরে
ঙারী হন্নাই ঙমুলৈরো
চহী অমগী হেন্না লৈরে
কনাবুনো হৌজিক ঐনা কিগদবা
চুরো নোং হৈথরো
তানীংবা মথৈ তাজরো!
অহাঙবদা য়েংই ধনঞ্জয়
হংলকই অহ্নগা খঙনা খঙনা কাউখিবদোনা

ফৌগী মমনবু কয়া য়ৌগ্রবগেনে গোমতি
মায়থোং মকা লাম্না অতুবু য়ান্না ঈংনা
ঙাঙনা চাক্লিবা মৈফুগী মৈঙান্দা
সনা খুদোপ্তা য়েংহুনা
তপ্পা তপ্পা.........
... ..ঙায়রকই.........
লমশাংদনা কুম্হ্রামঙা
নম্বোন্দনা ...কুম্হ্রাতরেৎ
শীংজমৈদনা কুম্হ্রামাপন......
মায়থোং মকা লামই ধনঞ্জয়
অহুদি লেপ্লোইদৌরিনা মমল্সিদি !
মুন্না য়েংই গোমতি
মুন্না য়েংই ধনঞ্জয়
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
হৈথরক্লি নোং লেপ্পা লৈতনা
বাক্তারগী জিংঘ মথক্তা
চোৎপা ঙমদ্রবা বিলাতমাটিদা
কম্ফোটিনা পূময়েৎ য়েত্তুনা
রাখল তৌই হুকান্দার মীহুখোঙ মনাক্তা
থাররোই চেঙগী হরাইগী জাৎ হৌজিক্তি
মুমিৎ নীনিতগা তাখিসমু নোং
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
চংখিদরে ইম্ফালগী লম্বীদা

মপুক লাম্নবা হুই নত্তনা
হুরানবা নত্তনা
লায়রবা নত্তনা
য়ুভাওবা নত্তনা
শরূক তরা হেনখরে অহিংগী অমম্বা
খ্যান্দা লুপখরে মহাজন
( হরি ওম্ হরি হরি )
অথাবা সুয়েটর্ লিংশিন্দুনা
খূবাম চাউনা ধূপ হাপই
চাক্লবা কম্বীদা
গণেশ লক্ষ্মী শিব পার্বতী
ধূপকী মৈথুনা য়োমখরে
থুংলরে লাই কোটি কুম্থু হুমদোই
পরেং পরেং লাক্লে মমাংদা
পুরি গয়া কাশীদগী
ঋষিকেশ হরিদ্বারগী
সিন্দুর লাইবক্তা পাক্লা নমই
শেমজিল্লি কম্ফোাটি
মনীংথোঙদা থোরকই—
য়েংউ বাহাত্তর নীংথিনা লোল্লু থোঙহু
নোং চুবা অহিংনি
খঙজু হুরানবা ভাকুনি লম অসি
মথুং য়েংনা শো লোল্লি
ওয়না অম্বুক চিংহুনা য়েংই
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি

লেপ্পা হৈত্রবা ঈভাগী নোং।
মীগী খোঙ্কেম শারকই খঙহৌদনা
মহৈ মহৈ লাউনরকই
ঈশিং নমখায়রে
ভুরেন নমথায়রে কেক্রুপাৎ কায়রে —
মায়গৈ খঙদনা চেন্নরকই—
ঈনক নক্সা ঈশিং য়ৌরক্লে
মহাজনগী গুদাম মন্নুংদা
ঈশিংনা লংথরে খ্বাইরম্বন্দ বাজার
ঈচেন নাইনা চেনথরে
বাজারগী লম্বী গলী খঙখিদরে
অচৌবা ঈপাক ওইখরে
তাউথরক্লে বোরা বোরা ময়োম ময়োম
তাউথরক্লে লায়রবগী ফদি ফরা
তাউথরক্লে মতুম মতুম অমোৎপা অমাংবা
মহাজনগী ধুপকী কম্বীসু মহুগী মরক্তা
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি অমুকসু
লেপ্পা হৈত্রবা ঈভাগী নোং।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ।

# এয়ার হোষ্টেস

( ইবা-১৯৬৯, ফোঙবা-সেপ্টে, ১৯৬৯ ইং )

অশংবা অতিয়াগী লম্বীদা
অঙৌবা লৈচিনগী লমদমদা
স্বর্গগী রমণী সুন্দরী
চৎমিন্নে শানৌদো ঐহাক্না পুং তরূক
অহাঙবা অতিয়াদা ।

পান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা
চীং তুরেন উমং সহর লান্দুনা
পাইমিন্নে ঐখোয় অনী পুং তরূক
অহাঙবা অতিয়াদা ।

সহরগী লাঙলবা নিনথোংবগী
ইনাকখুনবগী চাউথোকপগী
লায়রবগী লৈতবগী
চাদবগী শেত্তবগী মৈচ্রাং নীংশিংউদে
নোংজু মুংশা অরা অনা
খুঙ্গংগী মীশি-মীনা নোং মুংশিৎ
খল্লুদে ।

উমংগী অঙ্গংবা অকিবা
তমথীবা ভুজুংবা
শাহিংচাবা শা ঐখোয় কিরুদে
লাইফদিবী শান্নবগুম উই পৃথিবী

লেঙদ্রবা পৃথিবী,
শাহজহানগী তাজমহল,
দিল্লি সহর, বোম্বে, কলিকতা
কৃমথনীংদে পৃথিবী !

*　　*　　*　　*

খঙহৌদনা
অরাংবা তারার উরকই উতোন য়াতোন
মরক্তা
অপাকপা লমহাঙ উরকই খঙহৌদনা
লৈনা লৈনা উরকই বিমান তাফম লম্পাক
ইশাং শাংনা উরকই
মথং মথং পরেং পরেং মীয়াম পরেং
মরূপ মপাঙ মীয়াম মপা মচা মচন
মবুং মচীন মনাউ মমা মচা
ঐগী কমলা শোল্লবী চায়াম পোকপী
ঐগী কমলা
ময়াং কংলবী ঐগীদমক্তা রাজরবী !
কমলা !

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ ।

২২

# আফ্রিকাগী রাখন্দগী

( ইবা-১৯৬৯, কোওবা-জানু, ১৯৭০ ইং )

নহাক্কী অপওবা রাখন্দগী
নহাক্কী অশাউবদগী
কাপথোকখিবা গুলীনা
চাকথেকখি ঐহাক
অকংবা উনা ওইনা কেনখি
তিনখি ঐহাক লৈপাক্তা কেমহুনা উফুন মবক্তা
অহুবু চওখি অনৌবা উপালদা
ওইরকই অমুক অশংবা উনা
ঐহাক
চাকখি মৈগী গুলীনা থবাক্তা
হাইথখি লৈমায়থক্তা
লমথুনুগুম ওনখি ঐহাক
অতিয়াগী চেক্লানা পুখি ঐহাক্কী থরায়
আফ্রিকাগী সাহারা নাইজেরীয়া
আরুবকী লৈঙোইলমদা
ভিয়েটনাম ফরাসী ইন্দোচীনা
কোরিয়া শীন্না
অনৌবা পাঙ্গন পোকখি ঐহাক্কী
অনৌবা থরায় অনৌবা হকচাং
ঐহাক

হিটলরগী বুটনা নেংথ্রবা ঐগী হকচাং
তকথায়থ্রবা নাতসিগী তেঙ্কনা ত্রেঙ্কৃয়না
তাহৎথ্রবা কনসেন্ত্রেসন কেম্পতা
খুদেকথ্রবা কেমথ্রবা ঐগী শরীর!
হৌগংলকই অহুবু ঐহাক
মীওইবগা মীনুংশিতগী মতেংনা
মরূপ
অনৌবা হুমিংকী মঙানবু খনজিল্লিবা নহাক্না
নহাক্কী নমথীরবা অপুম্বা সভ্যতা
মতমগা চানদ্রবা
মতমগী ঈচেনগা তিন্নদ্রবা!
য়েংলিবনি ঐহাক
অন্নাংবা চীংগী চীংদোন্দগী
স্নাইরিবনি অমম্বা লৈচিল্লা মাঙখিবা
নহাক্কী থম্মোইদগী।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ।

২৩

## অহল অহুম

( ইবা-১৯৭১, কোঙবা-১৯৭৪ ইং )

অহল অহুমখক নোংমগী হুমিদাংবাই
থুংলৈ ইখঙ খঙহৌদনা
লুথ্রাবী ঙাংবীতোনগী য়ুমদা
করম্না থোকখিবা থৌদোক অহুনা

অহুক ফবা অঙাংঙুবো
থনবদা মমই— ।
লৈকাইগী পাখং ওক্কবা তম্নলাইশিংঙুনা
মচা মাঙহনখি ঙাংবীতোনগী
খাঙউথক্কা মাঙখিদো
লুখ্রাবীমচা চন্দ্রকংনান
থন্নায় শোকখি অহল অহুম
হৈজগী মচীন্দা
হৈজগী ময়ায়দা
হৈজগী মমাঙদা
হৈজগী মচীদা মতাইদা
হৈজগী নাকন্দা
ওস্থোক্লা মুঙাইখিদে
লাইগী মশক ওইরবা
অহল অহুমদো ।

কোয়পাই পাইহুনা থেঙলবা অহিংদা
চেনখি তম্নলাইশিংদো
চৈ পায়হুনা তান্নখি
অহল অহুম অহুনা
এৗনা ইথস্তা লৈবা মতমদা
এৗগী যুমগী শাইজীন্দা শিলীংদা
থেঙলবা অহিংগী অত্রিয়.দা
অঙৌবা লৈচিন মরক্কা ।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ ।

# এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

## ( পোকপা-১৯২৭ ইং )

কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকই ; লক্ষ্মী দেবী অমসুং বোকুলসিংহনা পলেম পম্থোনি। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী ফিলোসোফা এম, এ (১৯৫১) অমসুং এল, এল, বি (১৯৫২) নি। ১৯৭২ ইং ফাওবা ধনমঞ্জুরী কোলেজদা প্রোফেসার ওইরম্লগা হৌজিক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সেক্রেটরী ওইরি। সাহিত্য অমসুং ললিত কলাগী অতৈ হীরম কয়ামকমদা সমালোচক অমা ওইনা শক্লাইরবা কলাপ্রেমী সাহিত্য কারনি 'মীৎয়েং', 'সাহিত্য' অমসুং 'ঋতু' চেফোংশিংগী সম্পাদক ওইখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী। হৌজিক্সু জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমী, মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয়, শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি অসিনচিংবগী থৌশিল পুবা অমা ওইরি। ভারতকী সাহিত্য, সঙ্গীত নাটক অমসুং ললিত কলাগী একাদমী অহুম, ওল ইণ্ডিয়া ওরিয়েন্টেল কনফরেন্স নচিংবগী মেম্বর ওইরি। ১৯৭০-৭১ ইংগী ইউরোপ খোঙচত্তা হঙ্গেরী, নোংপোক জর্মনী অমসুং ফ্রান্স য়েৌকই। ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ- শৈরেং—চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি (১৯৭১) ; বারেং—অচাইবা লৈ (১৯৫৭), মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ (১৯৬৮), মতমগী রাখল (১৯৭৩)।

অনৌবা যুগকী মণিপুরী পদ্য-জগত্তা মালেম-সাহিত গী 'অনৌবা শৈরেং' গী মওং অমসুং খুৎই—ছন্দগী চৈরাক লৈত্রবা অনৌবা রাফোঙদোক, অনৌবা প্রমাণ, অনৌবা খুদম, অনৌবা রাখল-মূর্ত্তি, অনৌবা অচম্বা রাহৈ-রাতা অসিনচিংবা—অহানবা ওইনা পুশিল্লকুনা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙথাংদা মতমগী অচৌবা য়াওল অমা লাকহনখিবা কবিনি। ওল্লক্লিবা মতমগী ঈভুল শকখঙবনা মতমগী কায়থরক্লবা সমাজগী শক্তম অমসুং পুন্সী ফিরেপ্পু মহাক্কী শৈরেংশিংদা ময়েক লানা ফোঙদোকই। অয়াম্বা শৈরেংশিংদা মুংগী মপূং ওইবা সুরদি রোমান্টিসিজম্নি ; কল্পনাগী খোঙচত্তা বিষয়গী ময়ুং-মফেন্দা পুন্সীগী মুংশিঈরোয়নবা থোৎ-নৌবা শক্তমশিং নীংবা থুংদবগী নাইতোম তাবগী মুংতিক্লবা খোঙ্গেলদা ফোঙদোকই।

## ২৪

# মণিপুর

(ইবা-১৯৪৭, কোৱবা-১৯৫৯ ইং)

রথযাত্রা হুমিংকী নুংথিলদা
কংশী মাংগঙ, পুংগী মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুরগী।
অদুবু মণিপুরগী অতিয়াদদি
অমকপা য়েংথিনবা থম্মোইদগী থোরকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অরংবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্যালিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা খুংকা মান্নদবা
লমথুংফমগা লম্বেনগা শন্নদবা,
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা ?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈ লৈমা !
মজাইবেম্মা মমোম লাংলেন থোইবীনা শাথোবা
কাক্কাগী মুংশিং নামিবা
নিঙোলবু মৌগী শীংদা চলহনবা
লাই হরাওবগী জগোই—
থেক্ক-থেক নোৗগ-নো হাইনা হুন্না শা-থেকপা

শুদ্ধৎপা ৰাঁশীগী স্বরদা,
অওকপা পুংলোন্দা জগৎপু কাউদ্রনা
ঐখোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোই রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর ?
নচাশিংদি য়েংলি ; অহুবু কাউরে !
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোই
পৃথ্বী থক-থা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয় ঈঙ্গিৎ লৈপাক লৈমা চেকথায়দৌরে
লাঞ্জব্রবী, পুন্সী চুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চঙখিগদৌরে
চঙখ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়ননা ?
আঃ ইমা নঙনদি য়েংজগে হোৎনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধর্ম্মগী মৈরি,
থম্মোইগী শেংলবা অতিয়া
তারেদনা নহাকসু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈরিক-মৈখু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঈ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লীশীং কয়াবু মতুংদা ক'ম্যুনিজম
স্টেলিন ॥
শেংলবা নুংথিলদা নীঙাইদনা খোংলিবা
লমহুইগী কাংবু এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী
অতিয়াদা পাইরিবা লঙজাগী শঙ্কু
পাইবা শাইনে ফীরাল ইউ, এন, ও দা
"হাফ মাস্ট" গান্ধীজীনা নোঙ্গাখিবদদি

অৱাবা ফোঙদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাঙবা অমা !
অদুবু ইমা নহাক্তি
ছন্দোক্লম্লে হিদেনতাফম অদুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সকী
শকুন্তলাগী নীংশিং থুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা !
থিরখিনি নচাশিংনা নোংমদি
শিন্থরকপা পিগা লোয়ননা
অনুতাপ্পা চাক্লবা দুষ্যন্ত !
মতম'দুদা নহাক্তি কদায়দা
কদায়দা ইমা, কদায়দা ?

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ ।

২৫

## চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী

( কোঙবা-১৯৫৮ ইং )

চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী
থাবলগী ঈপাক মথক্কিদা হিহোনবনা য়োঁওমদ্রবা লমদমদুদা
কনানসু উদ্রবা কনানসু থওদ্রবা কনানসু তাদ্রবা—
চত্ত মচৎসি চত্ত মচৎসি হংলক্কনু ৱাহংদো

"করিঙ্গীনো অসিদি।"
থেঙ্গুথ্রবা অহিংগী লৈহাউ লৈরেনগী কোকিল
কাওফাওঁগী ৱাশক লৈখোক অমতগী লৈরাং অনী
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী মুংশিবদি গুপ্তচরনি
মহাদেবগী মমাঙদা খাঙঙমদনা চেল্লিবা কামদেবনি
শামু খোঙয়েংপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষ্যন্তগী সভাদা ফীক্কক খুমজিন্না লেপ্লিবী শকুন্তলানি।
খঙইনে ঐহাকসু খঙইনে
য়াম্নখিদেনে নুমিত্তুদা নহাক্না ঐহাক্কী ফীজি
ওইখিদে নহাক্কী শগোল তোংবা পাখং
পাগ্রমেনজখিদে কদৌঐঁ নিঙোলগী খোম্লেন মঙলানচাদা
তৌখিদেনে ইঙ্গিৎ থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমংখোংগী খোংজীন্দা
"মানি নহৈ অচানবী"
তারেদনা নহাকসু লৈরাংগী তেংথারোল বসন্তগী ৱারবা খোঞ্জেল
উরেদনা লৈচিন্না কুপথ্রবা শরৎকী পূর্ণিমা।
ঐগী থূৎসি পায়য়ুনে চঙশিল্লকউনে ইনাক্তা
হা-ইমা! করিনো হন্দোক্লিবসিবু
নহাক্কী শম্লাংগী নীংথিজববু ঐহাক্না কয়ারক উথ্রবগে ?
মরোল অহুম্মকপু শুক্ষৎপা ঙম্নবা নহাক্কী মুংশিরবা শম্লাংগী
অমুবা লৈচিল অহুনা
কুপশিনবীরো চান্নবী! তাঙহল্লোনে ঐহাক্কী মীৎ অসি মমহল্লোনে।
ইখুত্তগী লৈসি উরবরা ?
পায়নীংদ্রবসু কৈদৌগে নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে
নহাক্কী শমজিদা থেৎকেসে চঙশিল্লকউনে।

নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোইদো ন্থংশিবী !
করিগীনো ঐহাক্না শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা
বসন্তগী লৈরাংশিংবু থদৎলিবা মলয়াগী ঈথিন্দা মিপাইরিবা
করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা
থম্মোইদা খাঙঙমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা।
তারিরোই নহাক্তি উরিরোই
ঐহাক্কী স্থর য়াওদ্রবা ঈশৈ ফোংদোকপা ঙমদ্রবা খোঙচৎ
থাদোকপা ঙমদ্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ
পাউখুম মাঙথ্রবা তত্ত্বরা রাহুং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল।
আঃ নহাক্তি য়েংলিদো মীৎ কুপ্তনা অহাঙবা অতিয়াদা
অহাঙবা অতিয়াদা অহাঙবা অতিয়াদা।
য়েংলকউনে ঐঙোন্দা অমুক্তং
ঐহাক্কী চোকথরবা মীৎফমসিদা
মঙাল য়াওদ্রবা মায়থোংসিদা।
থাবলগী ঈপাক মথক্সিদা
চৎলসিনে কদায়দনো ইবানী।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ।

২৬

# বাহং

( ইঙ্গা-এপ্রিল১৯৭১, কোঙবা-১৯৭১ ইং )

মীনদি হায়নৈ
লম্বীদা মিটিংদা লাইব্রেরীদা
করিগুম্বা ঈশ্বরনা লৈরম্বা থোক্লবদি—
ঐদি ইতোমতা শোঙ্গে
ঈশ্বর হাযবত্তবু লৈরিগদ্রা ?
চৈরাউ চীং কাবি অঙাং অহল লৈশাবী পাখং
পুন্সীগী অনৌবা খুদোলগীদমক
খুকখুদক কুনজৈ লাইবক্তা সিন্দুর নম্বী।
অদুবু ঈগী ঈথোং চেল্লি বাংলা দেশতা
কাপ কাপ্তুনা হাৎলি মন্নাল লৈজদ্রবা মীওইবা
অল্লাহগী করম্বা থৌশিল্লো ?
খঙবা ওমদে ভুরিবা নুপী অঙাং ছাত্র অহল লাখ তরুক্তা
নোংযায়গী মতমদা থোঙ হাংদোক্তুনা কপ্লি নুপী অমনা
অমতা পোকচবা মচা কায়নবগীদমক
অদুবু বারুণী মহাদেবদি কপ্তে
ভূমিন্না ঙাইহরি কুমগী ভক্ত লীশীং-লীশীংনা চঙজবকপা।
গোবিন্দগী মন্দির হাংদোক্তুনা শরিক থীংলি।
থম্মোই শোক্লা ওন্থোইনা কপ্লি ভক্ত অমনা।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ।

# ২৭

# অৱাবা *

( ইবা এপ্রিল ১৯৭১, কোঙবা ১৯৭১ ইং )

ঐদি শজীনি পোল্লকপদদি
অদুবু ওল্লীংলে হৌজিক্তি কৈজাউ
অসিনি ঐগী অৱাবা

তথক তথল্লবা ঐহাক্কী মীৎনি
চেনজরম্মী থৱাযগীদমক শাতানবগী শউমদা
অদুবু হৌজিক্তি মীৎসে ভাংশং ভাঙলে
লুমদুনা শজীদা চোংশিল্লীংলে।

অকোযবদা লৈবি কৈগী শঙ্গুনা
চাবি শদুম শেৎল শেৎলদুনা
ঐনা উবগা কপ্পবা লাক্লে
অদুবু নোংজবা য়াদ্রদুনা নোক্লে।

নাকোং থাংগৎলি শজীগী মখোলদা
যেংঙ্গে মীৎসিনা তনৌবিবা হানৌশিংদা
অদুবু ঐহাক্তি তুমদবা যাদে
কৈগী শঙ্গুনা কোযশিল্লদুনা।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

* Hungary গী মমিং চৎলবা কবি Attila Jozsef কী শৈবেং "অৱাবা" হাযবদু নীংশিংদুনা ইবা।

# কাওজম পদ্মকুমার সিংহ

## ( পোকপা-১৯৩৪ ইং )

ফেব্রুয়ারীগী তাং ৩ দা উরিপোক্তা পোকই। ললোনবনা শিনফম ওইবা পম্খৌ তোম্বা সিংহ অমসুং পলেম রুক্মণী দেবী অনীমক্কগী নোম্বা কনবা, পোখাবা হৈতবা, পোৎ অমতা লায়না খন্দোকপা ঙমদবা, মশাবু কাহেন্না থাজবা অসিনচিংবা পুক্নীংগী যিরেপশিং ফংঙ্গে। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্য অমসুং সমাজগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরকই। হাই স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদা শৈহৌ মকপ কৌবা সাহিত্য-সংস্থান অমা লিংখৎখি। সংস্থান অসিগী শৈরেং লাইরিক 'পোমশাৎনবী'গী মহাক্না সম্পাদক ওইখি। কলচরেল ফোরম লিংখৎপদসু অচৌবা থৌদাং য়াখি। বিশ্বশান্তি সেনাদলগী কার্য়কারী সদস্য, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমসুং মতমগী মঙাল সাহিত্য-সংস্থানশিংগী উপসভাপতি ওইখি। 'ঋতু' চেফোংগী শৈরেং শরুক্কী অমসুং 'মণিপুর' হৌজিক্না 'মালেম') চেফোংগী সম্পাদক ওইরম্মী। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা ফোংবা রারীমচাশিংগী লাইরিক 'পুন্সী মূর্ত্তি'গী সম্পাদক ওইখি। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী আর্টস ওনর্স গ্রেজুযেটনি। হৌজিক্সক রামলাল পাল হাই স্কুলগী ওঝা ওইরি। ফোংলবা লাইরিক ঃ- শৈরেং—সন্ধ্যাগী ঈশৈ (১৯৭২)।

মতমগী শৈরেংগী মওং অমসুং খুৎহৈদা রোমান্টিক ওইবা বিষয়শিং পুশিল্লকপা সমন্বয়বাদী কবিনি। হৌজিক্কী পুন্সীদা হান্নগী ফজবা থিবগী খোংচত্তা অরি-অনৌ, য়থার্থ-আদর্শ, পৃথিবী আকাশ, দেহ-আত্মা, সমাজ নাইতোম অসিনচিংবা পোৎশক-তুম্মাশিংগী মরক্কী লাকয়েন পুথোক্লবা হোৎনৈ। মুংশিবনা ঈথিল ওইবা পুন্সীগী অপাম্বা, খৌরাংবশিং ফোংদোকই। দিব্য-চেতনাবু লাংতক্লনা কৌঙ্গে। অয়াম্বা শৈরেংশিংদা কল্পনাগী মূর্ত্তি ময়েক লানা মপুং ফায় ; থম্মোই অমসুং বুদ্ধিগী অপূনবা শক্তম নীংথিজনা য়াবি।

# থৱায়গী লমদম

(ইবা ১৯৬৭, কোঙবা ১৯৭২ ইং)

অযুক্কী তনৌ তনৌবা মালঙপান
তশেং তশেংবা অতিযা
লুৱবা লাইঞ্জনা লৈতেংলবা নম্বুল তুরেলগী ঈচেল
থিংঙমদ্রবা মীওইবগী থম্মোইনুংগী অথুপ্পা ঈচেল
পুন্সীগী লৈন্নুংদা চেল্লিবা ইতিহাস
নঙগী
ঐগী
কয়াদা ঙকথ্রবা !
কযাদা নুংশিথ্রবা !

নুংশিরবা পুন্সীগী ঈশৈ
অর্থ খঙদনা পঙনুংদা নুংঙাইবি
তাবি নঙ ঐনা ইঙক ঙক্লা
নোংমা নোংমগী ।
থৱায়গী কবম্বা খুদম্লো ?
থম্মোইগী কবম্বা মপাউনো ?
চোংঙি মিহুল মীকুপ্পা ওয়গী পাম্বোম
হৌই মিহুল লকান্নুংগী, মতমসিমক্তদা
খোইখোইনা চেনবা নম্বুল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা
নোংমা লাক্নুনা লেপ্লখি নঙনা থাজদনা ইমাঙদা
হৌরখি কোয়রুসি ক ইনা চীঙ্গোন্দা

অহৈতে মনাইদা পামেল ওইনা হৌরমগে তাকপিখিবা মফমম্থুদা
ঈংনা মুঙাইরবা হৈরাঙ লৈরাংশী মর্ক্রা।

তেল্লবা পুন্সীগী লৈরক্তা
অশিবগী কোম্ফোও য়োম্রিদৈ
হৌথি নঙনা চৎমিন্নসি থুৎশন্নবা
মমাঙগী মুংশি রারীবু
ঙরাংতনি খন্দুনা
ঙসিতনি লৌথুনা।

মালেম কাঙক্রম অচৌবা
মঙলান্নি পুন্নমক এৈঙোন্দা
নঙগী ঐগা লৈকাইনা
থরায়গী লমদম্নি
মুংশিবগী লৈবাক্নি।

নিংথৌ নিংথৌরেলশিংগী ইতিহাসতা
শোক তাবিথ গাপ্নিবা
নীংশিংদে ঐদি অমতন্থু
অতুবু, কাউদে নঙগী ঐগী রারীদি
নীংশিংলি ঋতু ঋতু খুদিংগী
উচেক রায়াগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা।

থরায়গী করম্বা পোম্থাংন্রো ?
থম্মোইগী করম্বা পুংখোলনো ?
চহী তরাগী মন্থুংদা উরম্বী নঙবু ঙসি অহিং
নতস্বাক্তা নপারি পমত্থনা অমৃত ইল্লম্বী।

মাঙদবা থরায়গী মপাউখোল
পাউথাঙ য়ৈরি হন্দগী মপোক্তা
তাইবং মীনা কাউরবস্থু তাইবংপান্দা
লাঙোন কয়াগী শকফম্মা
খঙদবা মঙলান ওইঙনা
উরি শুমিৎ খুদিংগী,

ঙসিগৎসে ঐগী রাখলনি
থাজবা খরা হায়বনি
ঐ গৌতম বুদ্ধস্থু নত্তে
থম্মোইদা পানবা অমতং লাউজবনি পোম্না
নঙগী ঐগী থম্মোইদা চেৎনা পুন্দুনা থমসি
নঙগী মূর্ত্তি।
ঐগী মূর্ত্তি ॥

মরূপ অমনা নোংমা
মুম্না য়েংই ঐগী মায়দা
মতমচুদা ঐ নঙবু নীংশিংলি
মহাক্না ঙক্না য়েংই
"করি য়েংলিবনো ?" ঐনা হঙ্ই।
"থরায় য়াম্না নুঙাইনা উই অচুদা য়েংলিবা।"
অচুম্বমক্নি ঐ নুঙাই
পুন্সীগী নুঙাইরবা মীকূপ অমনি।
তশেংনমক নুঙাইরবা মীকূপ অমনি ॥
উন্তনতা লৈরবা সংসার
পোকপদগী উত্রিবা অনৌবা লৈবাক অমগুম

থম্মোইদা ফাওখি হুমিত্তু
মসিনি পুন্সী।
মসিনি হুংশিবা ॥

নোংঙাল্লে হুমিং তারে
নোংঙাল্লে হুমিং তারে
কয়াদা তনগ্রবা পুন্সীনো ?
ফ্রনান্দজ ঈথত্তা আলেকজেণ্ডর মথত্তা
পাম্মু কনা য়াওদনা
মসিনি পুন্সী
মসিনি তাইবংমী
থরায়বু মীরায়বা
হুংশিববু তুংওইনবা।
নঙ ঐগী থম্মোই আকাশতা
হুংশি চুমথাঙ খল্লিবা
হৌফম লোইফম খঙদবা
মপোক লাঙোন কয়াগী
তেমথেংখোল নত্তরা ?
ঙক্করা নঙবু ?
ঙক্করা ?

মীকুপ পরেংগী পুন্সীদা
শান্নসি মীকুপ অমতং
শান্নসি মীকুপ অমতং
শান্নসি মীকুপ অমতং
শান্নসি মীকুপ অমতং

নঙস্সু খঙদে
ঐস্সু খঙদে
পুন্সী অসি করিনো ?
সন্ধ্যাগী মম্নি মম্নিবা অত্তিয়াদা
য়েংঙু পাইরি উচেক রায়ানা
কনানা কদায়দা ?
ঙসিনা কদায়দা ?
হয়েংনা কদোমদা ?
নুংগী কল্লবা ফুরা দলাল উবদা
চোকথরবা থরায়না লাপ্না পাইরি
সন্ধ্যাগী মুৎশি-মুৎশিবা লমহাঙদা
এপ্রিলগী ঙাংশঙ ঙাঙবা নুমিৎকী মনাক্তা
থম্নায়গী লমদমদা
নুংশিগী লৈবাক্তা।

কাঙজম পদ্মকুমার সিংহ।

২৯

## থবাতোন নুংশিবী

( ইবা-১৯৭১, ফোঙবা ১৯৭২ইং )

মীনা ক্রক ক্রক ঈম্নবা সন্ধ্যা য়াচঙবগী থ্বাইরন্দগী পোৎলক্তা
ইমাগী ফীজি পায়দুনা ঙায়োনফমগী পোদোল মৈথু মরক্তা
কোয়েং কোয়েং য়েংদুনা চৎলিভৈ,
চোকথরবা হকচাংদা, হৈনীংদ্রবা পুক্নীংদা

তম্বরবা মীৎয়েংদা, মঙাল য়াওব্রবা পুন্সীদা
মুঙাইখি, মীকুপ অমতং মুঙাইখি ;
মতম্মীদা, ঐগী মাঙদা তুবৎ চৎখি
ঐগী থবাতোন মুংশিবী।
ঐগী থরায় ওইবিবী ॥
ইশং শংবা লৌবুক লমহাঙদা
ফৌনাগী হাই হুম্বা জগোই খুথেক্তা
লৌরী চৎপী ফিঙাঙ শেংপী
খঙ্গংগী চনুরা পরেং পরেংনা
• লাইবেল মথেক পুবদা
ঙাওনা খুল্লংঈশৈ শকপদা
খোযকম মোমোন মীনোক্তা
থম্বাল চামনীপালগী মাযথোংদা
নোংমস্র উখি থাজদনা পুন্সীগী অশেংবা মশক্তা
ঐগী থবাতোন মুংশিবী।
ঐগী থরায় ওইবিবী ॥
হোমর ডান্তে ইলিযট পেষ্টরনাক
বেদ পুরান সাংখ্য যোগ
জগৎসি ঐগী রাখলনি, খঙড়ু নশাবু ;
বাংলা দেশকী নরমেধ যজ্ঞ
আমেরিকাগী নুড ক্লব
পৃথিবীগী মঙ্গুংদা খ্বাইদগী হেন্না জফবা লৈশাবী
মিউনিসিপাল ইলেক্সনগী কেম্পেণ —
চোংথোক চোংথোক্তুনা চীনফা থীনবা
নঙনা করি হেনবা, ঐনা করি রাংপা
পাউনা রোডকী নালাগী গঙ্গা যমুনাগী ঈচেল

লম্মাঙনহুনা লেপ্লিঙৈ সিনেমা লোইরকপগী মীয়াম মরক্তা
অনৌবা যুগকী অনৌবা সভ্যতাগী নোংলৈ নুংশিত্তা
উখি নোংথাঙগুম চংখিবা ঐগী থম্মোইবু ভাম্থোকহন্দুনা
ঐগী থবাতোন নুংশিবী।
ঐগী থরায় ওইরিবী।।

কালেনগী নুংশাদা খাঙফম খঙদ্রবা
থেক্লা খোয়না চেনবা নম্বুল তুরেলগী খোঙবান্দা
হৈবোং পাম্বীগী মপোঙদা পোত্থারিঙৈ ভাইহাক্তুং
লৈপলদা হৌবা মৌবী রা মশা নানবা য়েংহুনা
খঙহৌদনা ফুঙ ফাওরকখি
ঐগী থবাতোন নুংশিবী।
ঐগী থরায় ওইরিবী।।

নাপদা ঙংলমই খোইমুগী শৈহেক্তা—
উদ্রবরা ময়ামসে তাইবং য়ুমজাউসিদা লৈরিবা
নচীন-ননাউ ময়ামসে মী-শা-উচেক-পাম্বী।
কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা মীয়ামগী মীনিলদা
কারবারগী পীথোক পীশিনগী চীনফেলদা
ইম্ফাল সহরগী ময়ায়দা, নুংনা অতিযা পক্লা রাংলবা
দলান অনীগী খুরবা কারক্তা নুংশাগী মৈশানা মনিল কারবা
ঐনা ঙকশমদা পুনবা টাই কোমথোকহল্লিঙৈ
ঐগী থবাতোন নুংশিবী।
ঐগী থরায় ওইরিবী।।

নাশোন ওইনা লাক্তুনা ঐগী নাকোংদা তপ্না হংলকই—
নহাক ঐবু মশক খঙলিবরা? নুংঙাইরিবরা?
নুপী অনৌবী কোয়ঙৈদা, নোংমা টৈবলদা ফমহুনা
লেখাবোই অমনবা ফাক্তুনা খোয়ী খোরাং খোৎলিঙৈ

লমহাওদা অশংবা নাপী ফাওহুনা চেনবা
লুরবা লৌথোংমচাগী ঈশিং মচুগী—
পায়র খুদাপ হুল্ল ফৈদোম
মমোম লাংলেন থোইবীগী চরৈ নমথাং ইন্নুনা
লাংথবালগী লৈহাউ লৈরেল মনম্না হারবা
বসন্তগী হৈনম লৈনম পুবা মলয়ানা
কাক্কাগী গুংশিং নামিবনা
চোইজাইনহল্লবা মাগী শন্নাংনা ঐগী হকচাংদা থেংহুনা
ঐগী থবাতোন হুংশিবী।

ঐগী থরায় ওইরিবী॥

মহাক্না নাপচিক্না হংলকই—
কৈদোরে নঙ ঐবু কাউরবরা?
ঐবু নুংশিদ্রবরা?
লম্বীগী নাকন্দা নুং খুগায়বা নুপাহুনা
চাকওন চারগা লৌ লিংবী ইচেহুনা
ওফিসকী ফাইল শূবা মরূগুনা
রিক্সো থৌবা ইনাউহুনা
ঐগী য়ুমগী নুপীনা
ঐগী নাকোং কায়না লাউরকখি
করিনো তৌরিসিবো?
করিনো তৌরিসিবো?
খঙদ্রেদা খঙদ্রেদা।
খঙদ্রেদা খঙদ্রেদা॥
ঐসু শূই, ঐসু নোমই, নোংমাইজিং ছুটি লৈতে।
নোংঙাল্লে হুমিৎ তারে, নোংঙাল্লে হুমিৎ তারে।

থবক চৎকনি খনবদা নোংঙালহন্নীংত্রে ॥
অহুবু, থবক্কগী হল্লক্লগা উখোক্কেন্দা ঙাহুনা ফমই
মুংশাম্বরমপী হোল্লি, মুক্কম মুক্কম শোন্দুনা ঐ ফমই
অহিংগা চিক্লবা অতিযাদা কোয়েং কোয়েং যেংই
চিংশিল্লি ওক্সিজেন মখোল থোক্লা
ঐগী থবাতোন নুংশিবী।

ঐগী থরায ওইবিবী ॥

মতমসিদা মাযগৈ খণ্ডদনা লাক্কুনা ঐগী নাকোংদা শোল্লকই
ওঁ শান্তি! ওঁ শান্তি!
কল কারখানা ইঞ্জিনগী নিল-খোংবা মবক্কা
ঐনা ঙাঙবা মহাক্না তাদ
মহাক্না ঙাঙবা ঐনা তাদ
মীয়ামগী থবক শূফমদা
ঐনা হকাম লাওনা চন্দুনা
শূনীংদনা শূবিদৈ নমথী-হাঙৈ মরক্কা
তখেল্লে চিগোংলৈ নাচোম্না নাপ থম্না থেক্তুনা
মনম্না পূক্কীং হুত্তনা
ঐগী থবাতোন নুংশিবী।

ঐগী থরায ওইবিবী ॥

তুমিন্না লাক্কুনা ইনাক্কা ফমথবকত
ঐগোন্দা শংত্রিক যেংলগা হংই—
অহুক শূনীংদনা শূবিবদি,
তাজমহল শাগে খল্লিব্রা নঙস্থ ?

কাঙজম পদ্মকুমার সিংহ।

# খিয়াম ইবোহল সিংহ

## ( পোকপা-১৯৪২ ইং )

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদা ডিসেম্বর তাং ২৩ দা পোকই। পম্বোগী মিং গোকুলচাঁদ কৌই, ললোনবনা শিনফম ওইবা টেক্নিসিয়ান অমনি। পলেমগী মিংনা নয়নস্না কৌই। পলেম-পম্বোগী ঈমুংগী থৌগাই কয়াদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না তেংবাংঙি। স্কুলগী মহৈদি মপুং ফাবা ওমখিদ্রে। হাইস্কুলগী অরোইবা পরীক্ষা য়ৌদ্রিঙৈদা স্কুল থাদোক্তুনা ললোনবগী শিনফমদা চঙবা তাখি। সাহিত্য পাবা-হৈবগী অপাম্বা অমসুং হৈনবীদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শাগোল্লরকই। মুংগী অপাম্বনা থৌঔনশিন ওইহুনা চিল্লবা থৌগাই মবঙা শৈরেং, রারীমচানচিংবা কয়া হৈ। খরদি 'সাহিত্য' 'রাখল' নচিংবা পত্রিকাশিংদা মতম-মতমগী ওইনা ফোঙদোকখি। চহী য়াম্না নৌরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরী সাহিত্যদা অমসুং সাহিত্যগী সভা সমিতিশিংগী ঈহৌদা থল্লায় য়াম্না যাওজরকপা সাহিত্য-সেবী অমনি। সাহিত্য সঙ্ঘ কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান লিংখৎপদা অখন্নন। অচৌবা শরুক য়াখি, সংস্থান অসিগী জেনরেল সেক্রেটরীসু ওইখি। ফোঙলবা লাইরিক:- শৈরেং—রেখা (১৯৬৬)।

মতমগী শৈরেংগী অনৌবা ফোর্ম অমসুং টেক্নিক্কা রোমান্টিক ওইবা অরিবা (মতমগী 'অনৌবা' গা চাংদম্নবদা) থিম ফোঙদোকপা, ঈশ্বরগী অমদি মহাক্কী শক্তি ওইবিবী প্রকৃতিগী মপাল নাইদ্রবা নীংথিজবা শব্দোনশিংদা থাজবা কবিনি। পাম্মুনা ক্ষৌথ্রবা মুংশিবগী নীংশিং-লম্বীদা নাইতোম তাবগী চৈন'খোল ফংলবা চিক্লবা মীকুপশিংদা কাওরকপা মশাগী ওইবা পুন্সীগী কৃপ্লবা থম্মোই ঈহুলশিংবু মরীক চুম্লবা কল্পনানা নীংতম্না শাগংপা রাখল-মূর্ত্তিশিংদা শব্দ অমসুং অর্থগী লয় শাগোল্লনা শরুম লাকপা তরু-তরুবা মীৎয়েংগী নহা ওইরিবা কবিনি।

৩০

# রাসমণ্ডল

( ইবা ঃ ৯৬৩, কোংবা ১৯৬৬ হং )

য়েংউ,
ঐগ মাঙগী পুথ্রী মচাসে
ইতিহাস কয়াগী হৌনফম্নি।
চিক্লা লোৎলি মাস্থু
শোঙলবা নারক 'সিদা, মতোমতা।
ও।
কবি কনাগী খুথেক হৈবা কলমদা
যেৎকী খুজেং লৈখিবদাই, পিক্লবা পুথ্রীমচা অসিবু
"রাসমণ্ডল" হায়না
নোংমগী থেঙলবা অহিংদা।
য়েংউনে,
তাউরিবা 'সে য়েংউ ঙসিস্থু
কবিগী কবিতানি
কল্পনাগী জগোই শাবীনি।
চিথেক অমদগী লাউরক্লি থম্মোই শোক্লা
"ঐদি জগোই শাবীনি,
কবিনা শেম্লম্বা তান্দুদা, থেক্লা জগোই শাজরি
ঈথক্কী চৈথেং ফংবদা
ঐনা কোয়না তাউথোক্লি, ঈয়ার্য় য়োনা শাম্লজে।
য়েংউনে কনানো,

ঐতা নত্তে মাস্থনি
উবা ফংলরোই, ঈরোম্বুংদা লোংখরে
ঈপোম চামনা কুপখরে
অঙাওবন্থুনি—অঙাওবদো।
তারক্লিবা খোঙ্জেলসে মাগীনি
শক্লি মানা কৌজিকস্থু
কবিগী ঈশৈ, কবিনা শকশিবা,
"হে পৃথ্বীমাতা—
লৈরোলগী লৈরোল
কৃপখরো নঙগী লৈরোলদা,
জগৎকী অৱাৰা, তাইবংগী মৈচাক
লোৎপিরো, ঐগী মীৎয়েংগী ৱাংমদা
লোৎপিরো ঙসিদি, তাইবংগী নাপলগী মপৈ।
শকচগে ঐনা
ঐগী অশেংবা স্থরদা,
শকচগে শৈশক থুদিং পুন্দুনা, ঐগী লৈজবা খোঙ্জেলনা
তিলহনবিয়ু
জগৎকী হুঙাইবা, তাইবংগী হরাউবা
তিলহনবিয়ু, ঐগী অশেংবা স্থরদা।"
তাওনে—
শক্লিবা অসে তাওনে,
অঙাওবা অসিনা শক্লিসি
অঙাওবা অসিগী শৈহেক্লি।
থুম্লি নোংমদোল 'তিয়া থকসিদা
ঈপোমগী চান্নবী থাজস্থ, অস্থম্বক

থাজ ঈপোম হৌহ্না
শৈশক শৈবোই তম্লক্লি।
'চাউবা লোক্লুং মরুমগী
তাইবং চম্নু 'ঙাওবীসে
উরগনি শক্লিবা—
"ৱাক্নু, নিরুন্নু চান্নবোয়
পুন্সী লোইগে নিরুন্নু,
চীংগু থৌজাল অচানবা
লেপ্পা ফংবা মপাউখোল
পুন্সী লমন শক্লুন্নু।
হয়েং ঈন্নুং ঙানবদা
নমোম চাউদ লাক্লগা
মুংশি কোলোয় তাবগা
থম্মোই পেল্লা নৌজখো।
ৱাকন্নু, নিরুন্নু, তাইবং চম্নু 'ঙাওবীও
নীংবা কায়বা মীকূপকী
পুন্সী লমন শক্লুন্নু।"
তাওনে—
যেংউনে,
পিক্লবা বাসমগুলগী ইতিহাসতা
তিল্লগদৌবনিকো, পূম্নমকসিবু
মাস্নু, ঐস্নু অদুগা নংস্নু
শান্নরি ৱাসমগুল ঈযায়দা
ঙসিগী ৱাসমগুল ঈয়ায়দা।
ঙাইহাক্তা ঙাযবে শেন্নরনি, নোংমদোল কোবৌহনবস্নু

ঙসিগী ঈমায় থক্তিদা, কোরৌ মশেক খাম্মুনা
ইতিহাস অমা,
মুৎলরোইদৌবা, লোঙলরোইদৌবা চহী কয়াগী।
ও!
অসিরনে পুন্সী হায়বহুবো
ইতিহাসকী ইতিহাস
ঐগীসু ইতিহাস।
নীংশিংলি ওরাংগী রারীসু
অহুগা, চিংনরি ঐনা হয়েংগী রারীনা কনাগী
হে রাসমণ্ডল—
লৈখিগদগেনে নঙবু কয়া কইনা,
পৃথিবীগী লৈমায়থক্তিদা
নোংমগী য়াহিপ তান্দনা, ইতিহাস কয়া লৌনবা?
শারম্লগেনে ঙসি ঐগীদি, ঐগী পেন্নবা
ঐগী অরোইবা খুথেক্তা, কবিনা শেম্লম্বা তান্দুদা
ঐগী ইতিহাস,
নঙগী ঈরোম্লুংদা তিন্নবা।
অহুবু,
হে রাসমণ্ডল—
লৈখিগদগে নঙবু কয়া কুইনা?
চঙথোনে নঙসু, হয়েংগী ওাইরসু
অফংবা খরসি পুথুনা, লৈরোম্লুংদা লোৎখরো।
চৎথবদা ঐনা ঐগী মঙলৈবাক্তা
শেম্বিরমগে পামজরবসু নঙনা
নঙগীদমক্তা, নঙগী ইতিহাস।

হৌখিবা পুন্সী অমগী
মাঙথ্রবা "রাসমণ্ডল" হায়না
য়েক্লুগে কোৰ্বাক থল্লা, য়েক্লুগে ঐগী মঙলৈবাক্কী পুন্সীদা।
মঙলৈবাক্কী খোর্জৈ পায়রুনা।

থিয়াম ইবোহল সিংহ

৩১

# পুন্সীগী মঙ

( ইবা-১৯৬৪, ফাঙবা-১৯৬৬ ইং )

নোংমা ঈখৌ লাংবা পুন্সীগী
নীংবা কায়থ্রবা অহিং অঙুদা
ঈরাক্কখি ঐহাক্নে মম্লবা মঙলান অমদা।
ঐগী ফুইনা গোল্লক্লিবা ঐগী স্বর অতু ফাঙমদনা
নীংশিংলকখি মতমঙুদা
ঐগী পুন্সী হৌথ্রবা তাইবং,
উরকই ঐগী পিতনা থুমথ্রবা মীত্তস্থ
ঐগী চঙজফম
তোর্ব্বানগী হিদেল, হিদেলগী সিড়ি
অহুবু,
ঙসিদি কয়াদা থাপথ্রবা
পুন্সী অদো কয়াদা লাপথ্রবা।
পুথোকপ্নে ঐবুদি ঙসি মনীং তম্বা ঈরৈনা
পাক্লবা ঈয়ায়দা অস্তুম্মক
পাক্লবা ঈয়ায়দা অস্তুম্মক।

ঈরৈস্থ তপ্না ঈপোমস্থ নেম্না
কদোমদনো খডক্রে লুপখিরমই থৌনা
পাঙ্গলস্থ লাক্কে লৌশিংস্থ মাঙখি
ও ! কয়াদা রাখিবা
তাউথংনবা অমুক্তং কয়াদা রাখিবা !
অহুবু,
লাউরক্লমইনে খুদক্কুদা
ঐগী মফম খঙদনা
চোইথোকপ্রবা রাখল অমতংনদি ঐঙোন্দা কপ্পা
"নঙনা উরিবা হিদেলদো
মশীং অমুক্তা থীরমখো
ও ! ঐহাক কয়াদা রারবা,
ঐনা করম য়েংসিগে
ঐনা করম থীসিগে ?
ঐগী মাঙগী ঈপোমদো
মরোল অমদগী মরোল অমতং
হাইদোকখিবা মতমদা ঐহাকস্থ
থীরমগে খল্লুই মীকুপ্তা
অহুবু, কীস্থরম্লে মখোয়দি মীনা উবিদ্রবা অহিং দা
থাক অমদগী থাক অমা
থাক অমদগী থাক অমা, অস্থুম্মক
জগোইহুম শারমইনে ইমাঙদা
জুরেলগী কাওশীং মপৈনা
জগোইহুম শারমই ।

থিয়াম ইবোহল সিংহ ।

# নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ

( পোকপা-১৯৪৬ ইং )

'শ্রীবীরেন' সাহিত্যদা শীজিন্নবা মিংনি, মশাগী অশেংবা মিংদি বীরেন কৌই। উবিপোক অচোম লৈকাইনা পোকফম-শাংফম্মি। পম্বৌগী মিং মনিকচাঁদ কৌই; পলেমম্বীনা তম্পাক কৌই। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। হৌজিক ধনমঞ্জুরী আর্টস এণ্ড কমর্স কোলেজদা মণিপুরী সাহিত্য তম্বীরি। অনৌবা মতমগী শৈরেং ইবগা লোয়নননা মতমগী ঈস্থল চঙবা রারীমচা অমসুং লীলামচাশিংসু ই। হৌজিক্কক নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী 'রাখল' চেফোঙগী সম্পাদক ওইরি। ফোঙলবা লাইবিকশিংঃ- রারীমচা—লৈচিল্লকী থাজ (১৯৬৭); শৈরেং—তোল্লবা শাক্তগী রাখল (৯৭০); লীলামচা—হল্লকপা (১৯৭৩)। মহাক্কী শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ১৯৭৩ ইংগী সাহিত্যগী মনা পীখি।

মতমগী ওইবা শৈরেংগী খুৎইদা মতমগী ওইবা রাখল অহানবা ওইনা ঈচং থোনা অকনবা শাফু অমগা লোয়নননা পুশিল্লকখিবা শাউরবা নহা ওইবিবা কবি অমনি। ঙসিগী সমাজগী লুং-পান অনীমক্তা কায়থ-রক্লবা, মমল মাঙশিল্লক্লবা শক্তম উৎপগা লোয়নননা সমাজগা যানবা ঙমদ্রবা নাইতোম তাবগী নীংবা কাযববা খোয়শাউনরবা মীকুপ্তা ফাওবকপা রাখলশিং অহু চুনবা ইমেজবি অমসুং সিম্বোলশিংগী পাম্বৈনা কবিগুম্বদা অশেংবা পাউতম্বা ওইনা অমসুং কবিগুম্বদা করেম্নবা ওইনা চিংনবা লৈতনা হাযদাকই। নৈতিক বিচার হন্থবক্লবা মতমগী পুন্সীগী মচোই-মচোই তাববা অথীবা মশকশিং যেক্লবা হোৎনবদা ফিথোংদবগী কাম্নবা লমচৎশিং ফাওবা অথুকপা লৈতনা ফেংদোকই। পুন্নৌ-নৌনা শাগৎনবগীদমক অবিবনু পুমথু-থুগায়বগী খোঙজঙদা হৌজিক্কী পুন্সীগী মাযওন কয়ামক্কমদা রাখল চিংশিনবা রাহং কয়া হুংই। অমুম্মা 'কমিটেত অমসুং ইন্টলেকচুযেল ওইবা শৈরেং' পুথোক্লবগী মায়কৈদা ফনা য়াম্না মায়পাক্লা চংশিল্লি।

৩২

# থম্বাল চামনীপাল

(ইং-৮-৬-১৯৬৭, কোজবা-১৯৭০ হং)

থম্বাল চামনীপাল অমখক
শাংতোক্লকই লৈকা চোম্না
মরীন চুম্না থিনগত্তুনা
নুংশাকা কাহৎলবা আকাশচুম্বা

থম্বালসে ফজৈ
থম্বালদো য়েংবা য়াই ;
হাইফেং নিল্লকই
পানা মরিদা।

নোংমা
নিংথৌগী থৌপুবা
কল্লক চাউরবা ফম্নাইবা মৈতৈ অমনা
থাওপাক অমা পাম্লহনা লাকই।
ফজবা য়েংবা হৈনদ্রবা
মমীত্তগী থোক্লকপা মৈরিম্বদা
লৈরাংদো থাওডি
ফেৎ-ফেৎ হাইহনা
য়ানা
তচাউ তচাউরবা মথুত্তুনা
লৈরাংগী থোৎলবা থম্মোইগুদা
থুম্না থিংজিনখি থাওপাক্তু।

ঐনা নত্তে মাননি
ঐনা নত্তে মাননি ;
মহৈ মহৈ থঙজিন্নৈ
মখোয় মশেল ।

পাপ চঙজ্রিবা নৌরিবা অঙাং অমনা
মমীত্তগী শিন্থখি পি
মখোন্দি থোক্তে ।
অচুম্বগী লাইরেম্বীনা হঙোইনা মমায় লৈখোকখি ।
গনতন্নগী হরিং দেবতাশিংনা
ঈ চুপ্পী
থোংলবী থম্বালগী থবাক্তা তোংহনা ।

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ ।

৩৩

## চাকদ্রবা লাইগী য়েন

( ইবা-২৮-১০-১৯৬৭, কোঙবা-১৯৭০ ইং )

কেকেকে কে
মোমো মোমো
য়াংগেন শম্বা খ্যাউ খ্যাউ
লাইগী য়েন্নি চাকদে ।

সহর ময়ায়গী
লাঙলবা হোটেল অমগী
মম্নবা কাচিন অমদা ফম্লিবা

মশক মচু মাওপ্রবা
লাইগী চাফদ্রবা য়েন অমনা
চাউরবা পৃথিবী অসিদা
মশাগী মফম অমতং থমজনীংঙি ·
ময়েক শেংনা
পৃথিবীদা তাক্লীংঙি মশাগী মশক ।

খল্লরকই ঃ
ঐবু ঐ ওইবিত্রা
ঐবু ঐ ওইরিত্রা ?

চাগে থক্কে পীযু হায়বগী
অমগা অমগা হ্রাবী শানবগী
চময়না লৌযম খওদনা লাওলবা মরক্তুদা
চাঁফদ্রবা লাইগী য়েন অন্থনা
খর তৎপমথৈ হোনা খোংলকই ঃ
ঐদি ঐ ওইজগে
ঐদি ঐ ওইজগে ।
ঐ হিংদ্রে
ঐবু হিংহল্লু
ঐবু হিংহল্লু ।
ঐ নীংতম্না অমুক্তা হিংজগে ।
ঐ নীংতমদ্রে
ঐ নীংতমদ্রে ;
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে ।

হোটেলদা চারম থক্লম্লিবা
সহরমচাশিংঙো
ইউক ওক্লা য়েংনরকই মহোন্দা।
অঙদগী কৈস্লু তৌখিদবগুম
মহৈ মহৈ হায়গী মানা মানা তৌনরম্বদা
হঞ্জিনখি ; কনাস্লু নাচুম্নখিদে।
কৈস্লু হায়শিদবগা চপ মান্নৈ।

ময়াম্না থৌ-রা শাদবস্থু উবগা
নাইতোম তানা
মতোমতা ওয়রে হায়না
মশা মতোমতদা মশামক হঞ্জিজৈ।
খঙ্করুরগা হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী।
চাকত্রবা লাইগী য়েন অহু
হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী।
হৌনা অমুক্তা খোংলকই ঃ
ঐ মী ওইদ্রে
ঐ মী ওইদ্রে ;
ঐ মী অমুক্তা ওইজগে
ঐ মী ওইজগে। ঐ মী ওইজগে।

কনাস্লু হন্না কাওবা য়েংবিরক্তে মঙোন্দা
হন্দমুক্তি মানা মানা তৌরিবস্থু অমুম তৌহুনা লৈরম্মী

মুংজেং পুথ্রীগী লিনজাউনা
নমৈ ময়া চিক্কুনা ভূমিম্না লৈখি।

ঐনা হংখি ঃ
কৈদৌনরিবনো মখোয়গীসিবো ?
হৌজিক খোংথ্রিহ্ন
কনাস্থ তাবিদজাংলা ?

মমৈ ময়া চিক্লিবা লিনজাউদো
খজিক্কা ফাওবা মচী লেগুদে।

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ।

৩৪

# দাবী

( টবা ৯-২-১৯৬৮, কোঙবা ১৯৭০ ইং।

থরায়গী ড্রামাসিদা,
ঐনা হায়নীংবদি
কর্ণদস্থ পীবিয়ু
চাংয়েংজনবগী তাঞ্জাহুদদি।
চংনবীসি চংনরক্লি অস্থম্মক মহৌশাদগী ;
নত্তে,—দোণাচার্য্য, কৃপাচার্য্য হৌজিক্তি ;
লৈতেংদে—নীংথিবা লূহুপ থাঙ-তা
ফিজেৎ লৈতেংগী
অরংবা অথকপা কয়ানা ;
অতুবু নত্তে মখোয়গী মফমশিংহুদি হাওবা
নখোয়স্থ লৈতেংলি স্যুট, টাই, কার
নপা নপুনা তানশিল্লম্বা শেল থুম ;

অমদি
রামোম শেঙ্গা কয়াননা।

নঙনা কবি অমুক পাল্লিবগে ?
হৌজিকপু ?
পৃথিবীসি লোইনা তুম্রসঙ্গু
অদুগা শেম্লন্সি অমুক পূম্নো নৌনা।

কনামতা যাওদ্রবা অর্জ্জুনগা
কনামতা যাওদ্রবা কর্ণগা
চাংযেংনবগী খুৎলাই অনী থেংনবদুগী
পুন্সী অমা
নৌনা শাগৎসি। পূম্নো নৌনা শেমগৎসি।
নখোযনা উই পুন্সীবু
শিববা ওইনা, নত্রগা, পোক্তি্রবা ওইনা।
ঐনা উই পুন্সীবু
হৌজিক হৌজিক হিংলিবা ওইনা ;
নঙতগী ওইনা
ঐতগী ওইনা
মাতগী ওইনা।
থরায়গী লীলাদি
মচ কযাগী অশিংবনি।
হৌজিক্তা চেন্থরি
শাম্নরি চেন্থবিবা ঈচেলগা ঈরোয়ননা
ফুরা, দলান, সিটিবস, ট্রক, একাগাড়ীগা লোয়ননা
মচুগী নৈোবাংনা শাৎপদা

অমুক্কী লীক্লানা চোৎপদা
আশাগী খোইমুনা পাইবদা
নোংনা পাইবদা
লৈচিলগী লীলা মরক্তা
লেপ্তুবা খোঙচৎসি।
চাংয়েংনবসি লেপত্রি
কবিনা শাগৎপা নোংগী অমুবা শক্তম মরক্তা
সিনেমা গোল মমাঙগী মীনা কুক কুক ইন্নবদা
চেন্থরিবা পুন্সী ঈচেল মরুমদা।

হে কর্ণ

নঙদি নাইতোম তাবনি
লাইয়ান্না নঙবু নুংশিদে।
কর্ণ নঙদি
তাইবংমীনি।
অর্জ্জুনদি মীথীবোঙ মীতম্বান্নি।

খুৎলাই চাংয়েংনবদা

কর্ণদস্তু পীবিগদবনি
তাঙ্গাদু য়াওজনবগী।

মীদি মীনি
লাইদি লাইনি।
য়েৎশিন্নরে
য়েৎশিন্নরে

হো লৈবাক মচাশা!

মীগা লাইগা য়েৎশিন্নরে।

খঙদে ঐ
নখোয়গী লাম লামহৎনা পুরকপা মরৈছু
ঐনা খঙবা হায়ববু
মীচঙ শঙ্গন লৈতবা পুন্সীছুনি।

ঐগী দাবীদি
কর্ণস্থ হিংগদবনি।
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু।

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ।

৩৫

## অহিংদুগী প্রজা

(ইবা-১৩-৫ ১৯৬৯, ফাঙবা-ওক্তো, ১৯৬৯ ইং)

ফিভমসি শোকচিল্লে
অনাবসি মতোমতা শিজফাও য়ারি।
লৈকাইসিদা লৈবা মী পুম্নমক
লোইনা ভুম্মখ্রে অহিংসিদা।
হকচাং কায়াৎ পুম্বা পঙথরে
তাং পুম্বা শিথরে।
য়াম্না মম্বসিদা, য়াম্না চিকপাসিদা
কিবনা থক থক নিল্লে।

অহিংসিদা
মপুরোয়বা হৱাঙ্গিল্লকপদা
য়ুমগী নূপীনা তরাম তরাম ওক্তে,
পুন্নমক হৌজিক্তি মীতোপ ওইরক্লে।

য়ুমদা
হশি শিনা পদ্রাক পদ্রাক তানা
ভূম্লি নূপীনা
মশাদা ফি মচেৎমতা পক্তনা।
অঙৈং অশা ফাওদ্রবা
পদ্রাক পদ্রাক লাউববা
ভূম্লিবা মপুরোইবগী মশূৎনা
নূপীহুগী ঙা মানবা মুর্তিদা
হম্না হম্না নাল্লি
অপাম্বা অমতা পোক্তনা।
অহুগা য়ারক্তা ঙংতি—
এএএএ, ইইইই, এএএএ, ইইইই
নম্বুল তুরেলগী ঈচেল
লেঙবা ওমদনা ফমজিনখ্রে।
জ্ঞান তাদনা হৌগৎলকই
মও ওই তা ওই
মোন মগাদগী ঘড়ী
লৌথোক্তুনা য়েংঙি
মমীত্তি পাওদে।
অহুদগী তম্না
পদ্রাক লাউনা তুথখি।
শিবা ঙাইবগী খয়াৎনা য়োৎশিনখি।

হিপ্লিবশিংহুগা
ফমুংদা থাবিবা ফিবোনহুগা
অমনা অমবু শকখঙনদে।
লৈকাইসিগী মী থুদিংমক
অহিং অসি ঙাইবি।

পদ্রাক পদ্রাক তাহুনা
মশাহু ইমুন মুন্না
অপাম্বা অমতা পোক্তনা
অমুক হৌগৎলগা ঘড়ী যেংলগা
পদ্রাক তুথখি অহুম পুন্নমক।

তুম্বা যাদ্রবা নুপা অমনা
মঙাল যাওদ্রবা মমীত্তু
পাঙবোই পাওদবোই
যাইওন শাওন্দুনা থাওবদা
চোকথববা মশাহু শৌগত্তুনা
( মশানদি খঙজদনা )
ঙৈহাক্তং ফম্মী
অহুদগী ঘড়ী যেংলগা
হকাম লাওনা চল্লগা
অশিবা লাই অমা শোন্দুনা
( মশানদি খঙজদনা
পদ্রাক লাউনা তুথখি।

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ।

# রাজকুমার মধুবীর সিংহ

( পোকপা-১৯৪৬ ইং )

কবোৱাকচীংদা পোকই। অপোকপগী মিং রাজকুমার ভাগ্যচন্দ্র অমসুং অপোকপীগীনা মনিশীজ কৌই। কবোৱাকচীং এল, পি, স্কুল অমসুং নম্বোল হাইস্কুলদা মহৈগী অহানবা তাক্কক লোইখি। পলেম-পম্বোগা লোয়ননা লাক্কুনা শগোলবন্দ থাংজম লৈরক্লা লৈববা মতুংদা তোম্বীস্না হাইস্কুলগী ছাত্র ওইনা মেট্রিক পাস তৌখি। মথংদা ধনমঞ্জুরী কোলেজদগী গৌহাটী ইউনিভসিটীগী আর্টস গ্রেজুযেট অমা ওইখি। ১৯৭১ ইংদা গোরখপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা অঙ্গ্রেজী বিষয় লৌহুনা এম, এ পাস তৌখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্য পামজরকই। স্কুল তম্লিঙৈদগী শৈরেং অমসুং ৱারীমচাশিং ইবা হৌরকই। সাহিত্যগী চেকোঙশিংদসু মতম-মতমগী ওইনা ফোঙই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অচঙবা মেম্বর অমনি। হৌজিক্ষক উখ্রুল হাযর সেকেণ্ডরী স্কুলগী ওঝা ওইরি। ফোঙলবা লাইবিবশিং:- শৈরেং—মচু-মচুগী অতিযা (১৯৬৯), কাযরবা মূর্ত্তি উবগা (১৯৭০)।

রাজকুমার মধুবীর মতমগী মণিপুরী শৈরেংগী ঈথৌদা হৌজিক্কী সমাজ অমসুং পুন্সীগী মচেৎ মচেৎ তানা কাযথবক্লবা মশক মরীক চুম্না তাকপা ঙম্বা নহা ওইরিবা কাব অমনি। শৈরেংগী থিম অমসুং মুডকা থোইদোক্না চুনবা পরিং নাইবা চযেৎনদবা ইমেজরি অমসুং সিম্বোলশিং মপাঙ্গল লৈনা শীজিন্নে। লোল অমসুং রাফোঙদোক্কী চাংয়েংদা পুক্নীং যাম্না চঙবগী মহুত্তা বিষযবু মযেক লাহনবগী 'মায়কৈদনা হেন্না মীৎয়েং থম্মী। মমল লৈশিল্লক্তবনা হিংবগী মগাউ য়াঙদ্রবা 'ঙসি'গী পুন্সীদা নীংবা কাযথনতা লৈবগী মহুত্তা পল্লেপফম খঙদ্রিবা 'হয়েং' গী পুন্সীগীদমক আশাগী মঙাল থিননবসু হোৎনৈ।

৩৬

# একা-ট্রেন

( ইবা ১৯৬৯, কোঙবা ১৯৭০ ইং )

ঐনা তারে, মীয়াম্না ৱারীনবা, পৃথিবী অসে কায়বগী
ঐনা তারে, মখোয়না তত্তনা ৱারী শাবা।
খরনা হায়, পৃথ্বী 'সে মৈনা তুম্না চাক্লনি
কনা 'মনা হায়, উন্দা ফমজিল্লনি
কনান 'মুক হায়, কাঙক্রুস্মুক্তা চাউনা তুমশিল্লক্লনি
অতুগা অতৈন 'মুক লাউরি, লাক্লনি মহাপ্রলয
ঈচাউগী অমদি নোংলৈ হুর্ংশিংকী মহাপ্রলয।
উম, ঐনা তারে, মখোযনা তত্তনা ৱারী শাবা
হোটেলদা,
পার্কতা, অমস্তুং মী কুংলবা লম্বেলদা
ঐনা তারে ৱারী শাবা মখোয়না
শোয়দনা থোক্লরদবা, তমথীরবা লাঞ্জাওগী শরমদা।

* * *

লম খোপচিল্লবা।
ফল তাদ্রবা লমদাইগী মরৈ।
অতুগা, মমায় লীশীং পাল্লব., তমথীরবা ৱাথোকশিংগী ৱাতৌদোক্লা।
মীং থকহল্লি ঐখোযবু পাউজেলচেশিংদা
অতগা ঐখোযনা চেল্লি—পাউশিংতুগী তুংদা
তুংইদ্দা পাউশিংতুগী, অযুক খুদিংগী
অকিবতনা থনগ্রবা পাউশিংতুগী
অযুক খুদিংগী।

কিগত্থ—
নমীৎ-ননা তথক-তথক, লেংজুম অনীনা শুপকৎলিব্ম।
অহুনা তাক্লে—নহাক শাথিনা কিরে,
ঈরাৎলমদাইগী য়েন্না তৌবগুম,
ঈরাৎলমদাইগী য়েন্না!

* * *

পুথোকপা অমসুং শাগৎপা
নৌনা শেম্বা অমসুং হন্না শেম্বা
মশীং নাইদ্রবা তুজুংলবা রাহংশিং
অমসুং চক্লবা থৌরাং লীশীং লীশীং
পুথোকপা অমসুং শাগৎপা
নৌনা শেম্বা অমসুং হন্না শেম্বা
মা, অহুগা মথোযগী রাংল
শেম্বা অমসুং হন্না শেম্বা—মগৌনি প্রকৃতি মাগীদি
পুন্সী কয়া হাত্তোক্লি, পুন্সী কয়া পোকহল্লি
মতোমতনি হিংলিবদি অমর ওইহুনা
অমর ওইনা হি খিনি, প্রকৃতি
মতেংদি—।

* * *

ও, লান! পৃথিবীগী লাঙ্গাও।
তানীংলে—ঐনা পুক্নীং হুরবা নহাক্কী শৈশক্তো;
য়েংনীংলে ঐনা—লানফিনা লৈতেংলবা হিটলর,
য়েক্লবা লীশীংগী মায়োক্তা নেপোলিয়ন
মৈরিক্তা থল্লবা থাওশাং, মৈরিনা য়োম্লবা গুলী
থংপ্রেক খংনা বোম্না পোকখায়বদো য়েংনীংলে,
মুরবা মৈথুগী খুজি কয়ানা হন্না হন্না লৈশিনবদো অতিয়াদা

হন্না হন্না লৈশিনবদোঁ অতিয়াদা।
হ্যারোশিংনা হ্যারোশিংগী মায়োক্তা
চেনশিনবগুম হু, হুগী মায়োক্তা
চেল্লরো শিংলি খুদিংদা ঐখোয়গী থম্মোই তম্না
চেল্লরো শিংলি খুদিংদা, ঐখোয়গী।
পৃথিবীগী লাঞ্জাও।
তত্তুনা কৌজরি নঙবু ঐনা
অরোইবা ঐগী অতিথীগুম
শোয়দনমক্কী খুম্বিরমগদবা লৈরবদি নঙনা
মতিক চাবা পাউখুমদো করামচাউবগী অমদি ঙকচাউথেকপগী
ফল তাত্রবা রাহং ময়ামসে
শোয়দনমক্কী খুম্বিরমগদবা লৈরবদি নঙনা
তত্তুনা কৌজরি নঙবু ঐনা।
পাইরক্লো রকেট, পাইরক্লো প্লেন—মুকথ্রবীমুক য়াম্না
কাপশিল্লো নোংমৈ, ঐখোয় তম্না মায়কৈ তরাদগী
থাদরো বোম, সহর পুম্বগী দলান-থক্তা
কাপখায়রো টর্পেডোনা শিংকুপ শানা, জহাজ ময়ামসে
চাকথ্রসন্নু ঐখোয়গী হকচাংস্তু, তুম্না উৎ ওন্দুনা
চাকথ্রসন্নু
নৌনা অমুক পোক্লকবা
হয়েংমুক্কী তাইবংদা।

* * *

হৌজিক্তি, মীকুপ্পো নঙগীস্তু অমদি ঐগীস্তু, ঐখোয়না পামজবা
য়ৌরক্লে, শোয়দনা থুনা লাক্লনি—
ঙাইগদবা নত্তে, কুইথনা
ঙাইগদবা নত্তে, ঐখোয়না অমুক কুইথনা।

ঐখোয় পুম্বা থুনমুক উনগনি, হয়েং ঈনুং ঙাল্লক্পদা
ঐখোয় পুম্ব। থুনমুক উনগনি—
মীকুপ্পু ফাওবদনি, ঙাইগদবা হায়ববু ঐখোয়না
মীকুপ্পু থক
ঐখোয়সে হন্না অমুক পোকপগী।

রাজকুমার মধুবীর সিংহ।

৩৭

## মৈশা ফংলবা মৈরানবী

(ইবা-১৯৬৯, ফোঙবা ১৯৭০ ইং)

নঙসু সিদা লৈরে ; ঐসু সিদা লৈরে
হৌজিক করি তৌসিগে ? হৌজিক কদায চংসিগে ?
হায়রো কৈনো তৌদোবা ? খল্লো লম্বেল অমা
হায়রো, খল্লো

কুইনা লৈনীংদ্র, মফমসি পুনা থাদোক্নীংলে
য়াম্না খুনা।
যেংউ, শংবানরবা অতিযাদা, লৈচিলগী
হিনাউ কয়ানা তপ্পা তপ্পা
পাইরম্বদো কুপত্রে শীনবা থুনা—গাড়ীগী মৈখু, রার্কশপকী মৈখুনা
মচু শঙত্রে, শংবানবদো, মুরবা থীরবা মৈখুনা
থীরবা মুরবা মৈখুনা,
মত্রং-মত্রং, খজিক্কা হাঙদনা।

বসন্তগী অতিয়াদা চেক্লাশিং, মুংশিংকী ঈথক্তা
হুরাউনা, মুমিংকী মঙাল থকচরম্বা ঙসি
ফোকর, ড্যাকোটা অমদি জেৎকী মখোল য়াক্লবা
মরক্তিদা করম্বা চেক্লানো পাইরদৌবা।
হায়য়ু, করম্বা চেক্লানো—
শাজিন্নবা থা, থরান্নিচাকলটিদা
পাইরকখিদ্রা নোংইন ; খোংলখিদ্রা তাম্না ?
পাইরকখিদ্রা ; খোংলখিদ্রা ?
মতম চুপ্পা, মফম থুদিং য়েংখি-য়েংখিবদা
ঋতু-ঋতুগী লৈরাং লৈচু শুনা শাৎলম্মী
ঐনা কয়া মুঙাইজবা, উরগা
নঙনা নোক্লা চেনবদো লৈরাংশিংগী তোর্ব্বান্দা
মায়োক্তা, ঙাঙনা শিৎপা মুংশিৎকী
উরগা ঐনা কয়া মুঙাইজবা।

মফমসে ঙসি ! ওঃ ঙসি মফমসে।
অমকপা নুং, কুরাওনবা কোলাশ
অচুগা উফুল থাংলবা মানগা ভী
অকোয়বা মায়কৈ কথাসিনা—
ঈশংনা থাগৎলবা ; তেঙ্গালিনা হাগৎলবা
মোৎলবা যুম ; মল্লবা যুম ঙাক্তা।
লৈরাংশিংগী লৈনম নম্বগী পেনবা নাইরমদবা
মপূং ফানা অমুক্তা হোনঙমদ্রে স্বর ঙসি
ডিজনগী মৈথু, কোয়লাগী মৈথু, থাউথীগী উকুল্লকসিদা
মপূং ফানা অমুক্তা হোনঙমদ্রে স্বর ঙসি

কৈদা চৎসিগে হায়রো ; কসি তৌসিগে খল্লো
নঙস্থ সিদা লৈরে ; ঐস্থ সিদা লৈরে ।

* * *

নোক্নে, মীশিংসিস্থ ; পোক্লমাল্লে নোক্নীংবস্থ
মথৌ লৈতবা অমনীতং, কংনা কংনা নোক্নি
য়াশি মতং অমা য়াওদনা, শেম শেমহনা ।
অতৈদি ?
ও, অতৈসিদি !
মশা পূমচোং চোংলি ; মমায় মমীং মফম থঙদে
উফুল ইতে তৈ, থাউথীনা মরুবা উফুল
মমীং-মনা ইশু-শুগংলি —
চাকথেক্লবা মুংশা মৈরক্তা, মৈরিক্লা থল্লবা রার্কশগুা
ঙাইহাক্তা লেপ্তা, মশা ইলেক লেকথনা
তৌবগুম জেলদা ফাদোকশিংনা
ফাদোকশিংনা তৌবগুম, জেলদা
শূরি, নোম্নি, লেপ্তা মীকুপ অমা
শূরি, নোম্নি ।

* * *

মীকোক, মীথল — কদায় ?
প্রজাগী করি খল্লিবা !
য়েংখি-য়েংখিবা মায়কৈ খুদিংদা
লম্বেলগী লম্বেল ঙাক্তা
করম্বনা কদায় য়ৌরিবা
করম্বনা কৈদা থল্লিবা
মমীং-মনা ইথক-থক্কং
লম্মাঙনরবা যাত্রিজুম লেপ্লি

যেংলি পোন মন্থুংগী উচেক্‌কুম, য়েংলি ।
খবা অমনা থ্বৈজগী মীগুম
নমীং ইগুক শুকথনা, কেক্ক কেক্ক
চেক্লি, চোংলি, তৌশিন্নরি—
নীংতম্না, উচেক-রায়াগুম, উমংগী
ফম অমতংগী, রোলস রোইস, অমতংগী
ও, তোক্লসি – তোক্লসি, তোক্লসি ।

* * *

কদায় মকপ, মবী-মতানা কদায় ?
কদাযনো ফজবিবা, চাংথৎলক্লিবনা করি ?
অচুম্বা মঙা, অরানবা লীশীং
অচুম্বা মঙা, অরানবা লীশীং
মাযকৈ খুদিংদা, মফম পুম্বদা—
ফল তাদ্রবা অঙ্ক ; চমন্নরবা শক্লোনশিংসিগী লক্তা
কৌখিদ্রা মরূপ, খনখিদ্রা মরী-মতাগী ?
য়েংখিদ্রা ইমা ইপা, অতুগা ইচীন-ইনাউ
ফল তাদ্রবা অঙ্ক ; চনম্নরবা শক্লোনশিংসিগী লক্তা ?

য়েংউন্নু, কনামতা মুন্না য়েংউন্নু
হংঙক্নি, করিগীনো য়েংলিবা
চৈরক্নি খোনচোপ থীনা নঙবু
হংঙক্নি, করিগীনো য়েংলিবা
য়েংউন্নু, শোয়দনা হংঙক্নি ।
অরানবা মীগুম মায়থোংহু মকপা
ঐনা ভন্মোই য়েংবা নঙগী
অরানবা মীগুম মায়থোংহু মকপা ।

ইমা অমতগী মচা।
ঐখোয় ভম্মক,
লৈমিন্নরম্বা য়ুম অমতদা,
লুংশিননা চামিন্নতনা, পুথম অমতদা
ঐখোয়বো ?
য়াম্না লাপ্না লাক্লবা, য়ুমহৃদগী ?
মশেন-মরাং তাম্না লৈহৌরবা
য়ুমদো, ঐখোয়গী য়ুমদো
মশেন-মরাং তাম্না।
অমতা ওসি খওনদ্রবা ঐখোয়!
কৌনদ্রস্থ কৈস্থ হায়নদ্রবা
ঐখোয় ইশেন কৌনদ্রবা, খওনদ্রবা।

*  *  *

করি হায়বা ?
চৎলসি, ঐখোয়নীবো ?
কদায়দা ?
হিমালয় চীং তম্না এভরেষ্ট মতোন্দা ?
অন্থগা তাউথরকপা, পন্দনা ?
উনগী হি তোংহনা, গঙ্গাগী ঈচেন্দা ?
ঐখোয় অনীতা ?
তিল্লুনবা মপান নাইদ পাক্লবা সমুদ্রদা ?
তিল্লুনবা, মপান নাইদ পাক্লবা সমুদ্রদা ?
চময়রে নওস্থ, চময়রবা শক্রোল্লকসিদা
নওগী রাখল মাওগ্রে ; নওগী রাখল চোইরে
তাইবংসিদা—হাবী-জাবীনা থল্লবা
ককওাওনরে নহাক।

য়েংউ
মশাইংথীবা ওমদোরে, ঐগী কোকী শমদে
পোক ভাক্তা ভায়রে নওগীস্থু, মুরম্বদো
ফুরিংথাউসু য়েংউ ঐগী, ইহো হোরে ওম্মক
কনানা পুবিনি মকমক্তদা লেম্না ঐখোয়বু ?
করম্না কারুনি ওম্না ম্বাংলবা চীংদোম্বু ?
পুবিনি কনানা ; কারুনি করম্না ?
থল্লু, মুম্না থল্লু।

তো, তো হায়না হায়না নহাক
রা তারগা পাখৎলে, ঐগী
ভাইহাক্তা পোখাদ্রে মীৎলু অনীদো
লান্মীগী ওম্ম য়েক্রবনা কোয়শিল্লবা ;
তাক্লি স্বরহ্নস্থু, নওগী
মনিলওম ফোঙ ফোঙ শারবা চফুগী
হোল্লিদো হুমাং-লক্তা নাতোনওমাংগী
খুইরবা চীনবান ময়াদা, নওগী।

* * *

কৌরুরম্ন, লাকদবস্থু লৈত্রবা মহাক্তো
তাবদা শীংজা যৈরে নাকোংশিংসে ঐগী
নওনা তোয়না কৌবসিদা, মহাকপু
লৈবু লৈরম্নবদি—য়ারবদি অমুক্তসু খুম্মকপা
নত্রগা রাধিকানা মহাকপু খম্বনম্রবরা
নত্রগা কাক্তা মহারাজগা ইনাম্বম্রবরা
থাদোক্তুনা সংসার অসে মপোক্লিগী।
ওহরবস্থু অমা, অমবু ওইরবস্থু, লাক্লরোই

কৌক্কয়ন্নু, মঙোন্দ মতেং ফংলরোই
লৈতবা মাবু কৌনা কৌনা
পুন্সীদো হৌগ্রনি অরেম্বদা
লৈতবা মাবু কৌনা কৌনা।

*　　*　　*

চৎনীংলে ঐদি, থুনা মফমসিদগী
লাক-ও, খোঙ-শাল্লসি হৌজিকমক
নঙস্থ সিদা লৈরিঙৈ; ঐস্থ সিদা লৈবিঙৈ
খোঙশাল্লসি ঐখোযনী সিদগী
কদোমদনো অমদা হেক্কা
কদাযদনো হেক্কা।
যেংঙিদো কৈদনো অমুক চিংনা-চিংনা
চঙথ্রবদি চমম্নরবা মীযাম্নবসিদা
খনগ্রনি উফুল-রাইফুল, মৈথুশিংসিনা
অমস্থং ঐখোয়নী অমুক উনররোই
পুংজা খরতংগী মীকুপশিংসিদা
ঐখোযনী অমুক উনরবোই।

যেংউ সোমদা, লোইবী চীংমাযদা
খুদোনবী মপাদা ঐগী—
তগৎ তগৎ তেকপা কুমিংকী মশেক্কা
কাপথরক্লিবা ফুরাউনরবা লৈচিল্লকগী
তশেং তশেংনা উহল্লিবা চীংমায়গী নীংথিবা
উদরা? য়েংউ ঐগী খুদোনবী মপাদা।
চৎলসি ঐখোয়নী, মফম অসি তান্না

থাওথী চুবা মৈথু ; ইঞ্জিনগী য়াক্লবা খোঞ্জেল
অমদি কংনা নোকপা, শুগৎনা খাঙবা মীওই
লৈরম্লোই মফমসিদদি, উরোই অমতা
প্রকৃতিগী ঈংলবা মায়থোং ; চেক্লাগী শৈশক নত্তনা
পোথাকসি, লেল্লুসি, তৃম্লুসি মফমসিদা
ঐখোয়নীতা চিক্লা, মুংশা যাইত্তুনা
ঐখোয়নীতা চিক্লা—
লেল্লুসি মুঙাইনা।

রাজকুমার মধুবীর সিংহ

# থাংজম ইবোপিশক সিংহ

( পোকপা-১৯৪৮ ইং )

তোম্বী দেবী অমসুং কহ্নাই সিংহ অনীনা পলেম-পম্বৌনি। রাংখৈ থাংজম লৈকাইনা পোকফম-শাৎফম্নি। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী মখাদা ধনমঞ্জুরী কোলেজগী ১৯৭৪ ইংগী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। হৌজিক ঘনপ্রিয়া ৱূইমেন্স কোলেজদা মণিপুরী সাহিত্য তম্বীরি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যবু খোয়দাজরকই, কাব্য ইবা-পাবা পামজরকই। সাহিত্যগী অমসুং সমাজগী সংস্থান কয়াগসু মরী লৈনৈ। কোলেজ তম্লিঙৈদগী হৌনা শৈরেং কয়া ইদুনা মতম-মতমগী ওইনা পুথোকপা সাহিত্যগী চেফোংশিংদা ফোংদোকই। ১৯৭৪ ইংদা 'শীংনবা' কৌবা অনৌবা মতমগী শৈরেংগী লীশাং শীৎনা চপ্থবা লাইরিক অমা অতোপ্পা নহা ওইরিবা কবি অনীগা তিন্নদুনা ফোংই। হৌজিক্কী নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালগী থৌশিল পুবা মেম্বর অমা ওইরি। সংস্থান অসিগী 'রাখল' চেফোংগী সহ-সম্পাদকসু ওইরি। ফোংলবা লাইরিক ঃ- শৈরেং—অপাইবা থরায় (১৯৬৯)।

মতমগী মণিপুরী শৈরেংগী য়াওলদা মতমগী কায়থরক্লবা পুন্সীগী মায়োক্তা লালহৌরিবা য়াম্না শাউরবা নহা ওইরিবা কবিনি। মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সীগী লোৎশিন্দুনা থম্লবা অথীবা শক্তমশিংবু অথীবা-থীদবা রাহে খায়দনা ঈচং থৌনা মকা লাম্না ফোংদোকই। ধর্ম্ম, সমাজ, রাজনীতি, অর্থনীতি, পুম্নমক্কী মফমদা পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া হংই। পেন্দবনা থল্লবা হান্নগী পুন্সী-মরেলবু মপুং ফানা থুগায়রগা অনৌবা পুন্সীগী অনৌবা অর্থ, অনৌবা মমল অমা পীননবা হোৎনৈ। রাফোংদোক্কী মায়কৈদসু অনৌবা টেক্নিক, সিম্বোল; ইমেজরিনচিংবা পুশিল্লক্তুনা চাংয়েং কয়া তৌই, অয়াম্বা শকক্তা রাখলগী শকপাম্নবা মূর্ত্তি শাগৎপদা নীংথিজনা মহৈ যাল্লি।

৩৮

# ফুট পাথ

( ইবা ২৫ ১০-১৯৬৭, কোক্তবা ১৯৬৯ ইং )

হন্দক্কা শেম্বা ফুট পাথ অমা
বোকুল পাম্বী শরী অমগী
চহীগী দাগফম চারবা
চেংখাযরবা খোঙ অহু ননশিনবীরমই
থম্মোই পান্দবা
চাওখৎপা পাম্বা নুংশূবশিংনা ।
ঙাঙলৈনরবা হুমিদাংব্রাইদা
অতিয়াগী চীনবাম্বা
খোয়রুম মীনোক নোক্লক্লবদা
বোকুল পাম্বী শরীগী
বোকুল লৈবাং
চোহজায়ননা কেল্লমই
ফুট-পাথতুগী মথক্তা ।
হ ভনিং ব্রাকিং লাকপা
ঈরাং থাংবা শাবী শানৌশিংনা
মহুগী মথক্তা নেৎ নেত্তুনা চংখি
নান থাবা শউন খোঙজুপ্পা
হুংশি হৈতনা
নুং হৈবা ফুট-পাথ
মাগী থবাক্তা পৎলিবা

মহী তাম্নবা বোকুল লৈরাংশিংদা।

মুনা য়েংশিল্লি
অন্থগা হকাম ফুইনা চল্লকই
হৈনীংদবা মুংশা স্বরূদা।

থাংজম ইবোপিশক সিংহ।

৩৯

## ঙারী-ফুমায়

( ইবা-১০-১১-১৯৬৭, ফোঙবা-১৯৬৯ ইং )

মণিগী মমা লুখ্রাবীনা
ঙসাই লৈকাইদা ফৌগু লঙউবদা
ফংজরকপদগী লেমহৌবা পৈশা তরা
মচা মণি কৈথেল চৎলু থাখি।

কৈথেল মণ লগাউ শাম্নবা কাঙবুদা
পুলিস পার্টিনা তাম্নবদা
ঈ: নোংলৈ কৈদগীনো ফ্রং হৌরকই —
মণি তুরমই উপ্রাংশীৎনা
ঙারী ফুমায় উফুল্লক্লা তারমই।

মণিমাহু বোরধান চাক
মনিল রা-কানা থিদোক্তুনা
মচা মণি ঙাইরকই।

কণ্ডুনা লাকই অঙাং
মথউ ইথে খেগায়না।
ঙারীদি ঈকুলদা অমোরে
কিনা তমজে মমাদা
কপ্পায়দা ? কোক থূক্লকপদি কৈদৌই বুহু !
চামথোকঅগা চাস্থ ঙায়দনা
ঙাঙবিরমই তথি তথি।

ঙহাক লৈরগা
রামবাবুগী হৌদোং মায়পাকপস্থ
কৈথেলগী গলী তস্লকই।
উকুল্লকতা ঙারী-কুমায়
মনম শুংতং নম্নুরগা
থৌশাদনা চংলি পোল্লি-পোল্লি—
মহাজনগী চাকশঙদা মাখোন বেরাগী মপৈ মপৈ

থাংজম ইবোপিশক সিংহ

৪০

## লমশি

( ইব-২১-১-১৯৬৮, কোঙবা-১৯৬৯ ইং )

হিংঙুগে লাকপনি
শি-নবা থুংলরে
হৌজিক্তি পাম্লক্রে শিদ শিবা
থম্নুং শরাগী খোঙচৎ।

পুন্সী হায়বসি অরেম্বনি
ওইদবনা শৌগংখিবা শম্বীয়েল মপৈনি।

ঐদি কনাদুম্ব য়েক্নবা
কনামত্তদ্ সুর্নশিদ্রে
মীদি মীসু নত্ত্রবদা!
মতৈ মনাউ মপা-মচা
মঙ্গপ-মপাঙ
ফজনবা থোনজিনবা মিংনি লৈতেংগী
নত্ত্রবদবু কন্নিগী
অশেম্বা মীৎয়েং য়েংনগনি
মথোয় মশেল মত্তদা।
মরক্সিদা ঐসু চণ্ডলুরেকো
ওঃ ঐগী হায়বা থরায়
নওসু ভুৎ চুপ্রেকো!
হা ঈশ্বর
নওবু লৈদ লৈত্রা?
হয়েংমুক মপোক লৈরবদি
নূং ওইনা পোকচগেকো ঐহাক
লমশি ওইনা তিংগদৌ শরক
ওসিদি ইথোক্রবনি
থম্মোইগী পুঙমদ্রবা রারোলসে
শিদ শিবা পায়বনি ঐ।

থাংজম ইবোপিশক সিংহ।

৪১

# ঐগী থবায়গী ঈশৈ

( ইবা-২১-১০-১৯৬৮, কোশবা ১৯৬৯ ইং )

১

ঐহাক অনাবনি
ঐগী কংলবা পাম্বোম
শূপচিল্লবা থবাক অমদি কুৎলবা মীৎ ,
শোল্লবা মিহুন অমতং পুবহুনা থম্মোইদা
মালেমগী লম্বেলসিদা রানা খোঙশাল্লি
ঐগী রাবী
পুনীং পুনীংদা পুরহুনা ।

কোকথক্তা পুবিবা আকাশ
শাবনা চাকথেল্লবা কোবৌগী মৈশা
থক্লুংদা ঘুম্লি
মৈগী চীং অমা পুরি
পোকথাযনীং পোকথাযনী রানা খাওলি ।

ঐহাক অনাবনি
ঐগী পুন্সীগী তেংথা-নাওই ঈশৈদি
ঙংহৌরবনি লংলা লংলাদা
ঐগী মোৎলবা মল্লবা কাঙথলগী
শেগায়রবা কান্থগী
ঙংহৌরবনি লংলা লংলাদা ।

২

নোংমা
থেঙলবা ঈচিক হুল্লবা অহিং অমদা
ঐগী মল্লবা কাখুসিদা
ঙাল্লমইনে মীকুপ অদো
মশিবা পোদোনগী মৈরা অমতং।
মীকুপ্তুদা য়ৌরুই।
কাখৎচরে হু-তলাগী সিড়ি
রানা পথ-পুমথরবা হৃকচাংসে
শোরো শোরো চিংনা।
হাংদোকচরে নিঙোল কাগী থোঙ।
করিনো।
তাইবঙপানগী করম্বা শক্তমো?
মঙলা তাইবঙলা? করম্বা মায়াগী মশক্নো?
ত্যুব লাইটকী মৈঙালদা
অশংবা কাঙখলগী মরুমদা
তুমথুন তাল্লমইনে
শয়াংনা মায়থোঙ তংখায় কুপশিন্না।
ঐনা হৌদোক্লুই—
তারিত্রা প্রতিমা?
নিঙোলগী নকাদা পাখং ঐহাক লাক্লিয়ে।
হু হৌদোক্লুরমু ঐগী থম্মোয়
শোরারেলগী লৈবাক্তা
থরাম্না ঙানবা লৈকোন্দা
মুংশি মাদি মঙলান্দা কোকিল পাইহিরিনি
হৌদোক্লুরমু ঐগী থম্মোয়।

থাজনা ঈংনা থোক্লমই
নোংচুপকী অতিয়াদা
কোংবা তুরেল তোর্বান্দা।
য়াঙ্গংবী তুরেলগী ঈপোমদা
মমিনা নীক নীক তারমই।

৩

নোংমনা
সন্ধ্যাদা অমম অঙাল শিন্নবদা
ঐগী থরায়গী চেক্লাদো থাজদনা পাইরকখি
ঐগী মোৎলবা কাখুসিদা।
ঐনা নহাক্তমখৈ খন্নুই
হে ঐগী কঙ্গলবা লাইবক!
পৃথিবীসিদা নহাক্কি নাইতোম তম্বা মীবাম্নি।
হৌজিক্কি ঐগী কনিস্থ য়াম্মে!
থরাযগী মবেম্মা লেঙলক্কে।
অত্তবু মীক্পুম্না
নীংলম্বগা ওন্ননা তমথীনবা য়াম্না ফোঙলকই—
নঙ ঐবু খঙদ্রিব্রা? ঐদি লাইরেম্বীনি!
নঙনা ঐবু কংনীংলবদি
নশা পাম্নুনা পাইরকউ
কৌব্রু চীংদোলদা সনাগী তাঙবলদা অম্বোইরমগে।
নঙদি অনাবা পুম্নবা পুম্নীনি
নঙগী ঐগী মরীবু
ওইথোকপা হৌনব্রা? ওইথোকপা হৌনব্রা?

নহানমখুথ লোংজকপাদি তাইবঙগী লীলা
লৈজবা বুদ্ধিগী মীৎফম্না।
শাগাংলকই অঙ্গা শুভাই কয়া
অচুম চুমদগী লান্দা
পুন্দা কয়াগী মূর্ত্তি কয়া
অচুম চুমদবগী য়ুক্ষমদা।
অত্তবু মীকপ্ থোক্লকপদা ফংই পূমহাও হাওনা
ওহোঃ অসিদি অঙৌবা পর্দাদা
মচুগী লীলা শাঃরম্বনিনা !

তাইবঙপান্দি করিস্থ লৈত্রে।
খাদগী রান্দা চিংথেক্লকই
মালেম কাওক্রম অচৌবা।
নোংপোক্কগী নোংচুপ্পা চিংথেক্লকই
মালেম কাওক্রম অচৌবা।
চীং পাং উ রা।
লোইনা শেং শেং চিংথায়রে
তাইবঙপান্দি করিস্থ লৈত্রে।

৪

হৌজিক
হৌজিক্কা ঐগী অয়োয়বা মীকুপ্পি।
কংলবা লাইবক্তা পুরকপা মুং অমগী চেংজেন
লোইখ্রে। থরাম্নগী ঈশৈ
শৈরোই তাম্লক্লে।
কনানো ইমা! ঐগী ইমা নত্রা ?

হিমালয়গী লৈবাক্তগা উনগী খুৎ মত্তা
পুবিরকউবা
অহুগা মৈরিথোক্লবা লাইবক্সে অমুক্তা নাম্থবিয়্
অমুক্তা নাম্থবিয়্ ।

মোংফমগী মৈথুগী মম্ল-মম্লবা
চীংমুক চাউরবা মপূক্কগী
লঙজা মকুগী দোলাই তোংলহনা
অশি লাইরেম্বীনা
ঐবু ওকপা লাক্লেসে ।
পথ পুমথরবা
শম্না মত্তা হৌদবা শব্দ পোলাংগী কোক্তা
ফি শেত্তবা কোক্লবা হকচাংগী নূজা অমা
অশি লাইরেম্বীসে ঐগা কয়াদা মান্নরবা !

হায়রকই—লাকও চান্নবা
ননাইনুবীগী শাদোঙসিদা কাখৎলকও ।
ঐগাক ঙকপনা ইশাসি থিফম খঙদ্রে
কিবনা নীকই পাখৎপনা শিদৌই !
লাউই অমুক্তং লৈজবা খোঞ্জেলদা
কনানো ? নঙবু ঐগী কনানো ?
ঐদি মীরান্নি । নাইতোম চৎপা খোঙমীনি ।
নঙবু ঐগী কনানো ?
নত্তে নত্তে ; নঙদি ঐগী ইবুংঙোনিং ।
নঙনা ঐগী নিংথৌরেলনি ঐনা লৈমরেলনি
খয়ুং শরা লৈবাক্তা সনাগী তাঙবলথক্তা

নওনা য়েত্তা
ঐনা ওয়দা ঙাম্ঘোইগদবনি।
অসি হায়না ঐগী মবেম্মনা কংলবা চীনবান্দা
মোমোন নোক্তুনা
শরুক্কী পাম্বোম অনীনা
ঐবু মুংশিনা কোনথংপি।

লম্মাইদবা মালংদা ইবানী
অশিথেন্দা পাইরমই।
অসিরা পুন্সী হায়বহু
অসিরা পুন্সী হায়বহু
ঐনা তোয়না হংলমই
ঐগী লোয়নবীগী নাপ্পদা।

থাংজম ইবোপিশক সিংহ।

# য়ুম্লেম্বম ইবোমচা সিংহ

( পোকপা-১৯৪৯ ইং )

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদা পোকই হিজম নিঙোল গম্ভিনী দেবীনা পলেম্নি স্কুল ওঝা কুলচন্দ্র সিংহনা পম্বোনি। কৈশামপাৎ এল, পি, স্কুল, সেগারোড এম, ই, স্কুল, রামলালপাল হাইস্কুল অমসুং ধনমঞ্জুরী কোলেজগী ছাত্র ওইখি। ১৯৭০ ইংদা গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী বী, এস, সি পাস তৌখি। বিজ্ঞানগী ছাত্র ওইরবসু সাহিত্যদা পুক্নীং লুপচৈ। শৈরেং অমসুং ৱারীমচা ইবা থোইদোক্না খোয়দাজে। মতম-মতমগী ওইনা সাহিত্যগী চেফোংশিংদা ৱারী মচা অমসুং শৈরেংশিং ফোংই। ৱারীরচাগী থা অনী-অনীগী চেফোং 'মৈরীক' (১৯৫৫) পুথোকপদা অকনবা থৌদাং য়াখি। সাহিত্য—সংস্কৃতিনচিংবগী থা থাগী চেফোং 'মলয়া' (১৯৬৯-৭০) গী মেনেজিং ইডিটর ওইখি। মতমগী শৈরেংগী লাইরিক 'শীংনবা' (১৯৭৪) দা য়াওবা কবি নহা অহুমগী মনুংদা অমনি। হৌজিক্সু লমশাংদা লৈছুনামফম অসিগী হাইস্কুলগী ওঝা ওইরি। ফোংলবা লাইরিক :- শৈরেং—শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে (১৯৭৩)। লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ১৯৭৪ ইংগী সাহিত্যগী মনা পীখি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াওলদা মতমগী শৈরেংগী নীংথিৱা চাংয়েং কয়া তৌরিবা নহা ওইরিবা কবি অমনি। মরিল হোরবা পুন্সী-মরেল অমদা হিংলিবা হৌঙ্কী মীওইশিংনা নংলিবা অমসুং নংবা য়ারিবা তমথীরবা অরাবশিংবু নাইতোম তারবা মুংদা ফাওরকপা মীকুপ্পা নীংতম্নবা মখল-মথেলগী ইমেজরিশিংনা শক্তম লাকই। পুন্সীগী তমথীরবা অরাবশিং অসিগী মফমদা জ্ঞান মাঙলমদাইগী অকিবগা ঈরোয়নবা অরা-কোক্লীংবগী লাঙতক্নবা ৱাখল অমা ফোংদোকই। ৱাখল অসিনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা সুর-রিএলিজম, রোমান্টিসিজমচিংবগী অপুনবা ঈনিল অমা ফংহল্লি।

## ৪২

# লোনশিনথুবা থোঙ

(শবা-১৯৭০ ৭১, কোজবা ১৯৭৩ ইং)

সনাগী মশা পানবা লাইগী মচাশিংনা
পাইরকখি মঙালগী অতিয়াদা
পুরহনা কু অমা
নোংমদোন শম্না শাংলবা ;
থরান্নিচাক লৈরাংগী চবুন চবুন
থিকথরম্মী কু অহুগী মথক্তা।

পাইরম্মা লাইগী মচাশিংহনা
সনাগী পিক্লবা মশাশিংহু থপ্লহনা
শকখি ঈশৈ কপ্পা কপ্পা
"হো শন্দ্রেম্বী
থোরক্লো থোরক্লো
নহুম পোঞ্জেন শাবিগে
লাই থুবাক থুবিগে
হো শন্দ্রেম্বী
থোরক্লো থোরক্লো"

হৌজংলকখি কু মঙুংদগী ভগবান বুদ্ধ
মমীত্তা ঈ কারহনা য়েংলকখি ঐঙোন্দা
ও! কয়াদা কিজগ্রবা
কৈ মকোক! কৈ মকোক!

কৈ মকোক পাল্লবা গৌতম বুদ্ধনা
অফিবা ফংনা ওংলম্বনা
শেগায় শেগায়ম্বনা চারকই লাইগী মচাশিংদু
...
মশা পাল্লবা কৈজাউ অদু
পাইরকখি ঐঙোন তম্না
ঐনা অকিবা ফংনা লাউরম্বনা
চেনশিনজখি গুরুং অদুদা
ও! লিল! লিল।
লিল শঙ্গ_ শঙ্গ পাটশিল্লরুম্মী ঐঙোন তম্ন
উপায় লৈতনা
ঐনা পঙচেন্দা চেল্লি
খ্বাইরমবন্দগী চিল্লবা মীরক্তা
থরুৎলবা থবাকসি কোম্বুনা চেল্লিগৈ
য়াঙনা থৌজিল্লকই তেঙ্ক অদু
মুম অমদা চেনশিল্লুনা
ঐনা লাউজৈ, থোঙদা দঙ দঙ থীল্লম্বনা
হো থোঙ অমুক্তা হাংজো
থোঙ অমুক্তা হাংজো
নাকোংদা থোঙ্জেল খরা তায়
ঐনা শঙ্গৈ
মঙ্গুংদা কনানো থরদি লৈ
থোঙ অসি শোয়দনা হাংদোরকনি
অদুনা হন্না হন্না লাউজরম্মী
থোঙ অমুক্তা হাংজো
থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ো

কিজবনা ঐগী খোঙ্গেল তনিক তনিকই
অহুবু কনানসু তাবিখিদ্রে
থোঙ অহু অহুম হাংদোরকখিদে

কা মন্নুংগী নিনবদি
অসুম হেনগৎলকই অসুম হেনগৎলকই
ঐগী থম্মোই অসি
মতং মতং তংখিবা শোয়দ্রে
শোয়দ্রে ! শোয়দ্রে ! কা অসি পোকখায়বা

হো থোঙ অমুক্কা হাংঙো
থোঙ অমুক্কা হাংদোকও ...........॥

যুম্নেম্নম ইবোমচা সিংহ ।

৪৩

## জগোই জগোই

( ইবা-৩০-১০-১৯৭২, থোডবা-১৯৭৩ ইং

কয়িবু কাম্নয়িবগে
হৌজিকপু অমুক কপ্লু বগী
করিবু কাম্নখিগদগে
নোকুবা হোৎনবগীসু
করি খৈরৈ
কপ্পা অহুগা কপ্তবা

নত্ত্রগা নোকপা
মসিদা করি যাওরিবগে

ঙসিদি
ওইরে পৃথিবীসে
পিক্রবা বিন্দু অমথক
চোকথববা খোঙচংসিদা
মুমিৎ থা থরাম্নিচাকশিংগী
চগী কল্লা যুগ করাগী
হোংবা নাইদ্রবা জগোইগী পুংলোন্সিদা
করম্বা অনৌবা থুম্বেকী নত্ত্রগা খোঙথাংগী জগোইনো
ঐখোয়না ঙসি শাগদবা
ঙসিদি ঐখোয় গোপীনি
মম্লবা থাশি অহিংগী—
লৈতে কৃষ্ণ য়াওদে রাধারাণী
লাকখিগদ্রা কৃষ্ণদো অমুক
য়োৎশিনথ্রবদা, বকাসুরনা
মাযথীথ্রবনি কংসগী মথক্তা

খঙদে
কবম্বা কৃষ্ণগী আশাদনো,
ঐখোয়না ঙাইরিবা,
তম্লবা জগোইসি শার শারম্না

ঙসিদি লৈত্রে কৃষ্ণ
লৈত্রে রাধারাণী

অহুগা
থাংলি খোঙথাংসিদি
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা

পম্থ্রুংফম
পম্থ্রুংফমগী রাদি হংলগনু
কদায়দনো।—মালেম অঁতিযাগী লংদাইফম
ঐখোয়গী খোঙচৎসিদা রাল-ক্রোকী মমায়দা
রাল-ক্রোকী মমায়দা
খুং অমনা লৈ লৈন্থনা উংলি
অহুদি করম্না হায়গনি অরোইবা র। অম।
মীৎ উইশিনবা অহিংগুম মমশিনথ্রবদা
কদোমদা য়েংলুগনি
পম্থ্রুংফম
অহুবু
ঐখোয়দি গোপীনি অনৌবা ইকি হোংলবা
জগোই শারিবা তান চাবা-চাদবা
খুজিল্লবা পুংলোন্সিদা
(পুংলোন্দি হোংদে)
কৃষ্ণ লৈতে
রাধা য়াওদে
লাংতক্লদ্রে ঐখোয় কৃষ্ণগীদমক
থাংলি
থাংখিবা খোঙথাংহুদি তুরোই ডায়োইননা
থেক্লি
থেকখিবা খুখেক্কু তন্দে মান্দেননা

লৈত্রে ঐখোয়গী কৃষ্ণ
লৈত্রে ঐখোয়গী রাধা
খঙদে করিগী শ,রিবনো ঐখোয়না জগোই অসি
কবিবু কান্নবিবা মসিনা
রাহং কযা
পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া
রাকৎ কয়া
তাবীনবা লৈত্রবা রাকৎ কয়া
অসিগুম্বা রাহং কয়া রাকৎ কয়ানা
ওইরে ঐখোয়গী পুন্সী
খঙদে কনাদবু রাকৎফম থোকপনো

রাহং রাহং
অত্থগা কদায় পাউখুমদি
পাউখুমগীদমক
চোংথদত্রা ঐখোয়না যমুনাদা

চোংথদে ঐখোয় যমুনাদা
শাবি
করিগীনো খঙদনা জগোই
হোংবা নাইদ্রবা থায়নগী পুংলোন্সিদা
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসি ।।

যুম্নেশ্বর ইবোমচা সিংহ।

৪৪

# মখোয়গী ঘুম

( ইবা-২৮-১২-১৯৭২, কোন্ডবা ১৯৭৩ ইং )

ইনক নক্লবা
খুন্নিগী রাংমদা
লৈরে সোরারেনগী মখোঙ
নোংখোঙ পরেং
অসুম্না থনজল্লনা
লৈশাবী পাখংশিংহুনা
লাম্হোক্লম্মী শুন রাংম।
অহবু
কদায় নোংখোঙ পরেংদি
লৈজ্রে অমুক
লাঙ্গোন চীংগী রাংমদা।
খোঙকাপ অমদগী খোঙকাপ অন।
লৈতঙ্গায় কয়া তিংখং কয়া
মুমিৎ য়ুংবগী মুংশা মায়ওন্নরহুনা
লাম্হোরকই
লাঙ্গোন চীং
কদায় নোংখোঙ পরেংদি
নোংমাইজীংগী রাংমদা
অহুদগীদি
অসুম চৎপা অসুম চৎপা
নোংখোঙ পরেং য়ৌরগা

হৌজিক্তি
হকচাংগী কায়াৎ পুম্বা চোকথরে
লৈত্রে পাঙ্গল
অমুক হন্না চৎনবগী।

অদুদি হায়রগদ্রা
বিদাই
বিদাই নোংখোঙ পরেং
সিগী মথংদদি করি
নোংমাইজীং লান্থোক্লগা
শোয়দনা ফংলগদরা—নোংখোঙ পরেং

লাকখিবনি
পুন্সীনা মমল ওইরহুনা
অদুবু
করিনো তৌগদবা
তাল্লুবগী কান্নবা লৈখিগদ্রা

লান্থোরক্লে নোংমাইজীং
কদায় নোংখোঙ পরেংদি
লৈথ্রে অমুক
মাঙদা শন্দোকখিবা
লম্পাক্লিগী ওমথৈদা
ওমথৈগা লেংগোম্নরহুনা

হৌজিক্তি
থাদোকপা তারে নীংজবা পুম্বা
ঙুংথিলগী ময়ায়চবুক্তগী

লুমিংসু লাপ্পা চংখরে
করিবু কান্নখিগনি
তান্নরুবগী নোংখোঙ পরেং
মমশিনগ্রবদা মাঙ তুং অকোয়বা
উখিদ্রে নোংখোঙ পরেংসু
লৈরয়োই কনাগীসু খুংলুনবা য়ুম

থোঙ লোনশিনগ্রে
দলান পুম্নমক সহরগী
মুখংগ্রে স্ত্রিত লাইত
অদুগা
দলানগী মতোনশিংদি
হেন্না হেন্না রাংখৎলক্লি
হেন্না হেন্না মমশিলহল্লদুনা
সহরগী ময়ায়চবূকপু
হৌজিক্কি
উখিদ্রে লম্বী অমতসু
অশিবশুম মমশিনগ্রদুনা

মৈঙালগী মরিক অমতসু থোরক্কে দলানশিংদুগী
মঙাল ফংদ্রবা
সহরগী ময়ায়চবূক্লিদা
লেপ্লি
নৈশাবী কয়া পাখং কয়া
কদায়দা চঙ্গদগে খঙদ্রদুনা

অদুগা মথোয়গী য়ুমদি
নোংখোঙ পরেংগী রাংমদা ।।

য়ুম্নেম্বম ইবোমচা সিংহ

# নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র সিংহ

( পোকপা-১৯৪৯ ইং )

খা গমপল্লী পনখাদা পোকই। অপোকপী অমসুং অপোকপগী মিং মথংশীংনা চাওবা ময়ুম নিঙোল তোম্বী দেবী অমসুং নোংথোম্বম তম্বামনি সিংহ কৌই। লৈরোম্বগী থবক্তা শিনবগম ওইবা ঈমুংদা পোক্লবসু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্য পামজরকই। চিত্রকলা অমসুং নাট্যকলাদসু থরাখ যাম্না য়াওজবা, রঙ্গমঞ্চদা অভিনয়নচিংবসু নীংথিজনা উৎপা ওস্বা নহা ওইরিবা কলাকার অমনি। শৈরেং, ব্রারীমচানচিংবা ইঙ্গুনা সাহিত্যগা মরী লৈনবা মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙশিংদা জ্যোতিরিন্দ্র লুরাং হায়বা মিং লৌজুনা মরক-মরক্তা ফোঙদোকই। কৈশামথোং গোভর্ণমেন্ট এল, পি অমসুং এম, ই স্কুল, রামলালপাল হাইস্কুল অমদি ইম্ফাল কোলেজদা মথংশীংনা ছাত্র ওইখি। গৌহাটী ইউনিভর্সিটিগী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। ফোঙলবা লাইরিক ঃ- শৈরেং—অমম্বগী মমি (১৯৭৪)।

হিংবগী তশেংবা অর্থ চেন্দ্রবা ওসিগী মীওইবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী য়থার্থশিংবু মতমগী শৈরেংগী খুৎইদা ময়েক লানা উৎনবা হোংনরিবা নহা ওইরিবা কবি অমনি। হিংবগী লালফমদা থম্মোইগী মাঙশিল্লক্লবা মমলগীদমক পেন্দবগী চৈথেংনা : পুন্সীগী মফমদা নীংবা কায়বগী মীৎয়েংনা মহাক্কী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা স্বরনি। অয়াম্বা শৈরেংশিংদা হিংবগী চৈনা মরক্তা পুন্সীগী অচুম্বা মমল, মশাগী অশেংবা মফম থিননবা হোৎনৈ। করিগুম্বা শৈরেংশিংদা 'মুংশিবা' 'ফজবা' ঈরাংপা রোমান্টিসিজমগী মমিসু ময়েক শেংনা তাই। শৈরেংশিংদা শাগোম্লরিবা পুক্নীং-ঈহুলগী অকনবা মপাঙ্গলনা ইচম-চম্বা ঈচেল নাইবা লোলগী শক্তম অমদা বিষয়গা চুনবা অনৌবা ইমেজরি, সিম্বোল অমসুং সিমিলিনচিংবা পুশিল্লজুনা রাখল-মুর্থি শকপাম্লহল্লি।

৬৫

# কীন্থরবা শক্ল পোন্নাং

( ইবা-২৫-৭-১৯৭১, কোন্তবা মার্চ, ১৯৭২ ইং )

অশীং অরান থাগী লমহাঙগী মল্লবা য়ুমদা
য়ুমথক্কী ইনা ময়াম জংগোই শারে
লৈথাঙ চারবা য়ুম্বী কোকপী ঙাওরে।

শাইজৌনগী মত্তম হুমদোকখ্রবা
শেন্দ্রাং মতৈ-মনাউ চীল্লোক্লে,
ফুইনা শিংপা মুংশিংকী অতনবা মীকুপ্তা
কীন্থনীংলবা হুমদাং মথক্তা, মীকুপ অমতং
হিংবগী মমল ত ক্লি ;
লৈমায়দা
শেন্দ্রাং মচাগী পুন্নান নানবা হকচাং থীবোঙ থোক্লে
অনৌবা ঈগী অশাবা ঈহিং নম্লি অকোয়বদা,
চোইরবা হকচাংদা ককচেং শঙ্গু অমা ভক্লা ফুরি
হিংবগী মচাক থিরি—।

চাগনি থক্কনি কাউরহ্না
মেরী অঙাওবী ঈশৈ শক্লি, কীন্থরবা ফক্লাং নাকন্দা।
য়ুমথক্কী লৈতাদ্রবা ইনা ময়াম, চোইনা চোইনা চাইথরি।
ঙাওরবা ফাইরেনগী মুংশিংনা
ফক্লাং অহোবদগী ঙংলহ্না পাইশিল্লক্লি
শেগায়রবা মেরীগী ফীজি ফিনাদা

ঙাপ্প-থেংখু ঈশৈ ঙংলুরি
কাম্লবা ঙুংশিৎসিনা, মল্লবা য়ুমসিদা— ।
অদুগৈ
য়ুম অসিদা লৈরম্বনি
খোঞ্জেল ফবা খরা, চাক তাওবা চহীচুদা ।
চেঙ মঙ্গ অমা পক্কবা
কোকফাই কারবা চেঙফু মথক্তা ফমহনা
চাযাম চেনবী অমনা
খোঞ্জেল রা·না রাংনা ঈশৈ হনখিবনি ।
নুমিদাংচু
ঈশৈনা থনগৎলবা পুক্লা
তক্ষা খুদোপ য় ই ওইবা
মঙ্গে থেঙ্গু য়াঙ ওইবা নংশিং নীংশিং
কু-কু খোংহনা তুমথখিবনি
মীকপ থোক্কবা য়াহিপ অমা— ।

নোংঙ্গু ঙুংশা খাঙহনা
কুইনা লেপ্লক্লবা মল্লবা য়ুম
কৈরেং ভুরেং চোলোম তৌরে
ঙাওরবা ফাইরেনগী ঙুংশিত্তা
য়ুমথকী ইনা ময়াম চোইনা চাইথরে
লৈখাও চারবা য়ুম্বী কাকপী ঙাওরে— ।

নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র লুরাং ।

# কা মনুংদা

( ইবা:-৬-৬-১৯৭২ কোঙবা-আগষ্ট, ১৯৭২ হং )

থোঙনাউ লোন্দেনে ঐগী কা ;
মমাঙগী হৈনৌ মপাল মরক্তা
খে ইনীংগী মঙক নোম্না শরুকপা ঈশৈসু তায়,
ঙাইগাক্তবু য়েংজবা শংঙ্গকদে,
তপ্লপ্পা চৎখিবা নিংথৌগী শগোলগী খোঙথাংসু তায়।
চেক চল্লবা ফক্লাং মনুংসিদা
অঙকপা খোঞ্জেলনা হংনরকখি—
কনানো—কনানো—কনানো ?
কিবনা নিক্লহনা ফক্লাংদা নপাশিন্দুনা লেপ্লুই
ঐগী কা অসিদা।

থোনা মথোন মথোন হাপচিঞ্জরহনা হংলুই ;
ইখৌ পোংলপ্পা—
মী তাত্রবা মফমসিদা
কনানো রাহংগী খোঞ্জেল থোকহল্লিবা ?
ঐগী রাহং
ফক্লাং অমদগী অমদা চোংহনা শাল্লখি।

পাউখুমহু অস্নুম্মনি—
খোঞ্জেল !
অঙকপা খোঞ্জেল !

অঙকপা রাহং ?
ঐগী রাহং ?
হুংথিল অহু অয়ুম্মা অহুম হৌখিবনি ।

তফা সাহেব, হো তফা সাহেব !
ঐ কাসিদগী মপাল অমুক্তা থোকচদৈ ,
তাবীরিবরা, হুমিৎ তাদ্রিভেসিদা ।
মপান্দা
কাসিগী মপান্দা, সমুদ্র মপান্দা
করিবু তৌঙ্গবনো ? ।
লৈঙোতগী দোলান নমথাযখিবা
ঈথক বাবকপা মতমহু গৌজিরি ,
মিপাই কদ্রেদা— ,
গুংনাংলুবহু লৈত্রে
যেংবদি য়েংনীংলি
মহৌশাগী লৈঙোইহু অহুম লৈরিব্রা,
নুং ওনপ্রব্রা ?

যোংকী থোঙ রাংমদা
.যমগী দূত অমনা লাউববখি —
'নম্বর ১৮—'
'হুজুর'
দূত অহু অকম্মক চংখি ।

হহে । যোংগী থীবে ওনি
খাউহৌববনিনেসে ।

'হো তাবীরিন্না,
কনা কনা লৈবিবগে ?
ঐ কাসিগী মপাল অমুক্তা থোকচহৌগে ;
তাবীরিবন্না, হুমিং তাব্রিন্তৈসিদা— ।

অস: চ: ঙসাইনা হুমিং তারম্লেনাসিনি
মীথীবোঙ—মীতম্বান্নিদহৈ, শিঙ্জোন্দা অহুন

নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্রজু বাং

# গুরুময়ুম রনজিৎ শর্ম্মা

**( পোকপা-১৯৪৫ ইং )**

সাহিত্যগী প্রবন্ধশিংদা জি, রনজিৎ হায়না শকথঙনৈ। খোংমন মংজিলদা নভেম্বর তাং ১৮ দা পোকই। পাখোংগী মিং অমুম্না শর্ম্মা কৌই ; পলেমগী মিং পিশক দেবী কৌই। মণিপুর কোলেজদগী গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী আর্টস গ্রেজুয়েট অমসুং বিশ্ব-ভারতী, শান্তিনিকেতনগী এম, এ (ফিলোসোফি) নি। বিশ্ব-ভারতী ইউনিভর্সিটী ষ্টুডেণ্টস ইউনিয়নগী প্রেসিডেণ্ট অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী 'সমীক্ষা' চেফোংগী সম্পাদক ওইখি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা ৱারীমচা, শৈরেং, ৱারেংনচিংবা ইহুনা মেগাজিনচিংবদা তোয়না ফোংদোকখি। সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোংশিংদসু কবিতা অমদি দর্শনচিংবগী পেপর কয়া মতম-মতমগী ওইনা ফোংই। হৌজিক মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফালগী চেফোং 'মীৎয়েং' গী সহ-সম্পাদক ওইরি। মণিপুরী কলা কেন্দ্র, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরীসু ওইরি। ফোংলবা লাইরিক :- শৈরেং—কাং-খোং চাইরবা পুন্সী (১৯৭৫)।

প্রেমিকী থম্মোইগী নীংশিং-লনগৈদা তুংলিবা পুক্নীং-ঈহুলশিংনা শানফোংবা রোমান্টিক ওইবা শৈরেংশিংবু অমদি মতমগী কাং-খোং চাইরবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী অওইবীশিংনা থোকহনবা নন-রোমান্টিক ওইবা শৈরেংশিংবু চপ মান্নবা মুংগী অপাম্বগা লোয়নননা শৈরাংবা নহা ওইরিবা কবিনি। মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা সমাজ অমসুং পুন্সীবু মপুংদা বুদ্ধিগী ওইবা থাক অমদা শকথঙই। অহুনা, হৌজিক্কী পুন্সী-মরেলদা মহাক্কী পেন্দবা কয়া লৈরবসু খম থেংনা নীংবা কান্নবমক্তি নত্তে ; তুংগী পুন্সীদা মহাক্কী চেংলবা থাজবা অমা লৈ। ৱাফোংদোক্কী মায়কৈদা অনৌবা চাংয়েং কয়া, অনৌবা ইমেজরি, সিম্বোলনচিংবা কয়া পুশিল্লকই। অয়াম্বা শরক্তা মুংগী শাফু কল্লবা ঈহুলশিংবু অচম্বা ৱাহৈশিংনা মপাঙ্গল লৈনা ফোংদোকই।

## ঙুংশিবগী খোঙচৎ

( ইংলা-১৯৭৪, খোঙবা-গে, ১৯৭৫ ইং )

পূমতোই তোইরে
মচেং মকায় ভারে মতমসে
তেক-তেক য়ৈরিবা খড়ীগী খোঙ্গেল
থারি মশীং মীকুপ খুদিং
মালেমদা খোঙ থারক্লে
অমম্বা অহিংনা অতিয়াদগী
মুমথোঙ খুদিং মৈরি কারে
নোংমদোলস্থ থাজ-থানিলগী মঙালনা
শারাক তম্লে।
থরাম্মিচাকস্থ কেল্লে মচোই—মচোই
ঈশৈগী স্থরস্থ মীনম্লে
কল্লে ঙসিদি এৈগী রাখল
অন্নাবা শৈহেক্তা হীক-হীক
নীংবা কায়বগী ঈথক-ইপৌয়া
থুমহৎলে এৈগী থম্মোই
শরুকবা করম্বা পুক্তাদা
উম্নবগী হরাঙ ঈশৈ ?
কল্লক মীহৌবনা
খৎলগে পেরে-শিজাইগী খুখৎ
থম্মোই শোক্রবা স্থর ছন্দদা

মক্কম-মক্কম খূদিংদা লেপ্তুনা।
পামজবনিনে ঐদি খূখেক কয়া থেকপা
হয়াউ মঙ্খোই কান্নবা
চান্নবগী নাক্তা লুংশি মীনোক তম্বা
থাবলনা কুদোংলবা অহিংসিদা
লাক্তি, অহুবু নঙদি মীকুপসিদগী
ঊদে নঙদি, খঙদে
ঐগী থম্মোইগী অরোনবা লুংশিবগী পিরাং

গুরুময়ুম রনজিৎ শর্ম্মা।

৪৮

## সেমিনার

(ইমা ১৯৭৪, কোজবা সে, ১৯৭৫ ইং)

খঙদবা খরনা ঙাঙ্তি
খঙদবা ময়াম্না তায়
খঙদবা শঙ্গু-শঙ্গু পুল্লি
খঙদবা মশেন য়েংথৈ
খঙদবগা খঙদবগা মান্ন ঙাঙথৈ
খঙদবগী খঙদবা খঙদবমক্তা
অখঙবা কয়াম্থু মরায় লুক্লি!

গুরুমযুম রণজিৎ শর্ম্মা।

# কাঙজম ইবোহল সিংহ

( পোকপা-১৯৪৬ ইং )

আই, এস, কাঙজম হায়রগা খোইনা শকখঙনে। নাউরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাইদা পোকই অপোকপগী মিং নারায়ণ অমসুং অ:পাকপাগী মিং কণ্যাসনা কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্য অমসুং চিত্রকলা পামজরকই। কবিতা, কহানী, উপন্যাস, একাঙ্কী, নাটকচিংবা চাং নাইনা ই। মরক-মরক্তা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা শৈরেং অমসুং রারীমচাশিং ফোঙদোকই। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী এম, এ (হিন্দী) নি। হৌজিক চুড়াচাঁদপুর হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলদা ওঝা ওইরি। মণিপুর নগারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইবমী। হৌজিক্কক সংস্থান অসিগী 'মীৎয়েং' চেফোঙগী সহ-সম্পাদক ওইরি। ফোঙলবা লাইরিকশিং :— কবিতা—নোংমতগী পুন্সী (১৯৭০), লৈরাং লৈচন (১৯৭২); উপন্যাস—চিত্রকার (১৯৭২); একাঙ্কী—বিদায় (১৯৬৭), তাঙ্কক অমগী লীলা (১৯৭৫); নাটক—যুলিক্কী (১৯৬৭), প্রাপ্তি অস্তি (১৯৬৮), খোঙথাং অমতদা (১৯৭১), মোয়াম্বা (১৯৭১), ডাকু কুঁৱর সাগর সিংহ (১৯৭২)।

রস অমসুং সৌন্দর্যগী খোৎ-নৌবা শৈরেংশিংদা নত্তনা যুগকী চৈথেংদা সামাজিক দায়িত্ব লৈবা য়থার্থবাদী শৈরেংশিংসু ইবা সমন্বয়বাদী ওইবা মীৎয়েংগী নহা ওইরিবা কবিনি। পুক্নীং ফিরেপ অসিনা মশাগী অকোয়বদা থেংনরিবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী কায়থরক্লবা শক্তমশিংদা য়াম্না শাউনা পেন্দবা কোঙদোকপগী মতম্তা ঈংনা মোং হাদনা বুদ্ধিগী ওইবা থাক অমদা পেন্দবা ফোঙদোকই; লোক-কল্যাণগী মায়ৎন্দা পুন্সীগী অশেংবা মমল থিবা রাহং কয়া হৎই। রাফোঙদোক্লা, চম্না ঈংনা শাগৎপা শব্দ অমসুং অর্থগী লয় ঈচেল্লবা লোলগী শক্তম অমা চুনবা তরু-তরুবা রাথল-মূর্ত্তিশিংনা পুক্নীং-ঈহুলশিংবু থোইদে কপা শাকু অমা ঈরোয়নহল্লি।

৫৯।

# খনিগী শা

(ইঙ্গ্‌ ১৫-থবম ২৭ অক্টোবর-নভেম্বর, ১৯৭১ ইং)

খাঁনিগী শাদো
মগুক্তা থৌরী খুন্থনা পুশিল্লক্লিবা
লাইগী মমাঙ্গদা ;
মনাক্তুদনা
থাঙ পাম্বনা নুপা অমা
চাকথাউ য়ৌনা মতিন য়োথরগা
মফি শেম্বহুনা
লৈপ্লি ॥

তোল্লবা শাদো
মহাক শিবগনি হায়বা খঙদি।
শিরমদাইন্দা
খল্লি মহাকা—
"ঐস্তু অমুক্তং
ইনাক্তা লেপ্লিবা নুপাসি ওইরবদিকো" ॥

কাংজম ইবোহল সিংহ।

৪০

# অহংবা খুদম

(ইংবা ২-৭-১৯৭২, কোক্তবা-জুন, ১৯৭৪ ইং)

পন্দূপ-পন্দূপ নাইরবা পুন্সীগী
ৱাহৈপরেং কয়াগী মরক্তা
অহংবা খুদম্মা হংলি ৱাহং অমা;
মতিক চাবা পাউখুম ডাইহ্নি,
চপ চাবা॥

নিদ্রাগী তম্পাক্তা য়াতাবদা মঙবা মুখঙাইরবা মঙলান
মীকপ থোক্লকপদা ফমুংদা ওন-থোক্লইনা খাঙলম্বা
মতৌরা ৱাহংসিগী পাউখুম?
পাউখুম কয়াগী মরক্তা
অমতম্তু থোয়দাবা য়াওদ্রি অচুম্বনি থনবা,
পুন্সীবু নৈনবা থেসিস কয়াদম্তু
য়াওরমদে মতিক চানা থাজবা য়াবা;
অচুনা—
খুদম অসিমক্কা ওৎলি
ৱাখলদা
মাথাদা
পুক্নীংগী শান্তিদা॥

করিগুম্বা
খুদমসিগী পাউখুম মতিক চাবা চৈথেংনা পীরবতদা

ন্নাথলগী ঙমথৈ তিনথিগনি অহাঙবা অতিয়াদা,
মতমহুদা পুন্সীগী চেনা থমগনি ।।

অহুবু—
মতেক্তা মাঙখি পুন্সী
লেমহৌই অহাঙবা চেনা কয়া
চেনা কয়া ।

অহুনা
অহংবা খুদমগী মহুৎ
অচুম্বা চৈথেনা শিনবা ঙমদ্রি ।
মতিক চাবা পাউখুম ফংদ্রি 'মথৈ
লৈরি, লৈখিগনি খুদম অসিমক
খুদম অসিমক ।।

কাওজম ইবোহল সিংহ ।

# পেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ

( পোকপা-১৯৪৪ ইং )

কোংপাল খাইদেম লৈকাইদা পোকই। অপোকপীগী মিং ইবেমচা দেবী অমসুং অপোকপগী মিং চুড়াসিং কৌই। গৌহাটী ইউনিভর্সিটীগী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। পিক্লৈদগী সাহিত্য ইবা পাবগী অপাম্বা শাগোম্মরকই। কবিতা, কহানী, একাঙ্কী, নাটকচিংবা কযা ইদুনা সাহিত্যগী চেফোংশিংদা ফোঙই, রঙ্গমঞ্চদা পুথোকই। নহা ওইরিংদগী জর্ণেলিজমসু থোইদোক্না পামজরকই। অঙ্গেজী লোন্দা "মৈতৈ লৈবাং" অমসুং মণিপুরী লোন্দা "নোংপোক মৈরা", "মণিপুরী সাহিত্য" নচিংবা চেফোংশিংগী প্রদয়ন ইডিটর ওইবমী। হৌজিক্কক মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইফালগী "মীৎয়েং" চেফোঙগী ইডিটর ওইবি। হবিমতি দান্স এণ্ড ম্যুজিক সেণ্টরগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনসু থৌদোল পুরি। ফোংলবা লাইরিকশিং ঃ- শৈরেং—লিক্লাং পরেং (১৯৬৮), অনৌবা য়েম্লীং (১৯৭০) ; ৱারেং—অঙাংগী লমচৎ সিট়ী (১৯৬৮)।

মশাগী শৈরেং খোঙচৎকী অহৌবা তাক্কা রোমান্টিক ওইবা বিষয়শিংদা থোইনা পুক্লীং লুপ্পবসু মতমগী ঈহুল শকথঙবা নহা ওইবা কবি অমনি। হোংলক্লিবা ফিভমদা মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সীগী কল্লবা চৈথেংনা থোকহল্লকপা নন-রোমান্টিক শৈরেংশিংদা রোমান্টিক ওইবা পরিং নাইবা তরু-তরুবা মীৎয়েং অমদি চম্না ফঙবা লোলগী থোংনৌবা শক্তম্না মতমগী শৈরেংদা অনৌবা মহাউ অমা পুশিল্লকই। মহাক্কী অয়াম্বা নন-রোমান্টিক শৈরেংশিংদা যথার্থগী কল্লবা লৈমায়বু কল্পনানা চাইচোংনহল্লি। শৈরেং খুদিংদা থম্মোইগী মাযকৈনা হেন্না লুম্বনা থম্মোইগী রস ঈচেন্নৈ। রস অসিদা ঈহুলশিংবু পুকচেল শেংনা ইতিং-তিংনা ফোংদোকপনা মহাক্কী শৈরেংশিংগী থোইদোকপা মপাঙ্গলনি।

৫১

# ঙসিদি শেংলবা নুমিৎনি

( ইবা ১৯৭৫, কোন্তবা ১৯৭৫ ইং )

ঙসিদি থাকনী চীং কাবা নুমিৎনি
শিব মহাদেব দর্শন তৌনীংবা
প্রজা লীশীং-লীশীংনা
মাঙগী চীংদোন পাংলক্লি।
পাখং লৈশাবী কয়া
চীংমী-তম্মী ওয়া চৎলি,
কুলী, মোতিয়া, নাপেং
রাশককনবী কৈথেলগী ইমা ইন্দোন
ঠিকাদার, ইঞ্জিনিয়ার, আফিসার, দাইরেক্টর
ভক্তকয়া কয়ানি
ঙসিদি শেংলবা নুমিৎনি শেংলবা।

শিব মহাদেবগী চরন্দা
ঐস্থু চৎনীংই,
বর অমতং নিনীংই
চীঙ্গোই স্নান তৌনীংই,
অদুবু,
চৎলিবা অসুকয়াম্বা মীয়ামসি
ওয়া লাই নীংলিদরনে
মী লাখ তরামাথেই লৈবা মণিপুর

ঙম্না ভক্ত ওইরব্রা।
শিবগী খুভম মনাক অশোঙবদনি
লৈশাবী পাখং মনীখক
খো-খো নাখোক্তুনা তুম্লি
থাশিরমদাইগী ময়বা অহিংসিদা,
মসিবু থায়নৌদগী চৎনরমগদ্রা।
অরাংবা চীংদোলদগী য়েংথরকপদ্রি
মৈত তম্পাক ফনা নীংথিজৈ
য়েংবদা মীৎফম হোংনীংদে।
আ— অথাপ্পদা—
মাও গেটকী পুলিস
মীৎ পাওনা পাওনা তুম্লিবা—
"মেহরবানী কীজিয়ে, পুলিস সাহেপ"।
নোংঙাল্লকপদা খবর কাগজ থূদিংদা
লম্বীদা সড়কা পূম্নিল
ওরাং অহিং ডিমাপুরদা
চেং লোন্না থাখ্রে
ভক্তশিংগী শেংলবা পূংফমদা
ভসিদি শেংলবা হুমিংনি শেংলবা।

ইম্ফাল সহরগী মরায়দা
সরকারগী লোয়শঙ অমদনি
মীকোক মঙা ফমহনা রারী শাই
ভক্তশিংগী শেংলবা পূংফমদা
লম পীথোকখিসি হায়রিব্রা

লম খোংচিন্সি হায়রিব্রা ?
ট্র্যাব লাইটকী মৈঙালদা পাইশিল্লকপা
কৌজেং হারোৌশিংনদি লোম্না তাথ,
য়ানীংদে, যানীংদে হায়না পাইথোকখি
মপুক্লীংদা শোনজবতনি,
ব্লাকৎপদি ঙমঙ্গদে ঙমঙ্গদে,
ঙসিদি শেংলবা হুমির্থনি শেংলবা ।

পেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ ।

৫২

## অঙম্বগী য়াথং

( ইবা-১৯৭৫ কোঙবা-১৯৭৫ ইং )

ইনিংথৌ লেঙথোবকই ইনিংথৌ
খুরুমউ লৈবাক মচাশা খুরুমউ
কদায় অথেনপোং, অথেনপোং
পোথানবা মাঙ্গোলঙ্গু থাজিল্লু,
লৈকায়গী মচিন তেঙবী লৈশাবী,
ইনিংথৌ সেবা চংউ ইনিংথৌগী
নোংমৈ পায়বা পুলিস্ন মীতোপ চঙবা থিংম্রু।

মীনাই তোম্বা ঙসি অহিং
মীনাই নাইথাঙ চংলবী লৈবাক্লেপা

অরোনবা কাদা ফমদ্দিন্নরম্মী, ফাও
মখোয়না হায়—মশা মশা য়ানৈ ।
(অহু ওইরম্ু) অরোনবা লমচৎ চৎপনি, ফাও
ঙবোংখাউ নমউ নত্রগা শুগ্ন, লোই থাও
ইনিংথৌগী য়াথংনি অঙম্বগী য়াথং ।

দারা প্রসাদ কাংপোকপীদা
চেঙ লোয়া পুবগী ফায়,
মন্ত্রীনা পীবা চেন্থু উৎলি
থানাগী বাবুশিং শংত্রিক য়েংই;
টাটা গাড়ী মরি য়াঙনা থৌখি ।
হুরানবহু ফারুম্নু, মন্ত্রীগী মীনি ।

চরা মরি হেল্লবা অঙাং অমনা
কিহোম মশুং অমা লাকখ্রে
ফাও ফাও হুরানবহু ফাও
পুলিস লীশীং অমা চঙউ, নমহুন্না ফাও
মখোঙ পুল্লু, মথুং পুল্লু
থুরাইদা রুলনা ফুধৌ
হুরানবদো ফাও তাকুহ ফু,
কোর্টতা বিচার তৌ, লৈবাক্কী মাঙনবা তৌবনি
মন্ত্রীগী য়াথংনি অঙম্বগী য়াথং ।




পেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ